# ফিদম ৱারেং অনিশুবা



সম্পাদক:—
**খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ**

তাং ২০।৫।১৯৮৬ ইং

# বাহৌদোক

পোকলকপা মতমদা কনা লোয়নবক্তে,
হুনখিবা মতমদস্সু কনা লোয়নবোই ;
মা-মানা তৌবা থবক্কী মহয়
মা-মানা শোয়দনা লেপ্পমক ময়গনি।

হে মীওইবা! তুরেল কাউশিংগুম্না অমগা অমগা উরক্কি, মতম খরা লৈরম্লগা অমগা অমগা শোয়দনমক কায়নখিগনি। অসুম তৌনা থবাইমক্কি খঞ্জরম্বা ইতু-ইচা, মরুপ-মপাং খিবিক লন-থুম পুম্না থাদোক্নুনা নোংমদি শোয়দমক তাইবংদগী হনখিনি। মরম অমুনা পোকওমদনা পোক্লবা তাইবং মীওই মপোক্কা ধর্ম্ম অমদি য়াইফ খোরম পাওথোক্লমহুনা লেপত্রবা তাইবংদা মীংচংকী উরোং খিল্লম্বা হোৎনৌ অতাংশা। কনাগুম্বা কবি অমনা হায়খি :—"শারিঙৈদা য়ৈহৌ শাজনিংবা শাজহৌ, য়োৎনা তাংশিঙৈ মতম সিদা।"

হে নহারোলশা! মীওইবা পুম্নমক্না করি করি তৌগদগে করি করি তৌরোইদবগে? হায়বসিগী মরমদা শমতক্লা বাকম থম্নদং নৈনজগে। অতাং ওইরিঙৈ মতমদা মহৈ মশিন তম্বদা থোইদোক হেন্দোক্লা বাখল চংলনি। অহল ওইরক্লবা মতমদা মহৈ তম্না খুদোং চাদে। মী অমুনা অতাং ওইরিঙৈদা মহৈ নিংথিনা তমহৈ ত্রবদা মমৈথংদা অহল ওইরক্লবা মতমদা পুন্সি চুপ্পা নিংতমদবা তাবনি। মহৈ মশিন য়াওদ্রবা মী অমুদি মনম য়াওদ্রবা চোংগাং নত্রগা চেনা শাবা লৈগা পাংথক্কি। অতাংশিংনা লৌকিক বিদ্যা (খাইনা চৎনবিবা-তৌনবিবা মহৈ) তানশিনবগা লোয়ননা, ধর্ম্মগা মরী লৈনবা মহৈ-মশিন তম্বা তাবনি। মীওইবগী পুন্সিদা ধার্ম্মিক শিক্ষা য়াম্না দরকার লৈ। ধর্ম্ম য়াওদ্রবা নত্রগা লৈত্রবা মীদো শাগা অমানি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে। হৌজিক কালদা স্কুল, কলেজ, ইউনিভর্সিটিনচিংবদা মনিপুরদা ধর্ম্মগা

মরী লৈনবা শিক্ষা অমত্তা য়াওনে হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই হায়না নিংঙি। মরম অদুনা অঙাংশিংনা তৌনিংবতা তৌবে, হাযনিংবতা হায়রে, হায়বা, ইন্দবা, নোঙ্গ্রুকবা, থকশি খাশি থংদবা, লমচৎ-শাজৎ নত্তবা চৎপা, মথাই থাবা পোৎ চৈ চাবা থকপা, তনবা থুরান চিংখি তৌরে। মরম অদুনা থুনাইদনা হায়নিংঙাই লৈতনা অমাওবা ওইবক্রি। ধর্ম্মতনা হন্দকী মপোক অমদি হুয়েংমুকী মপোক্তা য়াইফবা পীগনি। হুয়েংমুকী মপোক্তা ধর্ম্মতনা লমজিংগনা চৎকনি। ইমা-ইপা, ইতু-হচা-নচিংবনা তেংবায়বা ওমদ্রবদা ধর্ম্মতনা ঐগী তেঙবাংগনি। মরম -অসিনা ইশাগী অমদি থুমাইগী য়াইফনবা ধর্ম্ম তানশিনগদবনি।

অঙাংশিংনা অহানবদা লমচৎ শাজৎ ফজনবা হোৎনগদবনি। লমচৎ-শাজৎ ফজবা হায়বসিদা ধর্ম্মগী বাকমত্তু মলামা অদুম লোকনবনি। সংসারগী ধর্ম্মগী লাইরিক-লাইগু থুদিংমক্তা লমচৎ-শাজৎ ফজনবা পাওতাক পীরি। পুক্নিং, হকচাং অমদি কিয়োল শুজোক চামথোক্না শেংনা থমগনি। য়াহৌ ওনা হৌদুনা হকচাং শেংদোকনি। মাইহাক্নুং ওইরবসু নোংমগী চাং নাইনা হকচাং শাজেল তৌগনি। হকচাং ফবনা অথোইবা ধর্ম্ম অমদি লমি। মদুগী মতুংদা চাবা থকপা য়াম্বা চাগনি-থকনি। চাবা থকপা মতমদা হৱাও হরাওনা চাগনি। মদুনা হকচাং ফহল্লি অমসুং পাঙল মজে তাংদে। কা হেন্না চংলোইদবনি, মদুনা পুক্নি নুংশাংহল্লি। চাবা থকপা লোইবগা লাইরিক লাইগু তমগনি অমদি পাগনি। মরম অদুনা নহারোলশিংনা মথক্তা হায়খিবা হৈনবী অসি থবগদবনি।

সংসারদা প্রেমদগী হেনবা অথোইবা পোৎ অমা লৈত্রে। প্রেমনা মীওইবগী পুক্নিংবু খুদুম চানবা ওহই। মরম অদুনা ইমা ইপা, লাইগুরু, মরূপ মপাংশিংগী মুখশিংদা লোয়নগদবনি। মথোযগী মর্মদা প্রেম, অমদি, শান্তা, অহিং থমগাদবনি। পুক্নিংনা অমদি পাজলনা থউংপা য়াহনা, মীগী য়াইফনবা থবক তৌগনিদা। পুক্নিং অমসি ইচিন্নিংবু

লাকশিনগদবনি। ইন্দ্রিশিংবু লাকশিনবা ঙমজবদি মী অদো লৈথা তাবা শোয়দ্রবনি। মরম অছুনা ইন্দ্রিশিংবু লাকশিনবগী লোয়নন্না চুংশিবা বাহৈ বাত: শিজিন্নগনি। মরম অছুনা কত্তবা লমচং শাজং থাদোক্তুনা পুক্নিং অমদি ইন্দ্রিশিংবু "কলক মিহৌ" লাংদগী লাপ্না থমগদবনি। পুক্নিং অমদি ইন্দ্রিশিংবু খুছুম চনবা ঙমলবদি মশা মতৌমতা কলক য়েংথিবা মাংজখি। অছুগুম্বা মী অছুনা তারগী, শোক্লিগী, চারগী, মনম নম্নগী হরাওদ্রবা অমদি বাত্রবা মী অদো ইন্দ্রি খুদম চল্লবনি।

বিদ্যাতনা শুংঙাহি য়াইফবা মীংচং, ইকায় খুম্নবা পী। মরম অছুনা অঙাংশা! মহে শনবু তানশিনগদবনি। পূন্সি লমশাং চংপদা মহেক্না অথোইবা মরুপনি। বিদানা মীওইবগী অরোনবা লননি। মীরেবাক্তা চংলবস্থ ইমাগী মতৌগুম্না মানা তেংবাংজি।

অহল-লমনশিংগী সেবা তৌরগা ঈশ্বর ফংজি হায়না গীতানা হায়রি। অছুনা হে অঙাংশা! ওঝা গুরুদা নহৈ তশ্বা মতমদা, পূক্নিং হকচাং য়াঙাং অমদি ইন্দ্রিশিংবু খুছুম চল্লগা চম্না শ্রদ্ধা ভাক্তিগা লোয়নন্না গুরুশিংগী মফম্দা নহৈ তানশিনগদবনি। অম্তুম তৌনা মহে তানশিল্লবদি ওঝা-গুরুশিংনা হরাওনা পীগুতাক্ক পী, মহৈ তখী। গুরুনা চানবা সেবক্তি মাঙোন্দগী হরায় লায়না মহৈ তখা ভম্মী। গীতানা অসিমস্থ হায়রি—ব্রহ্ম মশক থংলবা গুরুগী মফমদা চত্তুনা মাবু খুরুমজুনা, মাগী সেবা তৌছুনা লৌথুপ লেঁকোই লৈতনা, চম্না বাহিং হংজুনা মহৈ তম্লবদি পরমাত্মাবু মশক থংলবা জ্ঞানী মহাত্মা অছুনা তত্বজ্ঞানগী পাগুতাক পীগনি।

হে নহারোলশা! মথোয় পুম্নমক ঋষি শ্রবণ কুমার অমহৈং ভগবান রামচন্দ্রগী মতৌগুম্না খুরুমজুনা নমা-মপাগী মুমিৎ খুদিংগা শ্রদ্ধা ভক্তি, লোম্নুকপগা লোয়নন্না মথোয়গী য়াথং তাক্লা সেবা তৌগদবনি। মমা মপাবু নিংজয়থা মথোয়বু মীয়াইদ্রবা মথোয় অহান পূজা

মুংশাংই। মহে, মরল-মথুম চাউথংলি। হন্দকী মপোক অমদি হয়েং-মুকী মপোক্তা মীংচৎ ফংই।

অগাংশিংনা ঈশ্বরগী মফমদা শ্রদ্ধা-ভক্তি থম্মগদবনি। ঈশ্বরগী মশীঙ লাকঙমব্রবা মীংথৈ কয়ামরুম লৈ। মাগী মীংথৈ তাবা, শকপা, শোনবা, মাগী সেবা তৌবা, ঈরাৎ পূজা তৌবনচিংবা তৌগদবনি। হায়রিবশিং অসি তৌবা ওমব্রবস্থ মাগী মীংথৈতা শোল্লবস্থ অরান খুভম ফংগনি। কনাগুম্বা লমচৎ শাভং ফত্রবা মীশক অমনা পুক্লিং চপ য়ুংনা ঐবু নিংলবদি মাদো অফবা মী অমা ওইরবনি হায়বা লেপ্পমক খঙঙু। রত্নাকর ডাকুনি, চণ্ডালনি, মমৈথংদা বাল্মিকি মহাপুরুষ হায়না সংসারদা মশিং চংখি। ঐবু নিংজরবা মীদো ধর্ম্ম লৈরবা মী অমা ওইরবনি। মহাক মতম লৈবা খিবিক্তা অবা-অনা কয়াদগী লাম্হোক্তুনা শান্তি ফংলবনি। মরম অতুনা হে অর্জ্জুন নংনা লেপ্পমক খঙঙু মতুদি ঐগী ভক্তশিং অসি লেম্না মংদে হায়বতু।

ইমা ইপা অমদি ওঝা গুরুশিং অসি মীৎনা উবা লাইমক্লি হায়না নিংগদবনি। অতুগুম্বা রাখল থনবা মীওই—মহাত্মা গান্ধীনচিংবা মীওইশিংনা তাইবংদা মুৎনাইদ্রবা মীংচৎ ফংতুনা ফাওরি। মথোয়দগী ঐথোয়না ফিদম অসি লৌগদবনি।

লৈরাং লৈচল চাত্রবস্থ, লৈরাং নাচোম অমগী শক্তমদা লৈরাংজতুনা লাম্হোকচরিবা ঐগী খুদোল "ফিদম বারেং অমিশুবা শরুক" অসিদা মৈতৈ জগোই অমদি লাইনিঙ লম্বী. বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমস্থং মৈতৈ ইনাৎকা লৈনবা মরী, জগোই রাসকী মহুংদা লৈরিবা মুংগী ওইবা ইচেল, মৈতৈ জগোই ঈশৈগী মরমদা ইবিরবা লাইরিক-লাইশুশিং, মৈতৈগী ইনাৎ, মেরা হাওচোংবা, পৃথিবীগী মহুংদা চৎনরিবা চাওরাকপা ধর্মশিং, লাইহরাউবা অমস্থং মাগী দর্শন, থাঙ-তাগী চয়ফম, অরিবা পোৎ চৈ লিশিন্দুবা থম্মবা পাখৈ, ধর্মগী য়াওলনচিংবা আর্টিকলশিং অসি খোমজিনজবনি। মসিনা সমাজদা খজিক্কং ওইরবস্থ

কান্নবা ফংবিরদি নোমজমনগী মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজরি।

মসিদা কন্নিগুম্বা অরাল অহুইনচিংবা য়াওরম্বা থোক্লবদি অখণ্ড অহৈশিংনা তাকপীরকপগী মতুংইন্না অনিশুবা খুৎনমদা চুমথোকচগনি। অরাল-অহুই তাকপীরকপগীদমক অদোমগী লমন তোনশিল্লরে হায়না লৌজগনি।

ঐনা আর্টিকলশিং অসি পামজহুনা অইবশিংদা হায়জরুবদা হরাও হরাওনা খোমজিনব্বা য়াগনি হায়না তাকপীরকথি। লোয়ননা আর্টিকলশিং অসিগী অরাল অহুই কয়ামরুম চুমথোকপীরকই। মতুগীদমক্তা ওঝা গুরুশিং অমদি মরুপ মপাংশিংগী শিংথমজরবা লমন তোনশিল্লরে।

লাইরিক অসি ফোঙনবা তেঙবাং ওইনা লুপা ৮০০/- (চানিপাল) মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা তেঙবাংবীরকথি। মসিগীদমক্তসু একাডেমীগী চাওরবা লমন তোনশিল্লরে। মসিগীদমক একাডেমীবু তৌবিমল থংবা উৎচরি।

---

## লাইরিক অসি ইবদা মখাগী চেফোঙশিং অমদি লাইরিকশিং অসিগী মতেং লৌখি

১। কুন্দো পরেং থা ৬'৬ কী হিন্দী, মনিপুরী চেফোঙ – ১৯৮৩

২। কুন্দো পরেং ১২।৮।১৯৮৩ ইং (AMHTA)

৩। মৈতৈ লৈবা ৫বা ভোল্যুম অক্টুবর ১৯৭৫

৪। ভারতীয় সাহিত্য কোশ

৫। নৈতিক সুগম শিক্ষা।

---

# য়াওকম তাকপা

# অরানবা [illegible]

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৬ | ১৫ | সম্পাদায় | সম্প্রদায় |
| ৭ | ৯ | সংস্কৃতি | সংস্কৃতি |
| ১১ | ১৪ | পাল্ল | পাল্লবা |
| ১৪ | ২ | মুংগুইবা | মুংঙাইবা |
| ১৮ | ৪ | অসিম্বা | অসিগুম্বা |
| ১৮ | ১১ | শাগী | মশাগী |
| ১৮ | ১৭ | থাদেক্লগনু | থাদোক্লগনি |
| ২৩ | ৬ | জগেই | জগোই |
| ২৬ | ২৫ | শেশকশিং | শৈশকশিং |
| ৩২ | ১৬ | পানবা | পান্নবা |
| ৩৫ | ৫ | থোইদেক হেন্দেক্লা | থোইদোক হেন্দোক্লা |
| ৩৫ | ১২ ১৩ | অ+বা | অরুবা |
| ৩৬ | ৯ | সিদ্ধন্তশিং | সিদ্ধান্তশিং |
| ৪২ | ১২ | মহেশাগী | মহৌশাগী |
| ৪৩ | ৮ | মচনি | মচানি |
| ৫১ | ৪ | অহুদ | অহুদি |
| ৫২ | ১৭ | চাওর মৌরনৈ | চাওরও মৌরণ্ডনৈ |
| ৫৬ | ৬ | ফনলুপতা | কমলুপত |
| ৫৬ | ১৯ | তৌবে | তৌব |
| ৫৭ | ৫ | রেৌব | য়েৌব |
| ৬৪ | ৯ | শিজিম্নবনি | শিজিন্নবনি |
| ৬৫ | ১৪ | সিংহজৎ | সিংহজিৎ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৬৭ | ১৬ | শাথেকক্তা | শাথেক্তা |
| ৬৮ | ১৭ | মল্লরনচিংবা | মল্লারনচিংবা |
| ৭১ | ৭ | উপাংথা | উপোংথা |
| ৭৯ | ১৩ | মমং | মমিং |
| ৭৯ | ১৫ | রশিষা | রশিয়া |
| ৮৬ | ২০ | নমথোকপা | নমথেকপা |
| ৯৩ | ৮ | তেঙ্গানবা | তোঙানবা |
| ৯৩ | ১৭ | সভ্যা গা | সভ্যতাগা |
| ৯৩ | ১৮ | ত | তন্ত্র |

# মণিপুরী জগোই ঈশৈদ মৈতৈগী তোপ তোপ্প মশক

অইবা—শ্রীমোইরাংথেম ৺চন্দ্রসিংহ, "পণ্ডিত অচৌবা"
"সাহিত্যরত্ন" "ফেলো" (MSKA)

মৈতৈগী লাইনিঙদ জগোই ঈশৈন মরু ওইন লৈ। লমতাইব, শরোয় খাঙবনচিংব থবক পূম্নমক জগোই য়াওই। অরোয়বদ লাই পেম্নব লৈশি লৈথোন্দুন ঈশৈন লোইশিল্লি। লম তাইবগী থবক অসি লৈকাই লোননব, খুল লোননবদ লমচিং লমলেমগী লাই তাইনহুন কুম কাংদনব, মোংজ ফহুন মহয় মরোং ফনব তৌব থবক্নি। লম তাইব অসি অনি থোক্ল লৈ। নিংথৌন লৈবাককী ফনব তাইব অম, খুল খুলন মখুলগীদমক তাইব অমনি। নিংথৌন তাইবন লমতা থাগী অহানব থাঙজদ লৈকাই মরিমক্ত তাই। খুলন মখুলগী তাইবন ইংভা থাদ অফব মুমিং য়েংলগ অয়ুক্ত তাই। শরোয় খাঙবন লমতাগী অহানব থাঙজদ চহিগী কুম পুব শরোয়ন লাল্লুপ শিন্নব মুমিত্ত লৈবাক ফনব তৌবিরম্নব চংখিগদব শরোয়দ পীজ-পীথকপনি।

মৈতৈগী মরু ওইব সংস্কৃতিদি লাই হরাউবদ লৈ। মসিদ লৈশেম্ব, গুরু লৈমরেনগী মশক তাকপ, জগোইগী য়াওকম অনোয়রোল, য়ুম-শারোল, পাময়ানব, কৌতারোলনচিংব মী ওইন তাইবঙ পানবদ মুং-ঙাইন পান্নব হিরম পূম্নমক য়াওরি। অহুন মৈতৈগী লাই হরাউবগী বা অম অনিদং উংচরি। লাই হরাউবগী মরুদি লাই ঈকৌবদ লৈ। ঈকৌবদ তাইবঙ পানব অসি শেমগ্রিঙৈ, ঈশিংগী তরঙ ওইন লৈরিঙৈদ তাইবঙ মপুন মতোমত ঈশিঙ তরঙদ লৈখিব ফিভম অহু খয়োমন উত্নুন তাইবঙ মপুবু অহানবদ ঈরাংলি। খয়োম থাগ্রিঙৈগী মমাঙদ ঈকৌগদব ঈশিং অহুদ তাইবঙপানবগী মমা মপাগী মশক ওইব গুরু লৈমরেল

অনিদ মখোয়গী লৈশেম্বগী লীলা লাই হুরাউব য়াওবিনব সনা লুপা অনিন কোনয়াই থারগ মথংদ খয়োম লাকই।

মীন মখৈ ফংলগ শাউই, লাইন মখৈ ফংলগ হুরাউই, পেনবি। মরম অহুন তাইবঙ মপুন পেনবিনবগীদমক লৈতাকপ মতুংদ গুরুন ঈশিং তরঙদ তাইবঙ পানব পুম্নমক খোমজিল্লগ মশাদ পুল্লপ থমহুন লৈথিবগী মওঙ অহু খয়োম ওইন উত্তুন ঈশিংদগী গুরু লৈমরেলবু লৌখৎলি। খয়োমন মতম অহুগী গুরুগী মশক তাক্লি। খয়োম হায়ব অসি লারোল অহুমদ চেঙ হাপ্লগ মনুংদ সনা, লুপা কোনয়াই হাপ্প, মত্তোন্দ লাংথৈ্র মতোল অহুম থেৎপ, য়েরুম অমগ পয়ান পুল্লপ পুনব ময়োম অমনি। ময়োম অসিন তাকপদি খয়োমদ হাপ্লিব য়েরুম অহুন তাইবঙ মপু গুরুন, মহাক্র শেম্ব লৈপাক পুম্নমক মৃৎথংলগ ঈশিং তরঙদ মতোমত বা ঙাঙদন তুম্বক তাশিন্দুন লৈব অহু উংলি। মনুংদ হাপ্প সনা, লুপা, কোনয়াই অহুন লৈপাক তাল্লব মতমদ গুরুগী মশাদ গুরুন লৈমরেল শিদবীবু চিংশিন্দুন অনিমক পুম্ন অমত ওইন লৈমিন্নব তাক্লি। খয়োমদ হাপ্প চেঙন তাইবঙ মপু গুরুন লৈব মফম মফমদ মশিঙ নাইদব তাইবঙপাল কয়ান গুরুবু কোয়ন য়োমহুন লৈব তাকঈ। য়েরুমদ থেৎলিব লাংথৈ্র মতোল অহুম লৈশেম্ব, লৈঙাকপ, লৈতাকপ অহুম্মক গুরুন লৈ ওইন থেত্তুন থম্লগ তৌনিঙবত তৌব তাকঈ। অহুগ লারোল অহুম অহুন গুরুন শেম্ব তাইবঙপাল পুম্নমক গুরুগ লোয়নন হুওগ্রব, ওইরিব, ওইরক্কদব মতম অহুম্ন য়োমহুন মখোয়গী মথা পোল্ল থমঈ, অহুগ তাইবঙ পানবদ লৈরিব পুম্নমক মতমগী মথা পোনব ঙাকনি হায়ব তাক্লি। খয়োম্বু পুন্দুন পুল্লপ থম্বন গুরুন শেম্ব খুৎশেম পুম্নমক গুরুগী শক্তি অমন গুরুন খয়োম ওইরগ পুল্লপ ফাজিন্দুন থম্ব তাকঈ। অম্নুম তৌন মৈতৈগী সংস্কৃতি মশক থঙন লৈব ঙাকনি।

ঈশ্বাইফুঃ—ঈকৌবদ মাইবীন চফু অনি পায়হুন জগোই শাই।

মছুন মপুন শেম্ব পৃথিবী অসি চক্ মওংগুম তুমঙ্গ হায়ব ভাকই। গুরুন অকোম্বব মতুম ওইন থবিয়ুম অছুবু অনি থোক্ল খায়ছুন গুরু লৈমরেল অনি ওইখিব অছু উত্তুন চক্ অনি পায়বনি। অদুগ লাই-নিংথৌগী ঈহাইপুদ লংজা মাপল, লাইরেম্বগী ঈহাইপুদ লংজা তরেৎন লৈমরেলদগী লাইনুরা তরেৎ থোকখিব উংপনি। অসুম লাই হরাউবগী পুন্নমক্ত মরম অমমম উংলি।

মৈতৈ নিংথৌশিংগী মসুংদ মৈদিঙগু খাগেম্ব, মৈতৈগী সংস্কৃতি (মনাৎ) চাউখৎনব হোৎনব নিংথৌ অমনি। মহারাজ অসিগী সনা হাকথক্ত অথোইব লাই পাম্বে ইবৌগী লাইশঙ শাহুনা লাংখি। লাই হরাউবগী লাইরিক ইছুন লাইবুঙ পুন্নমক্ত নিয়ম কায়দন হরাউনব হোৎনরঈ। নিপাগী ফিশেত্ত কোয়েৎ শলাই হোদোক্কুন নিপাগী ফি-শেৎ চাওখৎনব হোৎনরমই। অছুগ মৈতৈতগী ওইব শগোল কাঙজয় হৌদোক্কুন মৈতৈগী সংস্কৃতিগী মরম পৃথিবী ফাওনব থনমঈ। অসুম তৌন মৈতৈ নিংথৌশিংন মৈতৈগী সংস্কৃতি য়োক্কুন লাকপন মৈদিঙগু চরাইরোংব সনা হাকথক্ত নোংচুপ লোমদগী লম্থোইব রামগোপাল বৈরাজ্ঞনচিংবা লমোইব তরামখোইন শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র পুত্তুন লাকপ মুমিত্তগী মৈতৈগী সংস্কৃতিদ হিন্দু ধর্ম্মগী সংস্কৃতি চংলক্কুন সংকীর্ত্তনগী মরু হুনব হৌথি।

মহারাজ অসিন নোঙ্গাপ্রব মতুংদ মচা ইবুংঙো গরিবনিবাজন পাল্লবদ নোংচুপলোমদগী শান্তদাসন রামজী মূর্ত্তিগ রামায়ত্ত (রামানন্দী) ধর্ম্ম পুশিল্লকপদগী মৈতৈগী সংস্কৃতিদ অকায়ব কয়া থোকখি। মহাক্কী থৌইশিন্দগী মহারাজ অসিন মৈতৈগী মপা-মপুগী হাকথক্তগী লৈরক্লব লাইগী মরম খুৎ থাছুন লাই কয়া থুগাইছুন সংস্কৃতি থুগাইরে। মপা ইবুংঙোন লিংখৎলম্ব সনা-মহী মূর্ত্তি থুগাইখ্রে। অছুগ মৈতৈগী য়ুমথোঙ থুদিংদ লাৎচব সনামহী কয়া থুগাইছুনা হিন্দুগী সংস্কৃতি পুশিল্লব হোৎনখি। মমৈথংদ ধর্ম্মগী বাথোক্তগী মহারাজ অসিবু মচা ইবুংঙো জীৎশাইগা

প্রজাগ তানদুনা মনিপুরদগী তাম্থোকখি।

গরিবনিৱাজ মহারাজনা নোঙ্গাথ্রব মতুংদ মনিপুরদ লৈতাক-খুস্তাক কয়া থোকখি। ৱাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাউদগী হল্লক্কুনা পাল্লবদ মবু-থৌনা চায়থায়রম্ব মৈতৈগী সংস্কৃতি অমসুং শেমগৎলম্ব মীরৈবাক্কী সংস্কৃতি পূম্নমক অদু পুশিন্দুনা অনৌবা মণ্ডগী সংস্কৃতি অমা থনমঙ্ঈ। মহারাজ অসিগী সনা হাকথক্ত শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌদুনা রাস কৎলমঈ। অদুগ রাস লিংখৎপগ লোয়নন সংকীর্ত্তনগী নিংথিজবা ফিভম অমগ থনমঈ। অয়াম্বা মীনা অসিমক নোংচুপলোমগী সংস্কৃতি ওইনা খন্নে। মসি অরানবা ৱাখলনি।

ৱাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দদ কৎলম্ব ৱাস অসি মরু ওইবা মখল অনিনি। অমনা শ্রীগোবিন্দগীত ওইবা ৱাস অম, অদুগ অমনা শ্রীবিজয়গোবিন্দজী অমসুং প্রজা পূম্নমক কৎচনবা ৱাস অম অনিনি। শ্রীগোবিন্দজীগী ৱাসদ কৃষ্ণ শাবা, থৌরানী শাবী য়াওদে। শ্রীগো-বিন্দগ ৱাসেশ্বরী লেংথোক্লগ নোংপোক পাম্থোইবী হরাউবগী ফিভমদ লেপ্লমই। অতোপ্প অমনা অসিনা ৱাধা কৃষ্ণ শাবা য়াওরগ বৃন্দাবনগী বারী মতুংইনন শেপ্লমই। ৱাজর্ষিনা শেম্ব জগোই মখল অনি অসিগী মরুওইবা শরুক্তি ভঙ্গি পরেং অচৌবনি।

মহারাজনা কৎলম্ব ভঙ্গি পরেংগী জগোই খুথেক-শাথেক অয়াম্বা মৈতৈগী হাম্ন লৈজবা জগোই খুথেক্কী লৌরগ শেম্বনি। ভঙ্গি পরেংদ য়াওরিবা চম্প্রা ওকপী, চম্প্রা খায়বী লাই হরাউবগী মনুংদ য়াওরিবা পাম্থোইবীনা নোংপোক্ত লান্নবা হৈ হেকপ, খায়বগী খুথেক্কী শেম্বনি। লশিং কাপ্পী, লশিং মনবী, লাইবৌ ফিশা জগোইদগী লওবনি। ভঙ্গি পরেংগী ঘাৎ তাব, চক্র লয়বী, থবাক্ত খুৎ ওয়না থমলগ খু- য়েংনা শাবা জগোই লাইবণ্ডথৌ লাইনুৱান শাম্নবা ফিবুল ওকপীদগী লওবনি। চালি জগোইগী খুথেক-শাথেক অয়াম্বা পাম্থোইবী জগোইদগীনি। অদুগ কৃষ্ণ জগোইদ খোঙ নাম থাঙ্গৎলগ খোঙ নামনা খুদোল লৈতাবগ

লয়বস্ত ফিবুল ওকপী শান্নবনি। নিয়মদ হায়নখিব রান চেংব য়াদবগী তাং তৌদুন চোংব মান্দনব খদোল কাণ্ডলগ লয়বনি। মসি ফিবুল ওকপীদ লুপীন চোংব য়াদব নিপান লয়বদ চোংদব হায়ব ভাণ্ডনব রাদগী চোংদবনি। রাসদ কোয়ন চংলগ পুষ্পাঞ্জলি কৎপ অসি লাই হরাউবগী লাইরেল মথেক চংপদগী শেমদোকপনি।

অদুগ অতোপ্প মথলগী রাসত মরি থোকপী জগোই লাই হরাউ-বগী চোঙখোঙ লিংপদগী শেগনি। অনি থোকপী জগোইন লাই হরাউবগী ফুঙ্গারেল জগোইদগী লওবনি। অসুম তৌন রাজর্ষিন মৈতৈগী সংস্কৃতি কায়হন্দন মহৌশান লৈভব জগোইদগী শেম্ব রাস ওইবনা শ্রীগো-বিন্দগী রাস হায়দন মনিপুরী রাস হায়ন লৈবাক পুম্নমক খণ্ডনবনি। মসিদ কনাগুম্ন রাজর্ষিন মঙদ উব জগোইদগী শেম্বনি হায়নৈ। চুমই, মঙদ উব পোং হায়ব অসিমক্তবু ভাইবঙ পানবদ উব পোং ভাক্তনি। অদুগ রাজর্ষিগী মঙদ শ্রীগোবিন্দন জগোই উৎলম্ব য়ই, অদুবু ঐখোয়গী অউব লাই হরাউব নত্তুন অতোপ্প অম ওইরোই।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রন শেম্ব নিয়ম, শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবা অসিদ হিন্দুগী সংস্কৃতি ইনৌ নৌন পুল্লপ চঙলকপ ওইন থোকখি। তৌইগুম্বসুং মহুদি নত্তে। শ্রীগোবিন্দগী মতম নিপালগী সেবাদ সং-কীর্তন য়াওব অসি হিন্দুগী সংস্কৃতি নত্তব পানা মরীগী পালা মরী শেমখিবগ লোয়নন পুংগী রাগ অচৌব, সঞ্চারগ কোম্নব রাগ মেল ১২ (তরানিথোই) ধুমেল শেমলমই। রাসদ ভঙ্গি অচৌবন মপুঙ ওইব মহারাস, বসন্তরাস, কুঞ্জরাস অহুম শেমলমই। মুপীগী রাসে-শ্বরী পালা, অদুগ চৈতন্য সম্প্রদায় পালা লিংখত্তুন মৈতৈগী সংস্কৃতি ফজব মওঙদ থমলমই।

তন্দক রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শেম্নব সংকীর্তনগী ফিভম অমসুং পুংলোনশিং অসি নোংচুপলোমগী ফিভম অমসুং পুংলোন্দগী লৌবদি

নত্তে। মৈতৈগী অরিব পুংলোনগা মরী লৈনন শেম্বনি। অদুগ ঈশৈ রাগন অ, তা, রি, না, মরীন হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত, খায়ন শেম্লমই। নোংচুপকী রাগগ মান্নদে। রাগ রাগিনী মমিং মান্নরবসু মশক মান্নদে। নোংচুপকী সংকীর্ত্তন্দ পালা লেপ্পুনা শক্তে। মখোয়গী সংকীর্ত্তন্দ রাগ, সঞ্চার, বৈঠা, বেরিঘাট, মেল, মেনকুপ, তানচপনচিংবগী ফিভম লৈতে। রাজর্ষিন শেম্লম্ব সংকীর্ত্তনগী পরেং অমসুং পুংলোন অশেংব মৈতৈতগী ওইন শেম্লম্বনি। হিন্দুগী লাস্য, তাণ্ডব হায়ব জগোই মখল অনি অদু শাস্ত্রগী মত কায়দব অমসুং মৈতৈগী জগোইদ লাই হরাউবগী মুপা নুপীগী জগোই কায়রক্কনব মহারাজন রাস অমসুং মুপা পালাদ কায়দনব থনমই।

চহী তরেৎ খুন্তাকপগী মতুংদ মৈদিঙঙু গম্ভীর সিংহন পাল্লবদ মপাবুং ইবুংঙোগী খোঙ্গুল লিতুন রাসকী ভঙ্গি পরেং অচৌবগী ফিভম কায়দন বৃন্দাবন পরেং অমসুং গোষ্ঠ বৃন্দাবন হায়ব ভঙ্গি পরেং অনি অমগ কংলমই। মথংদ মনাও ইবুংঙো নরসিংহন জলকেলি পালা, চৈতন্য সম্প্রদায় লিংলমই। অদুগী মতুংদ সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহজীন রাসগী ভঙ্গিদ ভঙ্গি অচৌবগী মতুংইনন খুরুম্ব পরেং হায়ব ভঙ্গি পরেং মখল অম শেম্লগ শ্রীগোবিন্দদ কংলমই। অদুগ রাধা কৃষ্ণগী লীলাদ রস মপুং ফানব রস হুম্ফুমরী ইতুন রসগ কোনন রাগ, সঞ্চার, মেল হুম্ফুমরী শেমতুন রস হুম্ফুমরী শকখি। পুংলোনশিং অসি মৈতৈ ওঝাশিংন শেম্লগ শ্রীগোবিন্দদ কংখিবনি।

ঐখোয়গী পুংলোল নোংচুপ্ত লৈতে। মৈতৈগী ঈশৈগী তাল মমিং ঈশৈদগী থোনবন নমই। ঐখোয়গী তালগ কোন্নব পুংলোল লৈ। ঈশৈগী রাগ মহো মান্নদবগুম পুংগী রাগসু মান্নদে। মসিবু মনিপুরী রাস হায়বগুম সংকীর্ত্তনসু মনিপুরী কীর্ত্তন হায়নব অসিমক্ত নোংচুপ্তগী লৌদে হায়ব তশেংন উংলি। অদুগ কালিদমন লীলা হৌদোক্লমই অমসুং ভক্ত বৈষ্ণবশিংন পামজব মতুংইন্ন নিত্যরাস হৌদোক্কুন থম্বিরমই।

মৈতৈদ লৈতব পথরাজ, মনোহরশাই, চোরাসঙ্গীত ওঝাশিং থাহ্নুন তমহল্লমই। অহুগ সার চুড়াচান্দ মহারাজ হাকথক্ত দিবারাস হৌদোল্লমই। মৈতৈলোম্ন ঈশৈ শকপ হৌদোল্লমই।

অসুম তৌন মৈতৈ নিংথৌশিংন মৈতৈ সংস্কৃতিদ গৌরলীলা, কালিদমন, গ্রামানচিংব পুনশিন্দুন শেমগৎলমই। মরম অসিন মৈতৈগী সংস্কৃতি অসি হিন্দু ধর্ম্মদগী লাকপ ওইন থরে। থাঙ্গৈশেংবদি মৈতৈগী মরুওইব সংস্কৃতি পুং, ঈশৈ, ভগোই, ঈরাৎ-পূজা পুন্নমক অসি ঐখোয়গী হান্নগী সংস্কৃতিদ নোংচুপলোমগী সংস্কৃতি য়ানশিনবনি। অসুম তৌন হিন্দুগী সংস্কৃতি লাক্লবসু মৈতৈগী সংস্কৃতিন মপুং ওইরগ লৌশিল্লি।

---

# মনিপুরী সংস্কৃতিদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী অবদান

অইবা—শ্রীরাজকুমার স্নাহল সিংহ, বি, কম
"ফেলো" (MSKA)

খৃষ্টগী ১৮শুবা শতাব্দীগী ময়ায় ওইরকপদা মনিপুর স্না ফম্বালদা লেঙখৎপিরম্বা মৈদিংঙু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তা তশেংনমক মনিপুর লৈবাক অসি সনাগী মথক্তা তক্ষা থিনবিরম্বমক্কি হায়ব য়াই। ইনিংথৌ অসিগী সনা হাক্তক্তা ফাওখিবা পণ্ডিত রাহেংবম মাধবরামনা ইনিংথৌ অসিবু "লাইরেল মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুৎ জয়সিংহ বৈষ্ণব লাইপোক শংশংবা ধর্ম্ম অতিয়া নিংথৌরেল, বিচার রাথিনবদা পণ্ডিত মুপা থোকপা, জ্ঞান চৈরোইনবা, ধর্ম্ম চেংলো শকওইনবগী শাহৈবা, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নমাগী পামেল কল্পতরু উপাল শিদবা য়েন-গুম পুক্কিং

হরাওকপ্ৰ, ওইনরিবা শ্রীশ্রীবিষ হুয়ামঃক্কগী অমৃত শিদ য়েনগুম্বা চীং-লাই শাফুনবা, হেরা চিংবা থাডগুম্বা নিংথৌ রেল কোয়রেল ফগাল তোংবা লোইবী খোংজাই ওম্বা" মিংহুন অসি কত্তুন সম্মানগা লোয়ননা শিংথারম্মী।

ইনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌরবা মতুংদা মৈতৈ লৈবাক্তা গৌরীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী উপাল মপুং ফানা মউ চাউনা থাবিরম্মী।

ইনিংথৌ অসিনা তেখাউ শাম্ ফারুরবা তুংদা কাঞ্চিপুর কোন্নুংদা (লাংথবান্দা) শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌরগা শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা কৎলম্বা জগোয় রাসনা পৃথিবীদা মমিং তানরবা রাস অসিগী হৌরকফম ওইখ্রিবনি। রাজর্ষিগী মতমদা মনিপুরগী কলা জগৎ অনৌবা শক্তম অমদা লাকখ্রবনি। মথক্তা পঞ্জখ্রিবা ইনিংথৌনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী অগ্রদা কৎলম্বা রাস অসিমক মখল অমখক্তা নৎখিদে, মখল অহুম থোক্না ভক্তি অমসুং কুপ্লবা কলাগী মিৎয়েংদা সনা মিৎয়েং চঙবিরম্লবনি। মহুদি :—

১। কুঞ্জরাস—মেরা পুর্নিমা (ৱাখিনবা নুমিৎকী রাস)।

২। মহারাস—মেরা ৱাকুকপা নুমিত্তা শান্নবা রাস।

৩। বসন্ত রাস—শজিবু পুর্নিমাদা শান্নবা রাস।

অসিগুম্বা রাস মখল অহুম অসিদা বৈষ্ণব জন-সমাজগী তোঙান তোঙানবা ভাব কয়াগী ঈথাই কয়া কয়া লৈখ্রবনি অহুগা লোয়ননা মনিপুরগী সংস্কৃতিগী শকলোন কয়াসু য়াওশিনখ্রবনি। মতাং অসিদা পঞ্জনিংবনা জগোয় রাস অসিমক্তদা থায়নগী ইপা ইপুশিংগী কৃষ্টি, মৈতৈগী লাই হরাউবগী ভাব ভঙ্গি কয়া লোথোক্তুনা বৈষ্ণবশিং ভাব রাজ্যগী শক্তম অমা শেমখিবদা ইপানাৎ ইপুনাৎকী কৃষ্টিগী কলা অহু য়াওখিদে হায়বসি অখণ্ড অহে কনানসু পাম্বোম তিংবা ঙমলোই। তশেংনা পল্লবদা ইপানাৎ-ইপুনাৎকী কলাদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ভাব ভঙ্গি

ছাপচিন্দুনা শেমখিবা রাস অসিমক্তা ভসিমক মনিপুরবু ভসিগী জগৎ অসিনা শকখঙবা হায়বস্থ ওইগ্রবনি।

মথক্তা পীজগ্রিবা রাস অহুম অসিস্থ মখল অনি থোক্লা খায়-দোক্লমী. মস্থুদি—

১। শ্রীগোবিন্দগী রাস ২। শ্রীবিজয়গোবিন্দগী রাস।

শ্রীগোবিন্দ রাসতা কৃষ্ণ শাবা থৌরানী শাবী য়াত্তদে, কংলিবা রাস অহুগী ময়ায়দা রাধা-কৃষ্ণগী বিগ্রহ লেঙথোকই। অতুগা শ্রীবিজয় গোবিন্দজিউগী রাসতদি কৃষ্ণ শাব থৌরানী শাবী অনিমক য়াওই। অতুগা কৃষ্ণ অভিষার রাধা অভিষার য়াওই। কোমুংদা কংপা নত্তবা খুল্লক্তা কংলিবা জগোয় রাস মখল অহুম অসিদি শ্রীবিজয় গোবিন্দদ কংলিবা রাস মখল অহুম অসিনি। অসিগুম্বা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পরায়ন ওইরবা ইনিংথৌমক্তা কংপিরম্বা জগোয় রাসকী ভনিতাদা মহারাজগী সনা মিংলেনগা কোন্নবা ভনিতা হৌজিক ফাওবা চংনরি—

দীন হীন ভাগ্যচন্দ্র

এই রস আশ্বাদয়ে।

অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি লাৎপা অসি ইনিংথৌ অসিগী সনা হাক্তকুদা নত্তে। মবুধে শিংগী সনা হাক্তকুগী হৌনা লাৎলম্নবনি। খৃষ্টগী কুমজা ১৮ গী হৌগৎলকপদা কৃষ্ণ লাৎপা, কৃষ্ণগী কিয়োং শা-বগী বাফম ঐথোয়না ইতিহাসকী লামায়দা খেংনদবা নত্তে। অতুম ওইনমক মনিপুরগী সংস্কৃতিগী মশক মচু থোক্লা থৌরাং চাউনা লাঙ-খিবদি মহারাজ অসিগী সনা হাক্তকুনি।

রাজর্ষি মশামক কলাপ্রেমীনি, কলাকারনি। শকাব্দ ১৬৯৮ হায়বসি ইং কুমজা ১৭৭৬ তা মহারাজনা রাসকী নিপা পালাদা পুং থোন্দুনা মতোল ইবুংঙো ভৌব্রাম শাইনা ঈশৈ হল্লগা সংকীর্ত্তন কংখি। অসিদা নত্তনা মনিপুরদা লৈরিবা ধুমেন মরিসিগী মন্থুংদা মহাধুমেনমক রাজর্ষি অসি-মক্তা হৌদোকপিরম্বনি। অতুগা হৌজিকী মৈতৈ পুং অসিমক শ্রীযুৎ

মহারাজনা মঙদা উরৱা অহুদা চপ মান্ননা উনা শাহনবনি, মসিবু পুং হায়না মমিং থোনখি। শ্রীযুৎকী মঙদা উখিবা মওংগা মান্ননা শাখিবা পুং অহুগী মওংনা হৌজিক ফাওবা নট পালা সংকীর্ত্তন খুদিংদা শী-জিন্নরি। অহুবু নট পালাগী পুংগা অরিবা পালাগীগা খেন্নৈ। সং-কীর্ত্তন অসিমক পুংনা অহানবা রাগ হৌনরি।

তৌবমক্তি বৈষ্ণব ধর্ম্ম চঙলকপসি মহারাজ ক্যাম্বগী সনা হাক্তক্তগী চঙশিল্লকখি অহুবু ধর্ম্ম অসিগী মতাংদা নিংথিনা মায় পাকখিবদি শুপ্নগী মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী সনা হাক্তক্তগীনি হায়বদা করিস্সু হায়মনবা থো ক্লোই। চুম্নগী ধর্ম্মগী য়াম্বৌরকপা মতাংদা মহারাজ মশামক ধর্ম্ম অসিদা দীক্ষা তৌবিহুনা মনিপুরগী প্রজাশিংদা চপ মান্নবা মওংদা চঙ-শিলহনখি। সনা হাক্তক অসিদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অচৌবা য়াওন অমা লাকখি। ধর্ম্ম অসিমক ইনিংথৌসিমক্না মখোঙ শোম্বীরম্বনি হায়বদি মহারাজ অসিনা ধর্ম্ম অসিদা দীক্ষা লৌবিহুনা ইনিংথৌগী ধর্ম্ম ওই-খিবদগী লৈবাক্কী ধর্ম্ম ওইহুনা মনিপুর লৈবাক্তা বৈষ্ণব ধর্ম্ম মরা চেৎনা লৈখিবগী মরম অমনি।

ইনিংথৌ অসিগী সনা হাক্তক্তা কলাগী জগত্তা অনৌবা ঈচৌ অমা পীবদ নত্তনা সাহিত্যগী জগতস্তু মশক থোকপা থৌদাং কয়া লৌ-খিবা পণ্ডিতশিংস্তু পোকখি। মখোয়গী মরক্তা গোপীরাম সিংহ ৱাংখৈ পণ্ডিত মাধবরাম ৱাহেংবা অনি অসিমক মিং পনবদা মতিক চাই।

ৱাংখৈ পণ্ডিত গোপীরাম হায়বসি পাচ-হনবা ফম ওইহুনা শীং-থানবা পণ্ডিতনি। পণ্ডিত অসি মহারাজনা য়াম্না চানবিবা অরু অহেন মওং লাকপদা ৱা তান্নরিবা মীশক্তি। মহারাজনা লাংথবাল কোন্নুংদা পাল্লিন্দৈদা খৃষ্টগী ১৭৮৯ দা মৈতৈ লৈবাক্কী মৈহৌরোল মহাক্না ইখি। মহারাজনা মহাকপু পেনবিহুনা তাংখমদা লৌ পরি মঙা মনা ওইনা পীখি। সনা হাক্তক অসিদা মবুধৌশিংনা চৎলম্বা মশিল লাইরিক্তা হাপতোক হাপচিন কয়া তৌহুনা অমুক হন্না ইখি।

মাধবরাম রাহেংবা সনা হাকুক অসিদা ১৮শুবা শতাব্দীদা সাহিত্য লৈকোন্দা লাংলোন, সনাকশি, মহাভারত, বিরাট-পর্ব্ব, সনামনিক অসিনচিংবা লাইরিক কয়া হাপচিনবিরম্মী। অসিদা নত্তনা মহারাজ অসিগী সনা হাক্তক্তা, রাংখৈ গোপীরামদা মবুধৌ পাখংবা সনা হাক্তক্তগী হৌনা নিংথৌরোল মথং মথং ওইনা চৎনরকপা থৌগল্লোল, হৌনরোল পুন্নমক লাইরিক ওইনা ইথোকহল্লি। লাইরিক অত্তুগী মমিংনা "চীংথংখোম্বা থৌগল্লোল" হায়না কৌই। সনা হাক্তক অসিদা ইরম্বা থৌল্লোল অসি মৈতৈ লৈবাক্তা অসুপকী মতিক মরু ওইখ্রবনি মরমদি থাইনগী অরিবা চৎনবী থৌগল্লোল কয়াবু য়াকাইহনবদি লাইরিক অসিগী মপান্দগীনি।

অম্মক্তা পঞ্জনিংবা অমনা মহারাজ অসিগী সনা হাক্তক্তা মনিপুরী সংস্কৃতি জগত্তি সনাগী যুগনি। তশেংনা পল্লবদি গুপ্ত যুগতা ভারতকী সাহিত্য, সংস্কৃতি সুবর্ন যুগ ওইখিবগুম্মী। মহারাজনা মনিপুরদা চহি ৪০ রোম পাল্লগা মতমদা শা লানগী মৈখু মরক্তা হায়বদি চুন্নগী শালানগী লাম্থেংনরগা পোখাত্নুনা লৈথোক্লগে হায়বা লৈতনা জাতিগী সংস্কৃতি, সভ্যতা শেমগৎনবগী অচৌবা লাম্থেংনবনা অহনবা নাইদনা চোকথবা লৈতনা পুন্সি খোঙফম খোকলোইরক্লবা ফাওবা হোংনখিবনি। ইনিংথৌনা ধর্ম্মগী অমদি ঈশ্বরগী ভক্তি প্রেমগী ইহৌ পীনবা থৌনাদি মনিপুর সনা লৈবাক্তদা নত্তুনা, লাপ্পবা বাঙলা দেশ ফাওবা শান্না চৎখি। মতুংগী প্রমান্দি নদীয়াগী মহারাজ কৃষ্ণচন্দ্রগা চায়না খোংফেন হানখিবা মতাং অত্তুমক পনবদা মতিক চাবনি, মত্তুদি কৃষ্ণচন্দ্র শাক্ত ধর্ম্ম চৎপনি অত্তুনা নবদ্বীপচন্দ্র বিগ্রহনা লৈরোল চনখি।

অত্তুবু মহারাজনা কৃষ্ণচন্দ্রদা চৈনা পীবা, তেমথেং লৈবা মপাউনা প্রেম ভক্তি অমদি গৌর ধর্ম্ম য়োক্লিবা ঐ মৈতৈ নিংথৌনি হায়না শাফু লৈরবা ময়াথংনা নবদ্বীপচন্দ্রবু লৈরোম্মুংদগী লৌখৎতুনা ফোঙনা সেবা চৎহনখি। মত্তুদা নবদ্বীপ বাসীশিংনা অমদি বৈষ্ণব কয়ানা

মহারাজবু "ৱাজর্ষি" হায়বা মিংথোল কৎলকখ্রবনি। মতৌ অসুম্না মহারাজ অসিনা শিথরুরবা গৌর ধর্ম্মবু নবদ্বীপতা অমুক হন্না হিঙ্গং-হনখিবসি ইনিংথৌ অসিগী মায় পাক্লা লৌরবা ইজ্জৎনি হায়বদা য়েং-কদবা কনাবু লৈরমগদগে? অসিগুম্বা ইনিংথৌগী থৌনা, লিংজেল অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্মবু মখোঙ শোম্বদা হনবা নাইরমদবা অসি মনিপুর ঐখোয়গী চাউথোকচনিংঙাই ওইরিবনি। হৌজিক্কী মনিপুরগী ওইরিবা সংস্কৃতি, সভ্যতা অসিমক মহারাজ অসিগী অচৌবা থৌদাংগী শকফম-মক্তি হায়বদা করিসু চিংনফম লৈতে।

ইনিংথৌ অসিনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌরবা অমদি ধর্ম্ম অসিবু য়োকখৎপগা লোয়ননা ধর্ম্ম অসিদগী লাকপা ভাব কয়া লৌতুনা শেম-খিবা কলা, কৃষ্টি, সভ্যতা অসিতবু য়োকখৎপদা নত্তুনা মনিপুরগী হান্নগী পরম্পরাগী চৎনবী কয়াবুসু মাঙহল্লমদে। মতুদি লাই হরাউবা, ঈরাৎ থৌনিনচিংবা কয়াসু য়োকখৎপিরম্মী। মতুগী খুদমদি সনা হাক্তক অসিদা মবুধো পাখঙবা হরাউখি! ইনিংথৌ অসিগুম্বা খরা মৈতৈ লৈবাক্তা পোক্লমবদগী মনিপুর অসি হৌজিক ফাওবা মনিপুর হায়রগা পৃথিবীনা শক খঙনরিবা অমা ওইতুনা লৈরক্লবিনি নত্রবদি ঔরানা লৈহত্তুনা মাঙলমগদবনি। মসিমক ইনিংথৌ অসিগী শা-লান্দা হৈশিংবা অমদি হনবা লৈতবা থৌনাগী শক্তম্নি। মতৌ অসুম্না হিরম খুদিংদা মায় ওনশিবিরম্বা মরম্না মনিপুরগী সংস্কৃতিগী ফিভম মউ চাউনা মপাল মরা ভানা লিংবিরম্বনি।

# জগোই রাসকী নুংগী ঈচেল্ল
## ভক্তি রস

অইবা—শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা, গবেষনাভূষন, সাহিত্যরত্ন
ফেলো (MSKA) ফেলো (ভারত সরকার)

পূক্নিংগী নুংঙাইবা শরুক য়াওদনা চুম্নগী পানগী ওইবা নুংঙাই-বতনদি থক নুংঙাইবত্তগী মপুং ফাবা ওইদে। লমখাঙদা হেক্তমক ঈচেল থকখি। পানগী নুংঙাইবদি মাঙবা, তাকপা নাইবা মীরমলেনগী পোক্তগী ফংই অত্থুনা, মাঙবা, তাকপা নাইবনা মশিন্নি। অত্থুম্নদি ওইরগা ঐখোয়গী নুংনদি মতম পূম্নমক্তা থৌরাংনা ঙাইহুনা লৈ নুংঙাইবা মাতবু। অসুম্না লেঙবা লৈত্রবা, থক ময়েং তাবা তৌদবা অত্থুগুম্বা নুংঙাইবা ঈচেল অত্থুতবু থৌরাংজবদা, জীবনা মমিৎ তাঙবনা পোৎ মাবগুম মাহুনা ঙাইহাক্তগী ওইবা নুংঙাইবতবু থেংনৈ, মহুনা অমুক চীকমাঙ মাঙথবদা নিংবা কায়না হাহাকার লাউই।

জীবনা মশাঙক্কা খঙজদনা অসুম্না থৌরাংজরিবসিবু করিনো ময়েং তাবা লৈরোইদবা অত্থুগুম্বা নুংঙাইবা অদুতবুনি। অসুম্না নুংনা ঙাইবা নুংঙাইবা অসিবু করিনো? অশেংবা নুংঙাইবা ঈরেল অত্থুদি মহাক্তনি, অতৈ কনাসু নত্তে। লেঙল্লি পাল্লিবা জগৎ তাইবঙপানবা পূম্নমকপু শেম্বীরম্বা মপু অত্থুতনা লেঙদবা নুংঙাইবা ঈরেলনি। খঙনবু ওই-রবসু খঙদনবু ওইরবসু থবায় পানবনা মাতগী খুৎচিং মখাদা, জীবগা মাগা অনিবু শম্নহল্লিবা মিৎনা উঙমদবা মরী অত্থুনা থোং শাহুনা মিকুপ খুদিংগী তত্তনা মাগী মায়কৈতদা চেনশিন্নরি। শোল্লবা জীবনা উদবা, খঙদবা মরী অত্থুগী অশেংবা মশক্তি খঙজদবনা মথোঙ মরম খঙদনা লেপ্পা লৈতনা অত্থুম্মক অপল-অহুই কয়া থেংন-থেংননা, মপোক

কয়া লাম্না পোখ'ফম খঙদনা চেন্নরি। মতম পুন্নমক্কা মখোয়না মশানা খঙদনা পামজরিবদি লেঙদবা মুংঙ ইবা অহুতবুনি। অহুনা খঙনবু ওইরবসু খঙদনবু ওইরবসু জীব পুন্নমক্কা তাইবঙ মপু অহুতবু পামে। মরমদি মহাক্কনা খমথেংবা মুংঙাইবা হায়বহু ওইবনা।

মীওইবগী মাখল পুক্লিংগী থবক্তি। মসি কনাগীসু মখা পোন্দে। মনিং তৌবনা মাগী মনাংনি। শিংলিবা মুংশিং ফাহুনা থম্বা যাই, মীওইবগী পুক্লিংদি ফাঙমদে। অকনবা সাধন অমদি অকনবা অভ্যাস-তনা মাবু মনিং তৌবা শাজত্তগী পুথোক্কুনা অকক্নবা লম্বী অমত্তদা চংহন্নবা থেমহুনা নৌহুনা তম্বী তম্বীনা শীজিন্নমিংবদা শীশিন্নগর্দবনি।

নিংথিবা ৱাবেং-শৈবেং অমা পাকবদা মহুনা উৎলিবা অর্থ অমদি ভাবনচিংবহুগা পান্নিবা মী অহুগী পুক্লিংগা অমত্তা ওইশিন্নখিবা মশা-মকপু কাওথোকখিহুনা বতিনচিংবা ভাবকা তিন্নবদগী নিংথিবা মচু মমেন লোয়ননা থম্মোইমুংদা ফাওবকপা হাযফম খঙদবা মুংঙাইবা মতৌ অহুবু অলংকার শাস্ত্রনা 'ৱস' হাযবহুনি হাযনা উৎলম্মী।'' অসুম্না প্রেম্না থুম্মংলবা ভক্ত থম্মোইনা মুংঙাইবগী মশক ওইরবা মপুগী থুন্নবা মহাউ অহুবু তংজবা ফংলকপা মতম অহুদসু মশানা মশাবু কাউথোকখিহুনা তাইবঙপানবগী মতৌ নত্তবা অহুগুম্বা মুংঙাইবগী ঈচেল অমদা তাউ-বকই। অসিগুম্বা মুংঙাইবগী ঈফুৎকা ঈবোযননা ভাগবৎ-প্রীতিবু মহাউ তংজবা অসিনি 'ভক্তি ৱস'।

ন ভাবেন বিনা কাব্যং ন ভ'বেন বিনা ৱসঃ।
ন ভাবেন বিনা নৃত্যং ন ভাবেন বিনা জগৎ ॥

—সঙ্গীত দামোদৱ

ভাব য়াওদনা কবিনা কাব্য লেংবা ঙমদে। ভাব য়াওদনা ৱস ফাওৱক্তে, ভাব য়াওদনা জগোইসু জগোই ওইদে, তাইবঙ অসিসু লেপ্পা য়াদে।

কৱিগুম্বা পোংকী মহাউবু ৱস কৌই। তংহুমা খঙলিবা অহু

মহাউনি, রসনি। ভাবকা রসকা অনিমক খক থানবা য়াদে, অমা য়াংপদা অমগী মশক শেংনা লেপ্পা য়াদে। ভাবকী রসকী মথং মক হেনগৎলকপা মওঙ কয়া লৈ। অহিং য়াওদনা থোক্লিবা থাগী ফজবা ওইদে। অহিংগা থাগা অনি য়াওদনা শাৎলিবা থরো-থাক্লিকথান-চিংবগীসু ফজবা খক ওইদে। অসিগুম্বা ভাব রসকী মহাউ ফংনবা বৈষ্ণবশিংনা ভাব অনিবু ভক্তি ওইনা লৌনৈ। অসিগুম্বা ভাব মত্রগা ভক্তি অসি য়াওদনা কনানসু লুংঙাইবা ফংদে। তাইবং মপুগী কা-দত্তসু নত্তে, ইথাইদিনা য়োনা পাম্লিবা হিরম অমদা অয়োবী ওইনা ভক্তি লৈরবত্তদা পায়রুবা শিনফম অহুনা রসকী মশক ওইরক্তুনা মাবু কোওরিবশিংদা পেঙ্গবা লুংঙাইবা মহাউ পীরকই। অসুম্মা জীবনা তাইবঙগী পোৎগী ফংবা হৌনবা লুংঙাইবগী মহুত্তা মতু পুম্নমক থাদোক্লম্লগা তাইবঙ মপুতবু পুক্লিং হকঙাংনা চপ য়ুংবা ওম্নবদি অদু-গুম্বা মপাম অদুবু ‘প্রেম’ হায়না কৌই।

তাইবঙগী পোৎ পাম্লিবা অদুনা ‘কাম’ হায়রবসিনি। অসিগুম্বা প্রেম অসি ফংবদা জ্ঞান লৈবা লৈতবগী থোইনা কাম্লবা লৈতে—“মহাক অদু ঐতগীনি” অসুম্না খঙ্গবা ওম্নগা লোইরে। শাস্ত্রনা হায় মীরমলেনগী মতৌদা অশেংবা ‘রস’ লৈতে। মরমদি—মাঙবা তাকপা নাইবা পোৎগী ফংবা লুংঙাইবা রসসু অদুম্মমক মাঙবা তাকপা নাই। মরম অদুনা অশেংবা রস হায়রবদুদি তাইবঙ মপুতদা লৈ, অদুনা ইবুংঙো মাবু রসমকী মশক্তি অসুম্না হায়নৈ। অদুম্নদি ওইরগা তাই-হাকী ওইবা তাইবঙগী মতৌ অদুনা মাঙবা নাইদবা লেঙদবা লুং-ঙাইবা চবুন অদুগী মমি তম্ফম অমদি ওইন্নিবনি।

অসিগুম্বা মিৎকুপকী ওইবা লুংঙাইবা অসিনা অদুম্মক মরী অদুনা লোইবা লৈতনা লুংঙাইখিনবগী লংজিন্দি ওইরিবনি। অদুনা মসিনা থোং শারগা মহুদা লানদনা ঐখোয়না মায়া তুরেল য়াংমদা লৈরবা অশেংবা মফম (বৈকুণ্ঠ ধাম) অদু য়োনা চৎপা তাই। নত্রবদি অদুগুম্বা

লাইরৈবাক অতুগী মশক-মচুনচিংবতুবুদি ঐখোয়না ইনিং তৌনা ফনমক থল্লুহনস্থ খক লাকশিল্লুবা ঙমগদবা লৈতে। অতুনা বৈষ্ণব-শিংনা হায়—প্রকৃতিগী শকলোন পুবী শ্রীমতি রাধাদা চঙজদনা খক কৃষ্ণ ফংগদবা লৈতে।

শ্রীমতি রাধা কুচু পানবী, হরাউ-হুংঙাইবগী শক্লোন পুবীনি, তাইবঙ মপু শ্রীভগবানমক্কী শক্তিগী মশক্কি। রাধা কনানো, বৈষ্ণব-শিংনা রাধাবু কনানি হায়বগে? রাফম অসি অতবা নৈনফম থোকপা ওইনা বৈষ্ণব সমাজদা লুনা য়োক্লে। অপানবা অঙানবা হায়বসি অচম্বা মীওইবা ঐখোয়দদি মিৎনা উরিবা, নাখলনা য়েৌবা ঙমলিবা, পনখৈ রাংমগী নৎখিত্রিবা, সৌরমণ্ডলনা কোল্লিবা ঙমখৈ—পোকপদগী শিবা তানবা ফাওবা থোক্লিবা, উরিবা, তারিবা ময়াম অসিনা পুন-শিল্লগা ওইরিবা অমদি পুক্লিংদা তারিবা মতুগী শক্তম অতুবু বৈষ্ণব-শিংনা রাধাগী শক্তম ওইনা লৌনবরা খল্লি।

অমরোমদনা শাস্ত্রনা হায়বা মতুংইন্না শ্রীমতি রাধাদি পরমা প্র-কৃতিগী মশক্কি, প্রকৃতি পুন্নমক্কী মপীনি, তাইবঙ পানবা অসিস্থ প্রকৃ-তিনি, প্রকৃতিদগী পোক্লিবা জীবস্থ প্রকৃতিনি। প্রকৃতি ওইবা জীবনা মশাগী হৌরকফম ওইবা পুরুষ অতুগী খুবম থিরকপদা মহাক মশাগী মনাৎনা অভিসার তৌদুনা অতুম্মক থিজব্নকপা তৌবনি। মনাং নত্তবা অতোপ্পা পাস্থে অমদি মানা কদায়দগী ফংলুতনি। অতুনা রাধাগী শকলোন লৌবী মীরমলেন অসিনা থোং ওইনরগা মতুগী রাংমগী পোৎ থিবা তাবনি।

মিৎ অমদি পুক্লিংগী রাংমগী পোৎ অতুগী মশক-মচুনা অমুক কম-দৌরমগবা, কনানা খঙলুগনি। ইশাগী হৌরকফমস্থ অমম্বনি, লোইরু-ফমস্থ অমম্বনি। অঙানবা ওইনা উরিবা মীরেমলেনগী মতৌ অসিমক্কী মরুস্থ অমম্বনি। অসিগুম্বা অমম্বদা হৌরকপা অমম্বদা লোইরবা মতৌ অসিনা থাদোকঙমদবা ইনাৎ ওইনা লৈবনা পুক্লিংতদা ফাওরিবা, পুক্লিংনা

থৌরাংশুরিবা, পামজরিবা যুগ কয়া চঙনা অভিসার চত্নবা খিজরিবা, য়ৌনা মুংঙাইবনি নিংলিবা অদুগী মশক মচু অত্নবুম্ব মহাক্না থক অঙানবা ওইনা উঙরুবা ঙমদে।

অসুম্না অমম্বা নত্তনা মদুগী করিগুম্বা মিংথোল অমা থোল্লকম খঙদবস্ত অশেংবা মুংঙাইবদি মদুদে মরেরে হায়বসি য়ৌনা থাজদুনা বৈষ্ণবশিংনা, মখোয়না য়ৌনা পামজরিবা মখোয়গী মবুংঙো অদুগী মচুম্ব অমম্বা ওইনা কল্পনা তৌনৈ। শরৎচন্দ্র চট্টোপধ্যায়না য়েক্লম্মী— অসিগুম্বা অমম্বা অসিগীদমক্তি ব্রজগী নহা ওইবীশিংনা ঙাওজখিবা, ব্রজগী নহাদি কনানো? মীওইবনা চহি চমা পুম্মিদুনম্ব, মহুদগী হেনবা মীওইমক ওইখিদুনম্ব মশাগী পূক্লিংদি থক অহল ওইশিল্লকপা লৈতে। অদুগা অখণ্ড অচৈশিংনা হায়নৈ অহল ওইরকপা মতমগী পূক্লিংদি হন্নুবনা নহাংচা অমা লৌবগুম্মী, হায়বদি অহল ওইরবা, হীকথরক্লবা পানগী হুকচাংনা নৌরিবা মশাগী পূক্লিং অদুগা চান্নবা থবক তৌবা ঙমদে অসিনি।

অসুম্না নৌদুনতা লৈবা মীওইবা পূক্লিংনা মাগী চানজবা অদুগুম্বা রস অদুতবু চুপচরগা খ্বায়দগী ৫েন্না পেঙবা ওই। মরম অসিদগী মখোয়না শ্রীরাধা কৃষ্ণগী নিত্য-কৈশোর মূর্ত্তি অদুতবু কল্পনা তৌদুনা মশাগী আত্মানা মখোয়গী রস সমুদ্রদা কোয়না তাউদুনা শান্নজবা অদু-গুম্বা খুদোং অদুতবু কোয়না থিদুনা লৈ। 'যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজমোহং'— ভগবানদি মী মী অদুনা পামজবা অদুতবু হেক হেক পীনবি। অদুনা ইবুংঙো মাবু নিংনিংবা মওঙদা লিশিং লক্ষা থোক্লা নিংনজবা য়াই, মদুগী মপাল্লা মমা মনানা পামজবা মওংদা অদুম্মক লাক্লে। মরম অসিদগী ইবুংঙো মাবু মনাই ভক্তশিংনা মচা ওইনা, মনাও ওইনা চান্নজবা মরুপ ওইনা নত্রগা ঙাকপী কনবিবা ঙম্বী মপু ওইনা অমদি য়ৌনা পামজবা শৃঙ্গারগী সংশঙবা শক্তম অদু-মক ওইনা নিংনজে।

অমুম তৌনা মীওইবনা মীরেমলেনগী থোদো থোওঙগী মরক্তা লাইরমলেনগী মক্তুবা শেংলবা অমদি লংলবা অদুগুম্বা রস অদুগী মহাউ থিনৈ—অদুনা মখোয়গী মবুংঙোদি সংশঙবা রসকী মুর্ত্তি রস রাজমক ওইহল্লি। অদুগা অসি স্বা শৃঙ্গার রসকী মহাউ থিরিবা নহা ওইবা ভক্তগী পুক্লিংশিং অদুনা মণীং লাকওমহুবী ব্রজগী নহামচা (গোপীনহা) ওইনা কল্পনা তৌনৈ। অদুনা রাস লীলাদা গোপীগী মশীং লোইবা নাইদে। হান্নসু হায়খ্রে, মীওইবগী বুদ্ধিনা, লৌশিংনা মখোয়না অমুক্তসু হান্না থেংনখিদ্রিবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তগীসু খক কল্পনা তৌজরুবা ওমদে, ফনমক রানা হোংনদুনসু মাগী রাখল মরী হদুনা মিগী মচিন্দা থোকপা মিরাংগুম অদুম্মক মাবু কোয়শিন্দুনা হম্মী। অদুনা পুক্লিংদদি ফাওবা, হায়ফমদি খওদবা অদুগুম্বা তাই-রঙ মপুনা মাগা লৈনবা মরী! অদুবু শাগী মনাৎ মতুংইন্না মশানা খঙবা তাবনি। মসি নংবা উপায় অমা মঙোন্দা লৈজদে। হায়নৈ, তাইবঙ মপুগী মনাক নকচগে হায়রবদি সংসার থাদোকউ। অদুবু থাদোক্লগা মানা চংখিগদবদি কৈদনো?

পোকতৌদগী চেন্নরক্লবা মাগী নুংগী মপুক্লিংনচিংবা পোৎলমশিং অদু-বুদি মানা কদায়দা থাদেক্লগনি? মীরক্তগী থোকপগা পুক্লিং য়ুংবা মঙৌবুদি মানা ফংলবসু ময়াই অদুবু অদুমকসু হান্নগী হান্নগুম মী-ওইবা পুক্লিং ওইবদি খক হোংদোকপা ওমদে। অদুনা সংসার থা-দোবগ্রবা সাধু-সন্ত কয়ানা থম্বীরম্বা তাঙলবা লমজিং লাইরিক অসিবু অদুগুম্বা মীরমলেনগী ওইবা পোত্তা লাইরমলেনগী মচাক তানবা ভাক্তগী খুদম পীনরম্লি। কবি জয়দেব, চণ্ডীদাস, বিদ্যাপতি, গোবিন্দ-দাসনচিংবা ভক্ত কবিশিংগী শৈরোন-শৈথা পুম্নমক ভক্তি মাগীদা চঙদবা কনাগুম্বনদি খুল্লও-ঈশৈমক্তুম লৌনৈ।

মথক্তী মরম অসিতনা মসি ওইবনি। উপায়দি লৈতে করম তৌগনি। ঈশাসু ইবুংঙো মাগীনি, মানা পীনবা খুৎলাইনা মানা

পাম্বহনবীরবা পোৎশক্তুবু (অমরোমদা মহাক্তবু) থিদ্‌না হুমদ্‌না লম্বী য়াৎচবা নত্তনা ঐগুহ্নবু করি তৌবা ঙম্বগে? অদ্‌গুম্বা হায়রুম খণ্ডদবা, ব্যাকরণগী নিয়মমা অমদি চৎনবী আইমা পুন্দ্‌বা য়াত্রবা অসিনি হায়না খন্দোক্তুনা উৎপা ঙমবা পাম্বৈম্নু লৈবা নত্তবা পূক্লিংতনদি মহাউ ফংবা অহুগুম্বা পোৎশক অমদি লৈ হায়বসি থম্মোই পানবা খুদিংমক্লা য়ানগদবা রাক্ষম্নি। বৈষ্ণবশিংনা কোয়না থিনরিবম্নু মসিতনি, মসিগীদমক্কি ব্রজ গোপী নহামথৈনা ঙাউনখিবা, মসিগীদক্কি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা রাজ বৈভবতগী থাম্না চম্খোক্তুনা পুন্সি লোমখিবা।

ভগবানপিতারাত্রিঃ শারদোৎফুল্লমল্লিকাঃ।
বিক্ষ্যরন্তং মনশ্চক্রে যোগমায়ামুপাশ্রিতঃ॥

শাৎকায়রবা মল্লিকানচিংবা লৈনা লৈতেংলবী শরৎ পূর্নিমাগী অহিংবু উবদা শ্রীভগবাননা রাস শান্নগে খন্দুনা যোগমায়া কোৌবী ইবুংঙো মাগী শক্তিবু আশ্রয় তৌখি। রাস কনাগা শান্নখি—ব্রজগোপীশিংগা হান কাত্যায়নীব্রতনচিংবা অকনবা তপ কয়া তৌহুনা মুংপান অনীমক তরু তরু শুদোক চামথোকচরবী, মখোয়গী থম্মোইবু শরৎকী থানিন অহিংগুম তরু তরুংলবী, ফুগায়না শাৎলবা ভক্তি প্রেমগী লৈরাংনা মহুবু অমুক মনম চেলহন্দুনা মতিক চারবা শ্রীভগবানগী রাস শান্নফম শেমজন্নিবী অহুগুম্বী গোপী নহাশিংমক্তনি। গোপী নহা ভগবৎ ভক্তি লৈবা মপোক কোটি কয়া চঙনা ভগবানবু ফংজনবা অকনবা তপ তৌরক্তুনা হায়বদি লোইনাইদবা খোঙচৎনা শাংলবা মপোক কয়া লাম্না অভিষার তৌরক্তুনা মমৈদা তাইবঙ মপুগা হকথেংনজবা য়াবগী থাক য়ৌশিল্লকুবা অহুগুম্বা ভক্তশিং। অহুদি অহনগী মতমম্নু ওইবা য়াবদা নহা হায়রিবনা করিগীদমক্লো? হান্নম্নু হায়ব্রে—চহিনা কনমক লাকহত্তুনম্নু ইশাগী 'আত্মা' নত্রগা ঐগী 'ঐ' অমম্নুং 'ঐ' অহুগা শাগোম্নরিবা পুক্লিং অহুদি করিগুম্বদম্নু খক অহল ওইশিল্লকপা লৈতে। শাস্ত্রনা হায়—আত্মাদি মাঙবা নাইদে, অহুনা মাঙবা তাকপা

লৈভবা পোৎকীদু মঙ্গরকপা, খুইখরকপা থক লৈতে। মরম অদুনা খাগি মতম পুন্নমক্তা অদুম লোতুনতা লৈ। বৈষ্ণব ভক্তশিংনা ব্রজ-কিশোর-কিশোরী অনিতবু, থম্মোইদা লাৎচরম্লিবসি মরম অসিতনা ওইরবানে।

মীওইবদি থম্লোইবা জীবনি খনবওদা নুংঙাইজরিবনি। অদুনা হৈজবা মশিন্না, শাগোম্নজরকপা মনাৎনা, মশানা থাদোকওমগুবা, মথবায়না ল্লোনা পামজবা অপাম-নুংশি হায়বা মীরেমলৈনগী মতো অদু ওইদুনা থম্মোই লকান্নুংদা থমথেৎনা নুংঙাইরবা চিন্তামনিধাম বৃন্দাবন উমং শেমজদুনা মতুদা থ্বায়দগী হেন্না নুংঙাইবা, মথক্তা অম লৈত্রবা জীবনা ভগবানবু ফংজবা হায়বা অদুগুম্বা রাস-লীলা অদু শ.মজদুনা মশামক্তা রসকী মশক (রসময়ী) ওইদুনা তিনশিঙ্গথিবা ফংবা অসিগুম্বা মুক্তিগী লায়থবা প.গৈ অসিবু শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা তাইবও জীব পানবদা মশামক্তা লীলাগী মতৌমক ওইবিদুনা ভাগবত-ধর্ম্মগী লূরবা লাইনিং লাইশোলগী অর্থ অমদি মওও মতো পুন্নমক শোল্লবা জীবদা সংশর্ত উৎপিরম্মী।

মথক্তদু হায়রগে জীবনা অমম্বতমক থেংনৈ, অঙানবা মরীক অমা ফাওবা ঙম্নবা লৈতে। অদুয়দি ওইরগা থৌওইনমক মিং উইশিন্দুনা মমঙ্গগা খনবা বাখলদগী ফংলকপা মঙাল অদুদি পুন্নমক্কগী হেন্না লংবা, মেভত্রবা অমদি নৌত্রবা তাইবঙ খোম্না শুম্বাংপা ওম্বা মওওগী ওই-রগই। চাওথংলবা বিজ্ঞানগী পোথোকশিং অমম্বদগী ওাম্থোরকপা থম্লোইবা বাখলগী মহে ওাকনি। অদুম্না মিং উইশিন্দুনা অমম্বদা মারগী চিংথোকপা অয়ংবা মঙাম্না তাইবঙ অপুম্ববু শুমাংলি। অদুনা উথো-রম্লবা মঙাল অদু অমম্বদা লোতুম্না লৈ হায়বা থওই। অদুম্না অমম্বদগী হেন্না নুংঙাইবা অমা তাইবঙপান্দা লৈতে। অমম্বতনা প্র-পোথকী মৈরামি: অমম্বতনা অথোইবা পূন্সি লমজিংমি। হে অমম্বা নংগী মকাওদা চংজরি।

অসিগুম্বা তুত্রিববু উনবা অমম্বদা কোয়না থিজবনা ভক্তগী অখোইবা পাংলনি। অসিগুম্বা লম্বেল অসিদি মানা মানা হৈনজবদা মনিং তৌনা চৎচবনা খ্বায়দগী লায়বা হেল্লি। অদুনা শাস্ত্রগী অফা-অপুন ওাক্তনস্ু মসিগী লম্বী হায়বদু ওইরক্তে। মীগী খুৎলাইবু ইশাগী খুৎ-লাই ওইনরুবা য়াদে। শাগোন্নজরকপা ইশা ইৎচবা ওম্বা ইমা পুক-মুংগী ঐগী খুৎলাই মচা অদুনা অদুম্মক ইশাগী লম য়াৎচবা তাই নত্রবদি মীগী খুৎলাইবু ঐনা পায়রুবা ইতিক ওইরমদবস্ু য়াই।

তাইবও মপুগী মরমদা শিংলুবগীস্ু থোইনা কান্নদে মরমদি ইথক থোংবা অমত্তস্ু অশিংবা মরৌশিংনা মাবু থক ফংজবা ওমথিদে। অপওবা ঐগীস্ু লাই লৈতবা নত্তে। ইবুংঙো মাদি মনাই ভক্তগী মথা পোনবনি, পুক্লিং মক্তগা লোইরে। অদুগুম্বা মায়া মরীক অমত্তস্ু পক্তবা পুক্লিং হকচাং পূম্নমক মাঙোন্দা কখোকচবা ওম্বা হায়বা থোনা অদু ঐ অসিনা করম্বা মতমদা ওইবা ওন্নকবা অমম্বনি। মহাজনশিংনা হায়নরম্মী গোপীগী থাক য়োবদি ইতিক নত্তে, অদুনা ব্রজগী উফুল মরিক অমা ওইজবা ফংবা অদুগী মখৈতনি ঐনা খৌ-রাংজবদি অস্নুয়া।

জীবনা ভগবানদা চঙজদুনা সেবাগী মওংদা অপেনবা থম্মোইনা ইবুংঙো মাবু মহাউ তংজবা অসিগুম্বা ভক্তি রস অসিদি মীওইবা পূম্নমকী মরলনি, জাতি অমত্তগী নত্তে, অচৌ অশাংতগী নত্তে, নিপা নুপী, অচৎ-চত্ত জীব পানবা পূম্নমকীনি।

উপনিষদনচিংবদা ব্রহ্মবু রস অমদি মুংঙাইবগী মশক্তি শীংথারম্মী, 'রসো বৈ সঃ' অস্নুয়া। রস করিনো তংদুনা খংলিবা মহাও অদু রসনি। পুক্লিং অমদি হকচাংগী ইন্দ্রিশিংনা অসিগুম্বা মহাও অসিগী মহাও তংবৈ। মিৎনা নিংথিবা ফজবতবু য়েংনিংঙি নাকোংনা মুংশিবা মখোল তানিংঙি, লৈয়েংনা অহাউ অথুম্বতবু মহাউ তংনিংঙি; নাতোন্না মুং-শিবা মনম ফংনিংঙি, উনশানা অথোৎ অমেংবতবু শোক-শন্ননিংঙি।

মসি পুন্নমক করিদগী ওইরিবনো ? ইন্দ্রিশিং অসিনা পুক্নিংগী থৌইনশিন্না অহুম্না মাগী মাগী মথৌ তৌনবা পাল্লিবনি । হায়বদি পুক্নিংবু য়াওব্রবদি ইন্দ্রিশিং অসিনা মাগী মাগী মরম্নাই ওইনদি অপাম্বা পামদবা করিস্থ লৈতে। ইন্দ্রিশিংগী থোংদা, মথোইবু খুংলাই ওইনরগা পুক্নিংনা মশাগী পেন্নবা ওইবা পোৎ অদুতবু থিবনি। মদুদি করিগীদমক্লো ? নুংঙাইবা হায়বদু পামদুনা তৌরিবনি। অদুগুম্বা রসকী মশক ওইবা তাইবঙ মপুগী শন্নক অদুবু ইবুংঙো মাগী ননাই ভক্তনা খক মহাও তংজদুনা পেঙ্গবা য়াদবরা ?

অসিগুম্বা রসকী অধিকারী ওইবা তারবদি ভাবকী অধিকার লৈ-গদবনি। খন্থ-হৈবা গুণ চেন্দ্রবদি রসকী মশক খঙবা ঙমদে। অসি-গুম্বা ভাব অসি য়াওদনা ভাব তানা লৈশিনগদবা অদুগুম্বা রসপু মশক খঙবা ওইথোক্তে।

ভক্তিগী মমাঙদা মুক্তিনা খাঙবা ঙমদে। লাই গুরুশিংনা হায় নবা চৎন-বাহৈনি। ভক্তিনা লায়না মুক্তি ফংবা ঙমই। অদুবু অশেংবা ভক্তনদি মুক্তি ফাওবা পামজদে, চিনিমক ওইবদগীদি চিনি অদুগী মহাউ তংজবা, তংলগা নুংঙাইজবা অদুতবু পামজে। চিনি মশামক্লদি মশাগী অথুম্বা মহাউ অদুবু খঙজদে।

---

# মনিপুরী জগোই ঈশৈগী মরমদা ইরম্বা অরিবা পুন্নাশিং

অইবা—ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ "পণ্ডিত", "ফেলো"
(MSKA), "ফেলো" (ভারত সরকার)

মৈতৈ জাতি ভারতবর্ষগী অবাং নোংপোক চিঙাইদা লৈবা অপিকপা লমদম চীংনা ইকোয় কোয়শিনবগী মনুংদা লৈবা, মীশিং লীকপা

জাতি অমনি। জাতি অসিনা অপীকপা লমদম অসিগী মীশিং য়াম-ঙদবা ওইরবস্তু হৌজিক্কী পৃথিবীগী কুনগুবা শতাব্দী অসিদদি হীরম কয়াগী থৌরমদা চাউখৎপগী অচৌবা লমচেল্লক্তা অকনবা থৌদাং য়ারি। শম্না মমিং পনবা তারবদা জগোই, ঈশৈ, থাং-তা, শগোল কাংজৈ, ঈরোইবা, তেন কাপ্পা, শরিৎ-শরাৎ অমস্তুং মুক্না কাংজৈ মমিং পন্নরক্লি। অদুম ওইনমক জগোই ঈশৈ, থোইদোক্লা জাতি অসিগী শক তাকপদা অহানবা লময়ানবা কনানি।

অসিগুম্বা জগোই-ঈশৈ অসি মৈতৈ ঐখোয়গী অশেংবা ইপা-ইপুনা থম্লিরম্বা ইরল ওইরবস্তু করম্বা মতমদগী হৌরকখিবনো হায়-বসিগী অরেপ্পা মতমদি কনানস্তু অশেংবা মতম, শোক, তারিখ পীবা ঙম্মদ্রি। অদুম ওইনমক অরিবা পুয়াশিংনদি তশেংনমক য়াম্না লিরবা চহি মশীংদি হায়ঙমগ্রবা ওইনা পীরি। অসিগুম্বা জাতিবু শক তাকপদা অচৌবা থৌদাং পুরিবা মৈতৈগী জগোই ঈশৈনা জাতি অসিগী শক্তম মিংশেল ওইহন্না লাকপা মরম্না পৃথিবীগী মমিং লৈরবা মহাদেশ কয়াগী মফমদা ইকায়খুম্নবগী ফিদা অমা ফংলিবা অসি মনিপুরী জগোই ঈশৈ অসিগী মপানি। অসিগুম্বা জগোই ঈশৈ অসিগী মরমদা ইরম্বা পুয়াশিং অদু য়েংশিনবা তারবদা অরিবা মতমগী পুয়াদি প্রি-বৈষ্ণবা-ইটকী মতম অমা অদুগা বৈষ্ণবিজমগী তুংদা চথরক্লবা পুয়া পুরান হায়বা অসিদা মখল অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই।

হৌজিক হৌজিকমক মৈতৈ জাতি অসিগী তৎন-থানবা লৈতনা চথরিবা লাই হরাউবগী থৌরমশিং অসিনা প্রি-বৈষ্ণবাইটকী মতমগী জগোই অমস্তুং ঈশৈগী হৌরকফম ওইরক্নুনা মদুগা ঈরোইননা মতমগী য়াওল্লক্তা থেংথাং কয়াদা শেমগৎ শাগত্নুনা মনিপুরী জগোই-ঈশৈগী অচৌবা ফম্ফম ফংলকখ্রিবনি। মরম অদুনা য়াম্না কুইথ্রবা চহি মশীং লাকঙমদবা মতমদগী লৈরক্লবা প্রি-বৈষ্ণবাইটকী মমাঙদা শীজিন্নরম্বা জগোই ঈশৈ অসি অহানবদা লৌখত্নুনা য়েংসি— অদুবু মফম কদায়দা

কন্নানা কন্নাদা তম্বীরম্বা, মথল কয়া লৈবা হায়বছু পাম্মোইবী খোম্মূল কৌবা পুম্বা অমম্দি ঙুগী লাইরোলনচিংবগী বারোল অসি অনোয়রোলদা শেংনা তাকই। অসিগুম্বা জগোই-ঈশৈ অসিসু অমুক মথল মথেল ৩/৪ খোক্না লৈ, মছুদি— ১। পাম্মোইবী জগোই। ২। মোইরাংগী জগোই ৩। শোরোন য়াইরেন চন্নুগী জগোই অমসুং ৪। চকপশিংগী জগোই লৌখৎপা য়াবা খোঙফম্নি।

অহানবদা পাম্মোইবীদা জগোই তম্বীরম্বা ওঝা অসি কোন্দে খুৎচুম্মাইননি হায়বসি অনোয়রোলগী শৈশক মশানা অহুম মতাকই, মছুদি—

তুবী ঙাংয়েকচম্নু তোইবী তংকাম্নুপী
খাপী লেংনাড়ীমোশ্বীনা অমাই মরাঙ হৌনা শানলোনচীং
কোন্দে খুৎচুম্মাইনা হে লাইকন চীংদা
নোয়বী নোয়্নতমচীংদা য়োংমু সাম্নমচীংদা
তংকাম্নুপী ফুয়াতিংবাক খুয়োন ফুয়তিং লৌপী
তৌরা নোংতংলেংপীনা মপল্ল লাইকা নোয়এ ॥
+ + + +
মহোকাইবোক চীংপু নোয়কী নোয়থেকখিয়ে ॥

—অনোয়রোল।

মথক্কী শৈশক অসিনা পাম্মোইবীদা কোন্দে খুৎচুম্মাইনা জগোই অমসুং ঈশৈ অসি মহোকাইবোকচীংদা তম্বীবুনি হায়বসি তশেংনা খঙহল্লি। মহোকাইকচীং— বাঙ্গোই, খুগ্ন, মখাগী চীং, লংমাইচীংনে অহুম-অসিবু খঙনৈ।

## মৈতৈ জগোই অনোয়রোল

২। মহো অহুমা পাম্মোইবীনা শাইওল তৌরগা অমুক মোইরাংগী জগোই ওইনা পুথোকখিবা অসিদনা খিংজোল-মোরিচা কৌবা খাংজিং জাকৈবী জম্মাইবনা জগোই অসি অসি শেমখিবুনি হায়বসিসু অনোয়রোলগী

শৈশক অসিনা অতুম্মক মতাকই—

খোইয়ম থৌনা নোয়ববু কেগে পুংদা নোয়তময়ে
কেগে লয়কোয় পুংদা ভাংভোই সাংতোন ম্লায়দা
সাংতোন লাইনৌতাদা পামেল উপোংতাদা নোয়য়ে।
হয়ি উপোংতাদা হয়ি উচাউ থকতা
তমপা খাপী চেকপু পামেল থক্তা নোয়পতি
উতোন থক্তা নোয়পতি পোনপীনা চিনতিন্নানা নোয়য়ে।
+ + + +
+ + + +
চোঙলেন খান্না নোয়য়ে খোইমোম থৌনা নোয়য়ে।
খোইমোম মভাইরোইহুগা চীংঙ্গু মহীসাংকা নোয়য়ে ॥
(মৈতৈ জগোই অনোয়রোল)

৩। অহুমশুবা মখলগী জগোই অসিনা অঙোমগী জগোই ওই-রিবা শৌবোন য়াইরেন চন্নু মচিন-মনাউ অনিগী জগোইনা লৌতা জগেই অমস্তুং ঈশৈ ওইনা হৌজিক ফাওবদা লাই হন্নাউবদা শী-জিন্নরি। জগোই অসি চেংলৈ লমদা শাখিবনি হায়বসি শৈশক মশানা অতুম মতাকই—

রাইরং চেংলৈ লম্মহন্দা হেয়িয়ো।
নমলবা নঙবু চৈনমদনা হেয়িয়ো ॥
+ + +
+ + +
পঙ্খৌ পাউমেলরাকী খোইমোম লাইরেম্মা
শৌপোন য়াইরেল চন্নু সনম ভাইথিংতোন অতোনপী
শানৌ মচিল-মনাউনা মপল কোলোয় ময়াথংকী
লমলেন মতাইমা হৈরেমচীং খুনচাল লাল্লু মথেল।
মপল লোইতাম কুমতমলৌতা লৌতাখিয়ে ॥

৪। চকপা ফায়েংগী জগোই অসিনা লাইয়িংথৌ সরারেনগী মশানৌ কোরৌ লৈমগা শান্নথিবা জগোইগী শাথেক্তা লাই ময়ামস্তু য়াওশিন্দুনা হরাও তয়াম্মিনখি। মতম অসিদা চকপশিংনা য়ারৌ শজি তাল্লকপদা লাই ময়াম হরাউ তয়ামহুনা জগোই শারিববু উখি। খোঙফম অসিদগী মথং মথং তম্নহৌহুনা চকপাশংগী জগোই অসি থোকখি হায়বসি অনোয়রোলগী শৈশক্তা ময়েক শেংনা খঙহল্লি—

হয়িঙৈদা নোয়ববু সরারেন্না নোয়য়ে।
সরারেন্না নোয়ববু চকপরেন্না উরকয়ে
চকপা সরাংবনা সরাং মেলোংবনা
মেলোং হামেঙমিৎনা য়ারৌ তানবদা উরকয়ে।
সচি-তানতা খঙলকয়ে, য়ারৌ সচি তানপনা
সচি কুরাং তানপা য়ারৌ সচিতেংতুপু
লাপা খুমন তানা য়াংতৌ সারম লীপাতা
কোরৌ লমতা তানখৎলে খোইমোম থৌনা নোয়ঙময়ে।
লাইয়িংথৌনা নোয়য়ে।।

মতৌ অস্তুম্না মৈতৈ লৈবাক্তা বৈষ্ণবিজমগী ধর্ম্মগী ঈচেল্লনা চঙশিল্লক্লিঙৈদদদি তশেং তশেংবা মৈতৈ জাতি অসিগী অশেংবা মশাগী জগোই ঈশৈগী থৌরম কয়ানা জাতিগী থৌদোক অচৌবা হরাও-কুম্মৈদা থৌদাং য়াহুনা জাতি অসিগী শক তাক্লি। মতৌ অস্তুম্না মনিপুরী জগোই ঈশৈগী থৌদাংদা পেনাগী শৈশক শৈরেং ইবা, মখল মখা কয়াগী পুয়াশিং লৈ। অস্তুম্না মথং মথং অওনবগী শাফুরক্তা লাক্লবা মনিপুরী জগোই অমস্তুং ঈশৈগী শক্তম্না বৈষ্ণব ধর্ম্মদা চঙশিল্লক্লবা মতমদদি তশেং তশেংবা জগোই অমস্তুং ঈশৈগী শৈশক শৈরেং পুমহোং হোংলক্লে। মতম অসিদা অশৈবা ওঝাশিংনা মখোয় মখোয়না শেম্লিবা পুংগী ঈশৈগী শৈশকশিং অসি ইশিন্দুনা থম্বিরম্মী। বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মপুং মরৈ ফারবা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রগী স্না হাংকক্তগী হৌরগা ইনিংথৌ বোধচন্দ্রগী

মতম ফাওবদা প:নখিবা নিংথৌ খুদিংমক্কী মাগী মাগী শৈরেং শৈশক্কী প্রার্থনানচিংবা ইহুনা থম্বীরম্বতা নত্তনা ঈশৈগী সুর, ছন্দ পান্দুনা শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা কৎলম্মী।

মতৌ অসুম্না শ্রীমতী খুম্বোং অপাম্বীনা রচনা অমা কুহু রাগদা ইবিরম্মী। অদুগুম্বা মতম মতমগী ওইবা ওঝাশিং—১। শ্রীয়ুম্নাম পুত্রম্বসু কুহু রাগ অমা ২। শ্রীংহু সিং ৩। শ্রীম্না খুরাই লাকপা ৪। শ্রীনাওলসিং ৪। শ্রীচিংঙাখম্বা নোংথোম্বা মশাগীদি গন্ধারী রাগ ৬। শ্রীধামাণ্ডি ৭। শ্রীঅথাম ওঝা ৮। শ্রীসিদ্ধান্ত ঠাকুর অমসুং ৯। শ্রীযুক্ত ময়াম্বুং অহল ভুম্বু সিংহনচিংবা ওঝাশিংগী মশা মশাগী রচনা অমমম লেংহুনা ঈশৈগী কোর্ব্বেকশিংদা চলহনবিরম্মী।

অদুগা শ্রীলৌরেম্বম ওঝানা পুথোকখিবা দশকুশ তালগী শৈশক —"ধর ধর কলি জীবের" অসি হৌজিক্কী শ্রাদ্ধগী তাল য়ৈবদা শি- জিন্নরি। শ্রীঠাকুর থৌরানী শাবীগী দশকুশ তালদা—"রাখ বান কাচা কাঞ্চন রে" গী শৈশক বৈষ্ণব ধর্ম্মগী সঙ্কীর্ত্তনগী শৈশক্তা তত্তনা তাবা ফংনরি। থোইদোক্লা অথেঙবা মতমগী ওইবদা পনবা তারবদি শ্রীতখেল্লম্বম ওঝা থম্বালঙৌ সিংহগী বালবাসু শাবদা শকখিবা মশানা লেংজবা মনশিক্ষা থোইদোক্লা ওঝাসিগী মতমদা মনিপুরী বৈষ্ণব সম- প্রদায়গী ফুরুপনা পাক-শন্না শক খঙবিখি।

মতৌ অসুম্না ওঝাশিংনা মশানা লেংলগা শকলম শোল্লম্বা ঈশৈ মখল কয়া লৈখি। লোয়ননা ওঝা কয়ানা তোঙান তোঙানবা পুংগী পুংলোন্দা তানচপমক্কদা ওঝা অমমম্না মখল অহুম, মরিদা নত্তনা তরেৎ, নিপাল, তরা হেন্না পুথোক্লখি। অদুগা ঈশৈগা পুংগা কোন্নবী পুং ঈশৈগী শৈশক্কী মখলসু থম্বীরম্মী। কাঞ্চিপুরদা গোবিন্দদা রাস কৎখিবা মতমদা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্র মশামক্লসু পুং থোনখি। অদুনা পুংগী ওঝাশিংগী গুরুবর্গগী মিং পন্নরকপদা মৈদিংঙুগী মিংসু পল্লি।

---

# মেরা হাওচোংবা

অইবা—শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ "পণ্ডিত",
"মাইচৌ", "গবেষনা-ভুষন", "ফেলো" (MSKA)

কুম খুদিংগী মনিপুর নিংথৌগী মখাদা লৈবা চৈংগী মীশিংনা মেরা থাদা মৈতৈ নিংথৌদা মায়োক থানবা মাগী মাগী খুন্দা থোকপা পোৎচৈ পুহনা লোইপোৎ কৎপা লাকই। অমগা অমগা লোন তিন্নদবা ফিজেৎ মান্নদবা তোঙান-তোঙানবা কাংলুপকী চৈংমীশিংনা চৈংদগী তমদা কুন্নকুনা মখোয় মখোয়গী অরৈবী ফজনা লৈতেংলবা ফিজেৎ শেত্তুনা মঙক্তা মখল মখা অয়াম্বা লিকমৈইরি, লিকোন পরেং, পোহান্নচিংবা শিহনা, মনাদা কনাগুম্বনা নোংথৈনচিংবা য়ান্দুনা মপাম্বোমদা শামু ময়াগী লৈতেং, মখোঙদা খুবোম য়াইনচিংবা শিরগা, মকোক্তা হাপ্পা লৈতেং কয়ানা নিংথিজনা লৈতেংহনা, মখোয় মখোয়গী কাংলুপনা মপাঙ্গল কনবা, ফজবা, হৈশিংবা হেল্লি হায়নবা উংননবা মৈতৈ নিংথৌগী সনা মাঙদা কুম্মৈ তৌই।

কুম্মৈ অসিদা মখোয় মশেল নুংনচিংবা অরূম্বা পোৎ থাঙ্গৎপদা কনবা তান্নৈ। মাগী মাগী জাংকী তোঙান তোঙানবা মখলগী জগোই শাহনা ফজবা তান্নৈ। অসুম তৌনা মৈতৈ নিংথৌগী সনা কোম্মুংদা লোইপোৎ কৎপা লাকপা চৈংমী হাওশিংনা মহার জগী সনা মাঙদা মাগী মাগী তৌবা ওম্বা মতিক উত্তুনা মেরা থাদা নোংমখক কুম্মৈ তৌই। মসিবু "মেরা হাওচোংবা" কৌই। মৈতৈ নিংথৌনম্ব চৈংমীশিং অসিবু য়াম্না পীজ পীথক তৌই।

মৈতৈ নিংথৌনা কংলাদা মনিং তম্না পাল্লিনৈদা হায়বদি ইং কুমজা ১৮৯১ গী মমাঙদদি মেরা হাওচোংবা অসি হৌজিক মখিগুবা আসাম রাইফলসনা লৈরিবা কোম্মুং অমনবগী উত্রা মমাঙদা লৈরবা কংলা

শাগী নোংচুপ, লাকথোংগী অরাং নোংচুপ ওইরপ, মুংগোইবীগীনা, খা মোইরাং লাইজি পাংলপ ভৌবা লম্পাক অহুদা মেরা হাওচোংবগী কুম্মৈ তৌরম্মী। মসি মনিপুরগী য়াম্না চাউবা কুম্মৈ অমনি। মসি চীং·তম অনিগী চান্ন চিন্ননা লৈমিন্নবগী খুদম অমনি। অম-রোমদা মরোন তিন্নদবা তোঙান তোঙানবা চীংদা লৈবা নিংথৌ, খুল্লাকপা য়াইতোং খমদোং ময়াম অহু পুন্না উন্নহুনা অমগা অমগা খঙনৈ অহুগা মৈতৈগী অঙম অথৌ কম্নাই ফানাইবশিংগা মথোয়স্থু নৌ-হৌনা শকখঙ মায়খঙনহুনা অমগা অমগা চান্ন-চিন্ননা পুকচেল খোই-জেল তিন্নবা লৈবাক অসিদা লৈমিন্নবগী মুংঙাইবা ফোংদোকপা মুমিংনি।

হাওচোংবগী মরমদা কেপ্টেন ই, ডব্লিউ ডন্না গেজেটিয়ারদা মখাগী অসুন্না ইরম্মী—

"Festivals, Games"—There are three public festi-vals or games held annually in Manipur, and which are peculiar to the country, are of great antiquity, and are unconnected with religious matters. The first of these is held in July, and consists chiefly of foot races. This is called the "Lumchal" (Lum or Lumbi a road, chelba, to run). The next in September called Hee-yang", lasts five days. The chief sport is boat-recing on the moat in front of the Raja's palace. The third is an assembly of the hillmen under the Manipur Go-vernment, called the "Haochongba"·······This festival in October lasts for only one day ; it is a gathering of the hill tribes under the Manipuri Government, and is a curious sight on account of the great number of different tribes assembled ; with their curious dress and weapons, deffering from each other in feature and language, but all unanimous in one particular, to get drunk as spee-dily, and remain so as long, as possible. The hill-men indulge in feats of strength before fhs Raja,

Such as carrying heavy weights, etc. They also indulge in war dances and sham fights. The sports of the day conclude with a feast,........"

(*Gazetter of Manipur by E W. Dun 1886*)

**মেরা হাওচোংবগী মশিন**—ইমু* ঈঙে* গী মশিন্দি শীংলেন অনিনা শরেং পাউঙা ১। থাঙচি কাঙপোন ১। ঙমু কাঙপোন ১। চীনওক ১০। হাওথিবদা মী অমনা শেল ১০০*। মী অনিনা শরেং পাউঙা ১ হেন্তাক চফু ১। ঙান্থু ১। ঙমু কাঙপোন ১। থাউমৈ থৌরী নাএ। কোংপরেন কৎলে। উবোইদি—উচান থাউমৈ থৌরী কাইরং। মী অনিনা শরেং পাউঙা ১। ঙমু কোঙপোন ১। থাঙচি কাঙপোন ১। চীনওক ১০। মী অমনা শেল চামা। হেন্তাক চফু ১। **কুর্মফিগী পোৎনাদি**—মী অনিনা শবেং পাউঙা ১। থাঙচি কাঙপোন ১। ঙমু কাঙপোন ১। চীনওক ১০। মী অমনা শেল চামা। হেন্তাক চফু ১। কোনয়াংগী পোংনাস্থ অসিনে।

**ককাচংগী পোৎনাদি**—থৌকন অমনা খাইচা ১। থে মী অমনা খাইচা ৪। সোইথাইনা খাইচা ২। **ময়াং নিংথো নাইগী পোৎনাদি**-শাবেং ঙাতাই নাএ। ময়াং লৈমনাহনস্থ-শাবেং ঙাতাই নাএ থুমলোইনা সামন থুম নাএ। **কৈগী পোৎনাদি**—মাতারক খোইচু লৈখাম য়াংকোক শুমচিং য়েন্দায় চেঙচামলুক। **চোঙ্গেগী পোৎনাদি**—চাকথুরুম ফিতুপ ১০। ফিতুংইন ১০। মিৎলং ২। মাররং ২। চাক পাউতম ১০। কুরেক ২। শুমচিং ১০। হুয়ত্রি ১০। লোং ১৫। তাপুনাশিখাং ১৫। শাইকক ১৫। লুপাক চেংপোন পুঙ্গুং ২।

---

* ইমু—লোক্তাক মপান্দা তাবা খুল, খোইরম—খোইরম কৌবদি পাৎপান তাবব্ কৌএ। খোইরম্ভু ইমু কৌএ।"

* ঈঙো—তুরেল (অচোবা) মপান্দা তাবা খুল, ঈরম্ভু ঈঙো কৌএ।"

* ১০০—শেল চাম্বা—শেল মথায় নিপাল।

পাউতম ১। লাংখ্রেগী পোৎনাদি—লমুং (Mitton, gayal or mithun (Bibos frontalis) অমা নাএ। আইমোন্দি—চাকখুরুম ফিতুপ ১০। ফিতুংইন ১০। মিৎলং ২। পাউতম ১০। কুয়েকচারোন ২। খুমচিৎ ১০। চাক পাউতম ১। খুনপিচারমচু অম্মানে।

খুনবীন্না হন্নগা মচীমা কৎকনি। অহুদগী খুদৈ খূলেন, কাং-ভোই, কারোঙথেন, রাবচীং কৎকনি।

তাংখুন খারুপকী পোৎনাদি—চা খাপক ১। লশিং খোইপাক ১ নাএ। কৈথেন ঈরাৎনয়ে। লমচালম পুএ। কৈরুংবদা শেল লাখা* অমা কৎলে। খুন অপিশনা লিশীঙ মঙা কৎলে। তাংখুল অরাং লুপতি লশিং পোন ১। শিং পোন ১। হরাই পোন ১ নাএ। ঈথম মোম্বো, কৈহৌ উমং খুন মরিবক্তি মঙাতারুক কৎলে। লমচাপতা ফি কৎলে।

মরিংগী পোৎনাদি—পোন মচুংদা থাঙ হাপ্পুনা কৎলে। হৈমাং পোলাং কৎলে। থাঙ অমা থেৎলে। ফিমুনা য়োম্মে। খোই-পুগীদি পানচি অমনা কুম্ন। পোন ১ লশিং পোন চাক পাউতম ৫।

খারম চীংশাংদি—চীংগুপোৎ নাএ। মকাসাং কাইরোং অনিমক্তি পাম্না কৎলে। তরাউদি—হৈপোন ফিমু কৎলে। ময়োন্দি খোয়দিং নায়ফি অমা নাএ। মোনশাংদ খোইদিং ফি নাএ। পুরুম নিংথৌ নাইদি কাইরেন ফি অনি ফিতেন অনি খোয়দিং চাং। অমানদি—খোইদিং পোন ১ উচান শূক ১ হিদাক পোন ১ শেল লাখা ১। খমশোন্দি—খোয়দিং নাএ। বাংখৈরোইদি—পানচি ১না লশিং পোন ১ পোনথক পোনখা নাএ। খোয়দিং পোন ১ শিং পোন ১ কাংচু পোন ১, পোন মতুংইনবা লিহিং মপাক ১০ পাউতম রাইঙং হারৈ এং। কুহপগী পোৎনাদি—লশিং পোন ১। শিংপোন ১। খোয়দিং পোন ১ নাএ। মকেঙ থংকান্দি—পানচি অমনা ফি ১ নাএ। মুয়া-মেহা, চুমলৌপাকপী, মরাং থাঙ, থুমময়োন খুমৌ খুল্লেন খুন মঙাম

*শেল লাখা অমা—শেল মখায় চানিপাল।

অসিদি [1]মোইয়ুম (Rubia sikkimensis (Bot) নাএ। তোকপা খুন, খেন্নপা, নোংকৌ, চাঙৌপুং খুন মরিমক্তি নাই অমা কৎলে। লাংগাদি খোইরু নাএ। শামু পুকলী নাএ। দোলাইগী চোমংলী নাএ। মখুই লানলোইদি চুঙগী ইঙেল্লৈ শম কৎলে। মখান খুল্লেন খুনৌ অনিমক্তি তেঙ্গৈ কৎলে। লশিং পোন ১ খোয়দিং পোন ১ কুমনা পোন ১ কৎলে। কবুইগী চীংমায়গী পোৎনাদি—য়েল্লাইচি কৎলে। ইরেংনে কাংচুপনে কারাখুন অরাংনে কোনসা খুন্নেমরিমক্তি থৌরী পয়া কৎলে। নাতোকপানে-কবুই অনৌবনে ঈচুমনে মুংপঙনে খুন মরিমক্তি থৌরী পয়া সারাম থাউ য়েন্নখৎ পুল্লৈমানবী মেক্রুক মুকথ্রুবী অসি কৎলে। লাফোক শারম্বদি ঙাইখোং পোৎলেন নাএ।

## (হাওচোংবগী মশিন)

"মশিন" লাইরিক্কগী খণ্ডবদি—সাইপ্রমনে মুংকোৎনে আলুকনে পনশাংনে খোংশাংখুল্লে, শিকাপুংনে অসিদি খুল অম মমনা মেরাদা শন্দং অমা নাএ। তিংশাংনা য়ু, অন্দ্রোনা রাইয়ু কৎলি। শঙপানবগী মশিন্দা হায়বনা—হাওচোংচুঙ সনাচুঙগী শিম্থাদি উরুংবা, পাইগুবা, শিন্নাইবা, নান্দেবা, অয়েকপা, থাঙজা পানবা লোয়শঙশিং অসিদা থাগনি। অদুগা হাওচোংবগী চুঙ পুথোকপা অসি কংলদা থাগনি। (শঙপানবগী মশিন লামাই ৩২, ৪৭) সনা চুঙ (নিংথৌগী চুঙ), হাওচোংচুং থম্বা অসি কৈরুংবা য়াইরেকশঙগী মশিন্নি। মেরা হাওচোংবদা লানমীনা সনা চুঙ্গোই, চুঙ, থাঙ লৌথোকই। হাও-চোংবদা সনা চুঙ, হাওচোংবগী চুং কংলানা পুথোকই। (শঙপানবগী মশিন লমাই ৩) অদুগা হাওচোংবগী সনা চুঙ কংলানা পুশিনগনি।

N.B.—মতম অমদা নিংথৌ পাল্লিঙৈদা, মনিপুরদা চীং অমদি তম অনি, পুন্না তোৎনতিন্নবগী খুদোংচাবা অদু, কুম্মৈ অসিনা ফং-ল্লমী। অচৌ-অশাং ফম্নাইবশিং অসি, অমগা অমগা শকথং মায়থংনবা,

---

[1]মোইয়ুম—উরি মখল অমনি। ফিনচিংবগী মচু শঙবদা শিজিন্নৈ।

ফন্মিন-চামিন্নবা অমদি অমনা অমগী মনাৎপু য়েংনবা খুদোংচাবা পীবা, থৌরম মখল অমনি। কুম্মৈ অসিনা মনিপুরবু অমতা ওইবগী লংলানা পুল্লম্মী। লোয়ননা নিংথৌনা অকন অথৌশিংবু মনা মথুম পীদুনা থৌগৎপীরম্মী। (সম্পাদক)

---

## পৃথিবীগী মনুংদা চৎনরিবা ধর্ম্মশিং

অইবা—খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ "পণ্ডিত",
"ফেলো" (ভারত সরকার)

বেদ-শাস্ত্র অমসুং সন্ত-মহাত্মাশিংগী পাওতাকশিং অমসুং মীথোই-পোকশিংগী লমচৎ-শাজতগী ঐথোয়না ইরায় লায়না খঙবা ঙমলে মদুদি—সংসার অসি ধর্ম্মতদা য়ুম্ফম ওইদুনা লৈরিবনি। ধর্ম্মতনা মীওইবগী পুন্সি ঙাক শেল্লিবনি। ধর্ম্মতনা মীওইবশিংবু পাপকী লম্বী চৎকদবদগী কল্লিবনি। ধর্ম্মগী পাঙ্গলতনা অরা-অনাতনা থল্লবা সংসারদা অমসুং পরলোক্তা জীবনা লানঙমদ্রবা অবাবা ঈপাক লায়না লানবা ঙম্লিবনি।

ধর্ম্মতনা মীওইববু পুক্লিং অমদি ইন্দ্রি লাকশিনবা ঙম্বা, থৌনা ফবা, পুকচেল তপ্পা, অমসুং মথৌদা মায় ওনশিনবা ঙমহল্লিবনি। ধর্ম্মতনা থৌজাল হৈবা, অহিংসা, ঙাকপীহৈবা, সেবা, অচুম্বা ঙাংবা অমসুং ব্রহ্মচার্য্যগী পাড়া তম্বীরিবনি। মনুনা ধর্ম্মগী লক্ষন ১০ (তরা) অস্মুম্না তাক্লি। মদুদি—

ধৃতি: ক্ষমা দমোহস্তেয়ং শৌচমিন্দ্রিয় নিগ্রহ:।
ধীর্বিদ্যা সত্যম্‌ক্রোধো দশকং ধর্মলক্ষনম্‌॥

(তত্ত্বচিন্তামনি Vol. III)

"মীথোইপোকশিংনা হায়রম্বা, ঙাংলম শরুম্বা লৌশিনবদা কান্নরবা মচি ওইরবা বাহৈ-বাতাশিংবু লৌশিন্দুনা মী মশা মশাগী ওইনা শিজিন্নরিবা রাফম অহুবু ধর্ম্ম কৌই।"

"করিগুম্বা সম্প্রদায় (কাঙলুপ) নত্রগা জাতিশিংগী হৌন-লোনচৎ, চৎনবী ঙাক্না চৎলিবা অহুবু ধর্ম্ম কৌই।"

শন্না হায়রবদা লৌশিনবা অমদি শিজিন্নবদা কান্নরবা পোৎ (রাফম) অহু ধর্ম্মনি। "মৈনা শাবা, ঈশিংনা ঈংবা, মোরোক, শিঙ চারগা শাবা, চু চারগা থুম্বা অসিমু ধর্ম্মনি। অসিগুম্বা মখলগী ধর্ম্ম অসিবু স্বধর্ম্ম কৌই।"

সংসারদা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম কয়ামরুম চৎনরি। অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিগী হৌরকফম নত্রগা পেক্লকফম অসি তোঙান তোঙানবা দেশশিং, তোঙানবা মতমশিং অমসুং তোঙান তোঙানবা ফিবমশিংনা মরম ওইরহুনা হৌরকখি অমসুং পোক্লকখি। তোঙান তোঙানবা দেশশিংগী মতম অমদি মফম নত্রগা ফিবমগী মথা পোন্না মীথোইপোক কয়ামরুম পোকখি। মথোয়শিং অহুনা মথোয়গী মরমদমগী তোল্ল-তারবা, লাইর-চুতৎনরবা চাকথুং ফিথুংদ্রবা মীওইশিং থেংনখি। মথোয়না লাইর চুতৎনরবশিং অহুগী অরা-অনা কোক্লবা রাখল তৌখি।

কায়নথংদা মথোয়গী অরা-অনা কোক্লবা পাম্বে কয়ামরুম পুথোকখি। মথোয়না হকথেংননা ফংলকপা জ্ঞানশিং অহু মীয়ামদা শন্দোকখি। মতৌ অমুম তৌনা তোঙান তোঙানবা দেশশিংগী তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মশিংগী মরু হুনখি। মতৌ অমুম তৌনা ভারতা জৈন ধর্ম্মগী সংস্থাপক, বর্দ্ধমান মহাবীর, বৌদ্ধ ধর্ম্মগী লুচিংবা ভগবান বুদ্ধ অমসুং সিখ ধর্ম্মগী অহানবা গুরু নানকদেবনচিংবা পোকখি। অমুম্না চীন লৈবাক্তা তাও ধর্ম্মগী অপোকপা লাওৎসে অমসুং কনফুশ ধর্ম্মগী লুচিংবা কাঙপ্যুৎসী পোকখি। মন্নাই ওইবা যুগতা য়হুদী ধর্ম্মগী উদ্ধারক হজরত মুসা, পারসী ধর্ম্মগী সঞ্চালক জরথস্ত্র, ঈসাই ধর্ম্মগী

লুচিংবা হজরত ঈসা মসীহ অমসুং ইস্লাম ধর্মগী পৈগম্বর হজরত মুহম্মদ পোকখি।

ভারতে মরু ওইনা চৎনরিবা ধর্ম অসি সনাতন ধর্ম কৌই। সনাতনগী অর্থদি মতম লৈবা খিবিত্তনা লেংদনা লৈবা; থারনা মমাং লৈদ্রেগী চৎনহুনা লাক্লবা, থোইদোক হেন্দে ক্না লিররা হায়বনি। ধর্ম অসিগী য়ুম্ফমদি 'বেদ' নি। বেদ অসি কনানা করম্বা মতমদা ইরম্বনো হায়বা তাংদাংবা খঙদে। 'বেদ' গী অর্থদি জ্ঞান হায়বনি। জ্ঞান অসি মুনি ঋষিশিংগী থম্মোইদগী থোকখিবনি। মসিবু মখোয়না চিনফাদগী কায়নথংদা লাইরিক ওইনা ইথোকখি। অমিশুবা বেদদগী থোক্লকপা ধর্ম অসিবু বৈদিক ধর্ম হায়না কৌই। মতমগী খোংলে মতুংইন্না তাইবংদা অহোংবা ফিবম কয়া লাকখি (থোকখি)। অনৌ অনৌবা অকুবা চয়েংনবা পল্লেপক্রম থংদবা রাকম কয়া থোক্লকখি। অংবা অমদি চয়েংনবা রাকমশিং অদুবু রাতাইননবা (শান্থাইননবা) অনৌ অনৌবা মীথোইপোক কয়ামরুম পোক্লকখি। মখোয়না ফিবম অমদি মতমগী খোংলে মতুংইন্না অনৌবা ধর্মশিং পুথোকখি।

ধর্ম পুম্নমক্কী (খুদিংমক্কী) শরুক অনি অনি লৈ মদুদি—মপান্থোংগী ওইবা অমসুং মনুংগী ওইবা শরুক অসিনি। মপান্থোংগী ওইবা ধর্মগী শরুকসু 'আচার' অমসুং মনুংগী ওইবা খন্ন-নৈননগী শরুকসু 'বিচার' হায়না কৌই। আচারনা অপোবা পোৎকি অদুগ বিচারনা অকুপ্পনি। আচারদা ধর্মগী মিংতা মখল মখা কয়ামরুমগী ওইবা থবক-থৌরম পাওথোক্লি। মদুদি—পূজা, উপাসনা, জপ-তপ, তীর্থ, ব্রত সর্ব্বত্যোহার, রীতি-রিবাজ (চৎনবী) চাবা, থকপনচিংবনি। বিচারদা 'ধর্ম' কী মরু, মচি ওইবা বারমশিং লাকই (য়াওরি)। মসিদা তৌবা য়াবা থবক, তৌবা য়াদ্রবা থৌরমচিংবা খন্নে, নৈনৈ। মসিদা থম্মোইশেংনা লৈনবগী সাধনাশিং য়াওরি। সংসারগী মরু ওইবা তত্ত্বশিং খঙনবা, খন্নবা, অাত্মা অমসুং পরমাত্মাগী মরীগী কৃপা অমদি

মশক খঙনা নৈনবনা ধর্ম্ম অসিগী মুংগী ওইবা শক্তুম্নি।

য়াম্না কৃপা নৈনচুনা অমদি খন্থচুনা য়েংলবদি সংসারদ চৎনরিবা ধর্ম্মশিংগী মুংগী ওইবা শক্তমদি অমত্তুনি হায়বদি ইমান মান্নৈ। ধর্ম্মগী মরমদা খৎন-চৈনরিবা, চয়েৎনবা থেংক্লিবা অসি মপাম্ছোংগী কুয়োম দনি। সত্য, প্রেম করুনা (মীনুংশি) গী ঈরোঙ অহুম অসিমক ধর্ম্ম খুদিংমক্তা লৈ (য়াওরি)। মসিদা খৎননিংঙাই ওইবা মচাক অমত্তা য়াওদে। ধর্ম্ম সংস্থাপকশিং অসিনা অরা অনা নংলবা মীওইবশিংগী অরা-অনা কোক্লবা ধর্ম্মশিং হোদোক্লি। ওৎপী নৈবীরবা মীওইশিং অসি ওইনিংবা মফম অমদা ওইবা য়াই—ধর্ম্মগী সিদ্ধন্তশিংদি তোল্ল-তারবশিংগী য়াইফনবগীদমক্তনি। মসিদা খৎননিংঙাইগী মচাক কয়াম্না য়াওগদৌরিবনো? মরম অতুবা ধর্ম্মশিংগী মচিদি মসিনি মতুদি সংসার অসিবু শেম্বী শাবিবা অমা লৈ মতুবু পরমাত্মা, ভগবান, পরমেশ্বর, আল্লাহ, য়হোবা, গোড, মজুদ, বুদ্ধ, বিনায়ক, রাম, কৃষ্ণ, তাও, শিব, রুদ্র, বিষ্ণু, শিদবা মপু অসিনচিংবা কৌনিংবা মমিং অমা হেক্তা কৌবা য়াই। মানা সংসার পুম্নমক শিনবা থুংনা লৈ। অচং চক্ত জীব খুদিংমক্তা শিনথুংনা লৈ। মাবু খংনবা হোৎনবা, মাবু থাজবা, মাবু মুংশিবা হায়বা অসি জীবশিংগী ধর্ম্মনি, মথৌনি। মাবু মতৌ করম তৌনা খংগদগে? অরা-অনা নংলবা অমদি লায়বা জীবশিংদা পীজ-পীথক তৌবা অমদি মখোয়গী সেবা তৌবতনা ঈশ্বর খংগনি হায়না লাই ওইরবা অহল-লমনশিংনা তাকপীরম্মী। জীব হিংসা তৌদবা হায়-বসিমক অথোইবা ধর্ম্মনি। মরম অসিনা সত্য, অহিংসা (প্রেম) অমসুং দয়া (করুনা) হায়না কৌবা লম্বী অহুম অসিবু মশক খঙলবদি হায়বদি মসিদা চৎলবদি ঈশ্বর খংনবগী অমত্তা ঙাইরবা পাম্বৈনি।

## "বৈদিক-ধর্ম্ম"

"বৈদিক ধর্ম্মগী মত মতুংইন্না শা, ঙা, তিল, কাঙ, উচেক বায়ানচিংবশিং

অসিদা লৈরিবা আত্মা (থৱাই) অসিগা মীওইবদা লৈরিবা থৱাই অসিগা অম্মানি হায়রি। বৈদিক-ধর্ম্মনা তাক্লি মতুদি—জীব খুদিংমক্তা লৈরিবা থৱাই অসিসু চপ মান্নে খনগদবনি। বৈদিক-ধর্ম্মগী মূল তত্ত্বদি সংসারগ অসি শিনবা থুংনা ঈশ্বর লৈ হায়রি। অতুগুম্বা ঈশ্বর অতুবু খঙনবা অমদি ফংনবগীদমক্তা মীওইবগী মপোক অসি ওইনা পোক্ল-বিবনি। অতুগুম্বা ঈশ্বর অতু ফংনবা অমত্তা ঙাইরবা লম্বী (পাম্বৈ। দি ধর্ম্মনি।

অখণ্ড অতৈ পণ্ডিতশিংগী মত মতুংইন্না বৈদিক ধর্ম্মগী মশা মরী থোক্লা খাইদোক্লি। মতুদি—১। বেদ ২। স্মৃতি। ৩। সদাচার (লমচৎ ফজবা) অমসুং ৪। থৱাইনা পাম্বা লমচৎ চৎপা।

বেদ মখল মরীনি। মতুদি—ঋগ বেদ, যজুর্বেদ, সামবেদ অমসুং অথর্ব্ববেদ। ঋষি-মুনিশিংনা মখোয়গী হকথেংননা ফংলকপা জ্ঞান অতু ঈশ্বরনা পীবনি, মতুমক বেদনি হায়না লৌই। বেদশিংগী মতু দা ঋগবেদনা খ্বাইদগী লিরবা বেদনি। মাগী ঋচা* খুদিংমক্তা দেবতাশিংদু প্রার্থনা তৌনবা অমসুং স্তুতি তৌনবা মরম কয়ামরুম য়াওবি। যজুবেদদা মকওইনা যজ্ঞদা শিজিন্নরিবা মন্ত্রশিং য়াওরি। সামবেদদা য়াওরিবা ঋচাশিং অসি ঋগবেদদগী হেন্না মশীং য়াম্মী অমসুং ঈশৈ ওইনা শকপা য়াবা ঙাক্তনি। অথর্ব্ববেদদসু ঋগবেদদগী ঋচা কয়ামরুম য়াওবি। বেদ মরীমক অসিনা পুল্লপ পুনশিল্লগা মন্ত্র ২০৩৮৯ (লিশিং কুনগা চহুম মরিফুমাপল) য়াওরি।

বেদ খুদিংমকী শরুক মরী থোক্লা খায়দোক্লি। মতুদি—সংহিতা ব্রাহ্মণ, আরনক অমসুং উপনিষদ অসিনি। স্মৃতি, শিক্ষা, ব্যাকরণ, নিরুক্তি, ছন্দ অমসুং জ্যোতিষ মখোয় তরুক অসি বেদাঙ্গনি। মকওইবা স্মৃতি-শিংদি—মনুস্মৃতি, যাজ্ঞবল্ক্যস্মৃতি, পরাশরস্মৃতি, ব্যাসস্মৃতি, বশিষ্টস্মৃতি অসিনচিংবনি।

---

*ঋচা—ছন্দ নাইবা বৈদিক মখল অমা, স্তোত্র।

থায়না মমাংঙৈদা ভারতবর্ষদা জ্ঞান লৈরবা অফ-ফত্ত খঙলবা লমচৎ শাজৎ ফজরবা, থম্মোই চাওরবা, রাখল রাংনা থনবা ঙস্বা মী কয়ামরুম লৈরম্মী, মখোয় অদুবু ঋষি হায়না কৌনৈ। পুন্সি চয়া লেনবা অদুগা রাখল রাংনা থনবা মখোয়গী ফিদমফম ওইরম্মী। মখোয়না ধর্ম্মগী অরুবা হিরমশিংদা রাখল থল্লম্মী। মখোয়শিং অসি শেংনা পুন্সি লেল্লি অমসুং সমাজবু অশেংবা লম্বী তাক্লম্মী। বৈদিক সাহিত্য অসি অসিগুম্বা পুকচেল শেংলবা ঋষিশিংগী মরম্নি।

ঋষিশিংনা দেবতাশিংবু মথল অনি থোক্লা প্রার্থনা তৌরম্মী। অমনা জড় পদার্থ (থরাই পান্দবা মফম অমদগী মফম অমদা চৎপা ঙমদবা) পোৎকী শক্তমদা অদুগা অতোপ্পা অমনা জড় পদার্থগী মনুংদা লৈরিবা চেতন পরমাত্মাগী শক্তমদা। মদুদি—মখোয়না মুমিৎ অসিবু লংলবা মৈবুল অমগী শক্তমদা লৌরম্মী। অদুগা করিগুম্বদা মতিক মগুন লৈরবা ঈশ্বরগী শক্তমদা। ঋষিশিংনা থাজে মদুদি—করিগুম্বা শক্তি অমত্তনা তোঙান তোঙানবা শক্তমদা মতিক মগুন উৎপনি হায়না। মদুবুনি মখোয়না খুরুম্লিবা, প্রার্থনা তৌরিবা, উপাসনা তৌরিবসি। মাগী পেন্নবগীদমক্তা যজ্ঞ তৌরিবনি।

বেদগী পাউজেল—বেদনা হায়রি মদুদি—ঈশ্বর অমত্তনা সংসার পূম্বসি শিম্মুংনা কুপ্পুনা লৈরি। জীব পূম্নমকী মনুংদা (মশাদা) তত্ত্ব অমখক্তং লেংদনা লৈ। মপান্থোংদা মশক, মমিং থেন্নরবসু জীব পূম্নমকী মশাদদি লেংদ্রবা ঈশ্বর অমনা ঙান্থোইদুনা লৈ। মপান্থোংগী শক্তমদি তত্তনা হোংবা নাই তৌইগুম্বসুং মনুংদা লৈরিবা শক্তম অদুদি হোংদনা, লেংদনা লৈ।

বেদনা ধর্ম্ম মশক খঙনা, ঙাক্লা চৎলু হায়রি। পাপ তৌগনু। ফজবা লমচৎ-শাজৎ চৎলু। পুন্সিগী মুংঙাইবা মশক খঙঙু। মাইকৈ মরীমক্তা শিম্মুংনা লৈরিবী মহৌশা লাইরেম্বীদগী মুংঙাইবা মতেং লৌ। হরাওনা লৈয়ু। চহি চাম্মা পুন্সিয়ু। নশা ফনা থম্মু।

মীপুম খুদিংমক্কা চাম্ন চিন্ননা লৈমিল্লে। ইমুং মমুংগা মুংশিননা অমমুং মুংঙাইনা পূন্সি লেল্লু।

বেদনা হায়রি মতুদি—থবক নোম্মু। লৌ-উ, হুম্মাংমম্না তান্দুনা চাও। জ্বরার শাম্নগনু, ফত্তবা লমচং শাজং চংকনু। কনাগুম্বা মী অমগী মপোৎ হুরাল্লুগনু। নংগী ওক্লবতা তানশিল্লু। নখোয় নশেল য়েন্নহুনা চামিল্লো। মীপুম খুদিংমক্কা মুংশিনৌ। মীগী মতেং পাওঙু, মীগী মতেং লো। মী পুম্নমক্কী সেবা তৌ।

শথপঠ ব্রাহ্মন্দা ঈশ্বরবু প্রার্থনা তৌবা মন্ত্র য়াওরি। মতুনা অমুম্না হায়রি—

হে ঈশ্বর নংনা ঐখোয়বু ফত্তবা লম্বীদগী অফবা লম্বীদা চংহনবিয়ু। অমম্বদগী অঙানবা লম্বীদা লমজিংবীয়ু। অশিবদগী অমৃত (অমর) গী মাইকৈদা লমজিংবীয়ু।

## "ইস্লাম ধর্ম্ম"

মুহম্মদ—আরব দেশতা পোকখিবা ধর্ম্মগী গুরু অমনি। মানা ইস্লাম ধর্ম্ম অসি হৌদোকখি।

"ইস্লাম" হায়বা ৱাহৈ অসিমক অরবী লোন্নি। মাগী অর্থনা "য়াবা" "চংজবা" ঈশ্বরগী মফমদা ওক নোনবা, খুরুম্বা হায়বনি। ইস্লাম হায়রিবা ৱাহৈ অসিগী হৌরকফমগী অর্থদি "শান্তি" হায়বনি। ধর্ম্ম অসি মুহম্মদনা হৌদোক্লম্বনি। ধর্ম্ম অসিবু চংলিবা কাংলুপপু "মুস্লিম" নত্রগা "মুসলমান" হায়না কৌই। মুস্লিম মশেল উন্নবা মতম্দা মখোয়না "অস্‌স্লামো অলৈকুম" হায়নৈ। মসিগী অর্থনা "অদোম্মু য়াইফবা পীবিবা ওইসনু" হায়বনি। মখোয়না মখাদা ইরিবা ৱাফম মঙা অসিবু থাজনা চংলিবা (শিজিন্নরিবা) মীশক অহুবু অশেংবা মুসলমাননি হায়না লৌনৈ।

১। অল্লাহবু থাজবা।
২। অল্লাহগী মরমদা ইবা লাইরিকপু থাজবা।
৩। ফরিশতা (লাইগী পাওপুবা) শিংদা থাজবা।
৪। রসুল (দেবদূত পৈগম্বর) শিংদা থাজবা।
৫। আখিরত (পরলোক) পু থাজবা।

অল্লাহবু থাজবা হায়বদি অল্লাহ হায়বসি অমত্তনি· মাগা মান্নবা কনাগুম্বা মতিক মঙল লৈরা (মী) অমত্তা লৈতে। মাগী করিগুম্বা মওং (শকুম) অমত্তা লৈতে, মানা করিগুম্বা মী, শা, ঙা জীবমচিংবা অমগী শকুম অমদা শায়োন্দুনা মালেমদা পোক্কে। মহাক অসি পোকপা নাইদে। সংসারগী খুৎশেম পুন্নমক মানা শেগা ঙাক্তনি। মানা পুন্নমকপু য়োকপি থাকপি। মানা উদবা খঙদবা লৈতে। অচুম্বা হায়বদো মহাকমক্তি, মাদি থৌজাল হৈবনি। মাবু ঐখোয়না থাজনা নিংগদবনি।

অল্লাহগী মরমদা ইবা লাইরিক্তা থাজবা হায়বদি "কুরান-শরীফ" পু থাজবা হায়বনি। অল্লাহনা কুরান-শরীফ অসিমক অফবা অথোই-বনি হায়না কায়নথংদা পুথোক্‌খিবনি। লাইরিক অসিমক অলাহনা থারকপনি। মরম অসিনা লাইরিক অসি য়াম্না শেংবা (অফবা) লাই-রিকনি। লাইরিক অসিনা অল্লাহ য়োনবা হায়বদি মতৌ করম তৌনা অল্লাহ ফংগদগে হায়বত্বুগী (অরান খুভম ফংনবগী) লম্বী তাক্লি। কুরানগী মথংদা হদীস* পু অশেংবা লাইরিক্তি হায়না লৌনগদবনি। মুহম্মদ সাহেবনা ঙাংলম্বা বাশিং অমদি তৌরম্বা থবকশিং অদু লাই-রিক অসিদা অফ-ফত্তবা নৈনরি

ফরিশতাশিংবুসু তঙাইফদনা থাজগদবনি অদুগা মাবু ঈরাৎ-পূজা

* মুহম্মদ সাহেবনা ঙাংলম্বা, তৌরম্বা থবকী মরমদা খোমজিনরা লাই-রিক, মুস্লিম ধর্ম গ্রন্থনি।

তৌরোইদবনি। মাদি য়াম্না শেংলবনি। মানা অল্লাহগী হুকুম্না থবক থৌরম কয়া পাঙথোক্লিবনি।

অল্লাহনা মতম মতমগী ওইনা মাগী রসূল হায়বদি দূত (পাও-পুবা) থারকই। মহাকপু পৈগম্বর হায়নস্থ কৌই। মখোয়শিং অসি মতম খুদিংমক্তা অমস্তুং দেশ খুদিংমক্তা লাকই। মখোয়শিং অসি অচুম্বা (ঈশ্বর) নি। মরম অদুনা মখোয়বু তঙাইফদনা থাজগদবনি।

ঐখোয়না অফবা-ফত্তবা তৌরুরিবা থবক পূম্বগী মহৈ ঐখোয়না চাগনি (ফংগনি)। অল্লাহতলানা সংসার অপূম্বা অসিবু নোংমা শোয়দনা মাঙহল্লকখিগনি। মতম অদুদা মী পূম্নমক অল্লাহগী মনাক্তা লাক্কনি। মতম অদুগী মমিংবু "আখিরত" (অরোইবা মতম) কৌই। ৱাফম অসিমক থাজবা হায়বসি ইস্লাম ধর্ম্ম চংলিবশিংগী তঙাই ফদ্রবনি। ধর্ম্ম অসি চংলিবা মীওইশিংদা অফ-ফত্ত ৱাথল লৈগদবনি। ঈমানগা লোয়ননা *ইবাদতস্থ লৈ। মদুবু পাঙথোকপা তঙাই ফদবনি। মখোয় অদুদি অসিনি :—

১। নুমিৎ খুদিংগী মঙারক হুম্না নমাজ তৌগদবনি।

২। রমজানগী থাশিংদা নুমিৎ খুদিংগী রোজা তৌগদবনি।

৩। অল্লাহগী লমীদা আয়গী শরুক নিফু *খৈরাত্ত শিজিন্নগদবনি।

৪। ওম্নবদি পূন্সিদা অমুক্তং হজ (মকাতীর্থ) দা চংকদবনি।

ইস্লাম ধর্ম্মদা মী খুদিংমকপু ইচিল ইনাওঙম লোইনগদবনি হায়ধ্রে। কনা অমত্তনা অচৌবা লৈতে, মচাস্থ লৈতে। মীওইবগী জাতিদি অমত্তনি। কনাগুম্বা অমত্তবু ৱাহনবা অফবা নত্তে। মীপুম খুদিংমকা ফজনা লোয়নগদবনি। লমচৎ শাজৎ ফজনবা হোৎনগদবনি। ইমা ইপাগী সেবা ফজনা তৌগদবনি।

---

* পূজা, উপাসনা, বন্দনা।

* খৈরাত —পূজা, ঈরাৎপা।

**ইস্লামগী শিক্ষাশিং :—** হুমাংমন্না তাল্লগা চাগদবনি। থবক শুরগা অনোমল লৌগদবনি। মুপীশিংবু ইকায় খুম্নগদবনি। পোৎচৈ ওনবদা বাৎনা ওল্লোইদবনি। শেন্দোয় লৌরোইদবনি। মীহৌরোইদবনি। শাদা ফাওবা থৌজানবিগদবনি। শাওরোইদবনি, অচুম্বা বা ঙাংগদবনি। মতম কৈবখিদিক্তা অল্লাহবু কাওরোইদবনি।

## "ঈসাই ধর্ম্ম"

ঈসাই ধর্ম্ম হৌদোক্লম্বা মীশক্তি ঈসা (যীশু) নি। মতম অমদা রোম লৈবাক্কী প্রজাশিং অসি মীথা পোনবা, ওৎপী-নৈবিরবা অমম্তুং ফি শুম্বগুম শুম্বদগী চিংবা কায়রম্মী। ১ত্তম অহুমক্তদা প্রভু ঈসা পোক্লম্মী। মাগী মরু ওইবা মন্ত্রদি 'প্রেম' হায়বসিনি—ঈশ্বরদা প্রেম লৈবা, মীওইববু নুংশিবা, অঙাং মচাশিংবু নুংশিবা, শা-উচেকশিংবু লুনা-চান্না তৌবা মহেশাগী থুংশেম্বু নুংশিবা হায়বসিনি। মাগী পূন্সিদি প্রেমগী মশক ঙাক্তনি।

ঈসাই ধর্ম্মগী মরুওইবা ভক্তি-ভাবতি ঈশ্বর হায়বসিনা অথোইবনি, মপানি হায়বসিনি। ঐখোয় পূম্না অহুগুম্বা অমত্তা ঙাইরবা মপা অহুগী মচা ঙাক্তনি। মরম অহুনা ঐখোয় পূম্নমক লমলানবা নত্তে ইচিন-ইনাও ঙাক্তনি। ঐখোয় মশেল নুংশিননা চান্নবা লোয়নগদবনি।

**ঈসাই ধর্ম্মগী চৎনবী মতুংইন্না ঈশ্বরগী শরুক অহুম লৈঃ—** ১। পরম পিতা পরমাত্মা। ২। ঈশ্বরগী অমত্তা ঙাইরবা মচান্নুপা ঈসা অমস্তুং ৩। পবিত্র আত্মা অসিনি।

ঈসাই ধর্ম্ম চৎপা মীশিংস্তু অথোইবা ঈশ্বর অমা লৈ হায়বসি থাজে (য়াই)। অহুগুম্বা অথোইবা ঈশ্বর অহুদি অমত্তনি। মানা সংসার পুম্নমক্কী মপুনি। মহাক্তি থংদ-উদবা লৈত্রবা অমস্তুং থোইদোক হেন্দোক্লা শেংলবা পোৎশক অমনি। মাদি তৌঙমদবা লৈত্রবনি অমস্তুং

সংসার পুম্নমক্তা শিনথুংনা লৈ। মাদি হৌবা অমদি লোইবা লৈতবনি। মাদি মপুং ফারবা অমসুং মওং মরিল নাইদবনি। মাদি প্রেমগী মশক্তি, থৌজাল হৈবনি অমসুং ভক্তপী হৈবনি। মানা সংসার পুম্বা শেম্বনি। মানা শেম্বা নিয়ম মতুংইন্না সংসার অসি চৎলিবনি। মাগী মশক্তি উদে তৌইগুম্বসুং হকথেংনবা থৌদোক্লা অমসুং থম্মোইনা মা লৈ হায়বগী মঙাল ফংই।

ঈসাই ধর্ম্মনা যীশু অসি ঈশ্বরগী অমত্তা ভাইরবা (হকথেংনবা) মচ নি হায়না লৌই। মানা মীগী শক্তম লৌদুনা মালেমদা শায়োন ভৌবনি। মীরক্তা তেংন তিন্নদুনা লৈবনি। মীওইববু পাওতাক পীবনি। ঈসানা হায়রম্মী:— ঈশ্বর হায়বসিনা অরেপ্পনি। মাগী অশেংবা জ্ঞান ফংবা হায়বসিমক অমর (শিদবা ওইবা) হায়বদুনি। ঈসানা হায়রম্মী – ঈশ্বর হায়বসি ঐখোয়গী ইপানি। মরম অদুনা ঐখোয় পুম্নমক ইচিল ইনাওনি (ভাক্তনি)। ঐখোয়না মীপুম খুদিংমক্তা ইচিল-ইনাওগুম নুংশিনা লোয়নগদবনি অমসুং মখোয়বু পোক-মিন্নবা ইচিল ইনাওনি হায়না নিংগদবনি।

ঈসাই ধর্ম্ম চংলিবা মীশিংনা সংসারদা শেংলবা আত্মা অমা লৈ মদুনা পুক্নিংবু শেংহল্লিবনি, নুংঙাইহল্লিবনি হায়না থাজৈ। বখল অদুমক ঈশ্বরগী থৌইনশিন্নি। মদুনা ঐখোয়বু জ্ঞান ফংহল্লি অমসুং চোকশিন্না লৈহল্লি। মানা নুংঙাইবা, থাজবা অমসুং ভক্তিগুম্বা গুণ-শিংবু পোকহল্লি।

বাইবল ঈসাইশিংগী শেংলবা লাইরিক্তি। মখোয়না মাবু ঈশ্বরগী ওইবা (ঈশ্বরনা পীবা) লাইরিক্তি হায়না থাজৈ। বাইবল অসি শরুক অনি থোক্লা থায়দোকই:—মদুদি অমনা অরিবা শরুক অনিশুবনা অনৌবা শরুক। অহানবা শরুক্তা অরিবা ধর্ম্মগী নিয়ম অমসুং অনৌবদা অনৌবা ধর্ম্মগী মরমদা নৈনরি। অরিবা শরুক অসিদদি ঈসাগী মতমদগী লৈ রম্রে। ঈসানা করিগুম্বা লাইরিক অমত্তা ইরমদে। কায়নথংদা ঈসাগী

সেবকশিংনা ইরম্বনি। অইবশিং অহুদি মার্ক, মৈথ্যু লুক অমস্তং জোননি।

ঈসাই ধর্ম্মগী হৌরকফমদি প্রেম অমস্তং অহিংসানি। সেবা অমস্তং ওইজবা থাদোকপতনা মখোয়গী মুক্ষমনি। ঈসাগী শেংলবা পুন্সিনা মহুগী (ধর্ম্ম অহুগী) শেংলবা মঙালনি। ঈসাগী শেংলবা পাওতাক মঙা লৈ। মহু মখাদা পীরি :—

১। নচিন-ননাও শাওনগনু, চৈ থাংনগনু, অয়ুকপা রা ঙাং-ফদে। প্রার্থনা তৌড্রিবৈগী মমাংদা অশাওবা থাদোক্কদবনি অমস্তং তেশিন্নগদবনি।

২। কনাগুম্বী মুপী অমদা নঙবা মিৎয়েং য়েংলোইদবনি। থোইদোক হেন্দোক্না ইকায় খুম্নগদবনি।

৩। রাশকফদে, নংগী রাশক হোংফদে।

৪। ফত্তবা থবক্কী লমন ফত্তবা থবক্না খুমলোইদবনি। কনা-গুম্বা মী অমনা নংগী য়েৎথংবা খজাইদা খুবাক্না থারবদি ওইরোমদন্থু থাহল্লু।

৫। মীপূম খুদিংমক্কা মুংশিনগদবনি। য়েক্নবা ফাওবা মুংশিগদবনি।

ঈসাগী অফবা সেবক ১২ থক পোকখি। মখোয়না মনা হৌদোক্লম্বা ধর্ম্ম অসি শন্দোকখি।

## "বৌদ্ধ ধর্ম্ম"

বৌদ্ধ ধর্ম্ম হৌদোক্লম্বা অমদি লুচিংবা ভগবান বুদ্ধনি। মাম্না কম্না লাই নিংলবা মতুংদা ঈসা পোক্ত্রিবৈগী মমাং চহী ৫২৮ দা বোধ গয়াগী মা খোংনাংগী মখাদা মানা জ্ঞান ফংখি। মুমিৎ অহু বৈশাখ পুর্নিমা (শজিবু থাগী থানিন) মুঙ্গিংনি। চহী অহুগী ইঙা থাগী পুর্নিমাদা মহাক্না কাশীগী মনাক্তা লৈবা মৃগদাবদা থুংলম্মী। মৃগদাব

হায়বসি ওসি সারনাথ হায়না খণ্ডনরিবা লমদম অসিনি। মফম অসিদা ভগবান বুদ্ধনা ইংগান হান্না পাওতাক পীখি।

ভগবান বুদ্ধনা মধ্যম মার্গ (ময়াই ওইবা লম্বী) চৎনবা মীপুম খুদিংমক্তা হায়রম্মী (তাকপীরম্মী)। মহাক্তা অতি মখল অনি লৈ হায়না তাকপিরম্মী। অতি অমনা ভোগবিলাস (অপাম নুংশিদা) লুপ্তুনা লৈবা, অতোপ্পা অতি অমনা হকচাংবু খোইদোক হেন্দোক্না অৱাবা পীত্নুনা লাইনিংবা অসিনি। অতি অনি অসিগী মরক্তা ভগবান বুদ্ধনা ময়াইদা লৈবা অতিবু হায়রম্মী, মত্তবু মীয়াম্নসু পাম্নম্মী।

ভগবান বুদ্ধনা অৱাবা, মত্থগী মরম অমসুং মত্থ কোক্লবগীদমক্তা অষ্টাঙ্গিক মার্গ * গী মতেং লৌরবদি অফবা ওই। মাঙোন্দা চংজ-রবদি অৱাবা কোকই। লম্বী অসিদা মখাদা ইরিবা ৱারোল নিপাল অসি য়াওরি।

১। সম্যক জ্ঞান :—অৱাবা, অৱাবগী মরম, অৱাবা কোক্লবা অমসুং অৱাবা কোক্লবা লম্বীগী মরমদা জ্ঞান লৈবা।

২। সম্যক সঙ্কল্প :—ৱাখল চেৎপা।

৩। সম্যক বচন :—অচুম্বা ৱা ঙাংবা।

৪। সম্যক কর্ম্ম :—হিংসা তৌদবা, য়েংথিবা অমসুং লমচং ফত্তবা চত্তবা।

৫। সম্যক আজীবিকা :—অচুম্বা লম্বীদা পুন্সি হিংনবা হোৎনবা।

৬। সম্যক ব্যায়াম :—চৈশাংশিংনা থবক তৌবা।

৭। সম্যকস্মৃতি :—কলক মীহৌ, পূক্নিংগী অৱাবনচিংবদগী লাপ্পা লৈবা।

৮। সম্যক সমাধি :—কলক-মীহৌ য়াওদনা চাংচৎ অমদা পুক্নিং থাবা (লেপ্পা)।

মথক্কী ৱারম নিপাল অসি ঙাক্না চংলবদি মীওইবগী থম্মোইদা

---

* মখাদা ইরিবা ৱারোল নিপাল অসিবু অষ্টাঙ্গ কৌই।

জ্ঞান ফাওরকই (পোক্লকই)। জ্ঞান ফংলবদা অরান খুবম ফংই। নির্বান হায়বগী অর্থদি—মুৎপা, অপাম্বা থাদোকপা হায়বনি। অপাম্ব-শিং অহুবু ইংহনবা (কোকইনবা) হায়বনি। অরাবদগী মতম লৈবা খিবিক্কী ওইনা নাম্থোকপা হায়বনি। অষ্টাঙ্গিক মার্গনা মরম ওইরহুনা অরান খুবম ফংবা হায়বসি মীওইবগী মথুক্তা লৈরে। মী অহুনা পাম্মা হোৎনরবদি অরান খুবম শোয়দনা ফংবা য়াই।

ভগবান বুদ্ধনা অরান খুবম ফংলবা মতুংদা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মশা কয়া লোংথোকখি। মহুগী মনুংদা মরুওইনা মখল অনি থোক্লা খায়-দোক্লি:—(১) হীনয়ান (২) মহায়ান। হীনয়ান শাখাগী কাংলুপ্পা লৌরি (হায়রি):—অফবা অমসুং ফত্তবা মখল অনিমক্কী অপাম্বা-মিহৌবা থাদোক্কদবনি। মহায়ান শাখাগী কাংলুপ্পা রাখল ফত্তবা থাদোক্কনা অফবা রাখলশিংবু থৌগৎনবা হোৎনগদবনি হায়রি। মখোয়না হায়রি:—ফত্তবা রাখলশিংবু মাংহনবা (নমথবা) ঙম্লবদি মী-ওইবনা বুদ্ধ হেক্তা ওইবা ঙম্মী হায়বসিনি।

বৌদ্ধ ধর্ম্ম'গী ধর্ম্ম' গ্রন্থশিংগী মমিংদি 'পিটক' কৌই। পিটক মখল অহুম শুই:—১। বিনয় পিটক ২। সুত্তপিটক ৩। অভি ধম্ম পিটক অসিনি। পিটক অহুম অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মগুন লৈ-রিবদি 'সুত্ত পিটক' নি। মসিদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম'গী মরু ওইবা সিদ্ধান্ত মচা তানা তাক্লি। বিনয় পিটকতা ভিক্ষুশিং অমসুং ভিক্ষুনীশিংগী হুতিগী ওইবা পুন্সিদা ঙাক্লা চংকদবা নিয়মশিংগী মরমদা য়াম্না কূপ্না নৈনরি। অভিধম্ম পিটকতা ধর্ম্ম'গী অমসুং মহুগী মরী লৈনবা থবক ইনথাংগীশিংগী মরমদা শুগাইনা নৈনরি।

## বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মরুওইবা পাওতাকশিং মথাদা ইরি:—

থরাই পানবদা ওৎ-নৈগনু। অচুম্বা রা ঙাংঙু। অশাওববু হুংশিবনা পুন্নু। হুরান-চিন্থি তৌগনু। য়েক্নবনা য়েক্নববু মাংহনবা ঙমদে, হুংশিবতনা য়েক্নববু মাংহনবা ঙম্বনি। পুক্লিংনা, রাহেনা অমসুং

থবক্লা পূক্লিং লাকশিল্লু। চিন্না অমা খুৎনা অমা থবক্লা অমা তৌগনু। ব্রহ্মচার্য্য পালন তৌ। ইন্দ্রিশিংবু খুদম চল্লু। জ্ঞান শন্দোকউ। বুদ্ধি চোইগনু।

**বুদ্ধগী পুন্সিগী অশঙ্বা ৱারীঃ**—মাগী অশেংবা মমিংদি গৌতম কৌই। মহাক অসি হং ৫৬৩গী মমাংদা বৈশাখ পূর্নিমা নুমিত্তা কপিলবস্তুগী মনাক্তা লৈবা লূম্বিনী হায়না কৌবা মফমদা পোকখি। মাগী মমাময়াদেবী অসি মা পোকপগা নুমিৎ ৭নিগী মনুংদা নোঙ্গাখিরম্মী। অপোকপগী মমিংনা শুদ্ধোধন কৌই, শাক্যবংশকী নিংথৌনি। গৌতমগা ক্ষত্রিয় কন্যা গোপা (যশোধরা) গা লুহোংখি। মচানুপা অমা পোকখি, মমিংনা রাহুল কৌই।

বুদ্ধনা শন্দোক্লিবা ধর্ম্ম অমদি দর্শন অসি মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক্তনি অমসুং অহিংসানা মুক্ষম ওইবা ধর্ম্মনি। ভারত্তা নত্তনা পৃথিবী পুম্নমা বৌদ্ধ ধর্ম্ম অমসুং দর্শনবু থোইদোক্না ইকায় খুম্নফম থোকই। (ভারতীয় সাহিত্য কোশ)

## 'জৈন-ধর্ম্ম'

বৌদিক কালগী বিদ্বাননা মহাবীর স্বামীবু জৈন ধর্ম্মগী লুচিংবনি হায়না লৌনরি। মহাক অসি গৌতম বুদ্ধনা ওইখিবা ধর্ম্মগী লুচিংবা অহুগুম্বা মীশক্তি নত্তে হায়বদি মখোই অনিগী মরক্তা য়াম্না খেন্নবা কয়ামরুম লৈ। বৌদ্ধ-গ্রন্থশিংদসু মহাবীরবু চৎনরিবা অরিবা ধর্ম্মগী মতুংইন্না চৎপা মীনি হায়না শিংথানরি।

মহাক অসি জ্ঞাতা জাতিগী ক্ষত্রিয় বংশদা বৈশালীগী মনাক্তা লৈবা কুণ্ডগ্রামদা পোকখি। মহাক অসি সিদ্ধার্থ অমসুং ত্রিশলাগী অনিশুবা মচানুপানি। মহাক্কী মমা-মপা অনিদি পার্শ্বনাথ নিংবা (লাৎপা) মীশক ওইরম্মী। মহাবীর হায়বসি মহাক্কী মমিং নত্তে,

জ্ঞেইগুমনুং মহাক্না সংসার থাদোক্লবা মতুংদা মতিক মগুন লৈবা অমদি থৌনা কবগীদমক্তা পীবা মিংথোলনি। বসন্তপুর নগরগী মহা রাজ পমরবীরগী মচানুপী যশোধরাগা লোইননা লুহোংখি অমসুং অনোজজা প্রিয়দর্শনা হায়না কৌবী মচানুপী অমা পোকখি। মাগী চহী ৩০ শুরকপা মতমদা মমা-মপা অনিমক নোঙ্গাখিরম্মী অমসুং মাগী মপাগী মহুৎ মাগী ময়াম্বা অহল নন্দিবর্ধননা শিনখি। ময়াম্বগী অয়া বগা লোইননা মানা মতম কুইনদগী খোৱাংনা ভাইজরক্লবা সন্ন্যাসী লৌখি (ওইখি)। থা ১৩গী মতুংদা মানা ফিরোল থাদোকখি। অমূ-রক হন্না চহি ১২ চুপ্পা লাই নিংলবা মতুংদা সংসার থাদোক্লবা তীর্থ-ঙ্কর ওইহনা চাওরাক্না চহী ৪২ চুপ্পা কোয়চৎ চত্তুনা পাওতাক পী-রম্মী অমসুং চহী ৭২ শুরকপা মতমদা অরান খুবম ফংখি। মহাক্না বুদ্ধগী হান্না শিরম্মী। শ্বেতাম্বরশিংগী মত মতুংইন্না মহাক্না পোকপসি ইং ৫২৭ কী মমাংদনি অমসুং দিগম্বরশিংগী মত মতুংইন্না ইং ৪৮০গী মমাংদনি হায়রি। (ভারতীয় সাহিত্য কোশ)

জৈন ধর্ম্ম হায়বসি ভগবান জিনগী ধর্ম্ম হায়বনি। জিনগী অর্থ-দি:— অওম্বা মী হায়বনি। মী অদুনা মপূক্লিং, বাঙাং খোম্থোক অমসুং মশাবু ওম্নবা মহাক অদু জিন কৌরে জিনগী তুংইনবা কাং-বুবু জৈন হায়না কৌই। জৈন-ধর্ম্মগী লুচিংববু তীর্থঙ্কর কৌই। তীর্থ-ঙ্কর মশীং ২৪ শুই। মখোই অদুগী মমিং চিহ্ন অমসুং বর্ণগা লোইননা মখাদা ইরি:—

১। ঋষভগী চিত্র বৈল (শন্নাবা) বর্ণ (খুদম) —স্বর্নিম্ ২। অজিৎনাথ চিত্র হাথী (শামু), বর্ণ—স্বর্নিম ৩। সম্ভবনাথ চিত্র অশ্ব (শগোল) বর্ণ স্বর্নিম ৪। অভিনন্দন চিত্র বানর (য়োং), বর্ণ স্বর্নিম ৫। সুমতি চিত্র ক্রৌঞ্চ (ভাতুথজোং) বর্ণ স্বর্নিম ৬। পদ্মপ্রভ চিত্র কমল (থম্বাল), বর্ণ—রক্ত ৭। সুপার্শ্ব চিত্র স্বাস্তিক খুদম মঙ্গল অমা) বর্ণ—স্বর্নিম ৮। চন্দ্রপ্রভ চিত্র চন্দ্র (থা) বর্ণ—শ্বেত

৯। সুবিধি নভ্রগা পুষ্পদন্ত চিত্র মীন (ঙা) বর্ণ শ্বেত ১০। শীতল চিত্র শ্রীৱৎস বর্ণ স্বর্নিম ১১। শ্রেয়াংশ নভ্রগা শ্রেয়ান চিত্র গেণ্ডা (শামুগণ্ডা) বর্ণ স্বর্নিম ১২। বসু পূজ্য চিত্র মহিষ (ঈরোই) বর্ণ রক্ত ১৩। বিমলনাথ চিত্র বরাহ (ওক) বর্ণ স্বর্নিম ১৪। অনন্ত নভ্রগা অনন্তজিৎ চিত্র বাজ (খুনুখরং) বর্ণ স্বর্নিম ১৫। ধর্মনাথ চিত্র ৱাজ্র (বজ্র) বর্ণ স্বর্নিম ১৬। শান্তিনাথ চিত্র কৃষ্ণা সার বর্ণ স্বর্নিম ১৭। কুন্থু চিত্র বকরা (হামেং লাবা) বর্ণ স্বর্নিম ১৮। অহরনাথ চিত্র নদ্যাৱর্ত বর্ণ স্বর্নিম ১৯। মল্লীনাথ চিত্র ঘট (চফু) বর্ণ নীল ২০। সুব্রত নভ্রগা মুনিসুব্রত চিত্র কচ্ছপ (থেঙ্গু) বর্ণ কৃষ্ণ ২১। নমিনাথ চিত্র নীলকমল (থম্বাল অশংবা) বর্ণ স্বর্নিম ২২। নেমিনাথ নভ্রগা অরিষ্ট নেমি চিত্র শঙ্খ (মোইবুং) বর্ণ কৃষ্ণ ২৩। পার্শ্বনাথ চিত্র সর্প (লিন) বর্ণ নীল ২৪। ৱর্ধমান মহাবীর চিত্র সিংহ (নোংশা) বর্ণ স্বর্নিম। তীর্থঙ্করশিং অসি ক্ষত্রিয় বংশদা পোকপনি। মহাবীর অসি ২৩শুবা তীর্থঙ্করনি পার্শ্বনাথকী শিষ্যনি।

জৈন ধর্ম্ম চৎলিবশিং অসি কাণ্ডলুপ অনিনিঃ— ১। দিগম্বর অমসুং ২। শ্বেতাম্বর। দিগম্বর সম্প্রদায়গী মুণিদি ফি শেত্তে। শ্বেতাম্বর সম্প্রদায়গী মুণিদি অঙৌবা ফি শেংলি। ভগবান মহাবীরনা পাওতাক পীরম্মী—তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা লাইরিক অমত্তা ইরমদে। মতুংদা মাগী মরুওইবা সেবকশিংনা মাগী প্রৱচনশিং (শাস্ত্রগী পাওতাক) অমসুং পাওতাকশিং অচুবু খোমজিনখি। মতৌ অসুম তৌনা মাগী লাইরিক ৪৬ (নিফুতরুক) খোমজিনখি। লাইরিকশিং অসি প্রাকৃত লোন্দা ইবনি। শ্বেতাম্বরশিংনা (লাইরিক অসিবু থাজৈ) লাইরিকশিং অসিবু মাই তৌইগুম্বসুং দিগম্বরশিংনদি য়াদে।

জৈন ধর্ম্মনা সংসার অসিবু অহৌবা লৈতবা অমসুং অরোইবা নাইদবনি হায়না লৌই। অসিগুম্বা সংসার অসিবু শেম্বী শাবিরা কনা অমত্তা লৈতে। সংসার অসি জীব অমসুং জীব নত্তবা পোৎ অনি

অসিনা তিন্নরগা ওইবনি। থরাই পান্দবা পোৎশিংগী মখল মঙা থোক্লা খায়দোক্লি :— পুদ্গল, ধর্ম, অধর্ম আকাশ অমসুং কাল। মতৌ অসুম তৌনা পোৎলম তরুক্লা সংসার অসি ওইরিবনি। হায়রিবা পোৎশিং অসিদা ময়েং তাবা, হেনগৎপা লৈতে।

জৈন ধর্মনা আচার * (হৌন-লোনচৎ) দা থোইদোক হেন্দোক্লা শাফু পীরি। আচার অসিগী মরুদি—অহিংসানি। জৈনশিংগী মত মতুং-ইন্না অহিংসানা অথোইবা ধর্মনি। মীদি লায়রক্না অপিকপা জীব-শিং ফাওবা হিংসা তৌরোইদবনি। মখোয়না আচরবু য়াম্না মন্না ওইনা লৌই। মুনিদাংগী মতমদা চাক ফাওবা চাদে।

জৈন ধর্মদা লাইনিংবগী মফম য়াম্না রাংনা লৈ। লাইনিং লগীগী মরুওইবা য়ুম্ফমদি- সদাচার (লমচৎ ফজবনি)। সদাচারদা ব্রতশিংগী নিয়ম ঙাক্লা চৎপগী তঙাইফদবা লৈ। ব্রত মখল ৫ নি:— ১। অহিংসা ২। সত্য ৩। অস্তেয় (হুরান্দবা) ৪। ব্রহ্মচার্য্য অমসুং ৫। অপরিগ্রহ (দান লৌদবা, দরকারদগী হেন্না পোৎ পৈ-শিন্দবা) অসিনি।

জৈন ধর্মদা কর্ম্মসিদ্ধান্তদা শাফু পীরি। সংসারদা পোক্লিবা থরাই পানবশিংনা অরা-অনা ফংলিবগী মরমদি মা-মানা তৌরুবা কর্ম (থবক্কী) মহৈননি। অসিগুম্বা কর্ম্মগী ফলনা পুনবা অসিদগী নাম্থোকপা হায়-বসি মোক্ষ (অরান খুবম) ফংলবনি। কর্ম-বন্ধনদগী নাম্থোক্লবা অথোইবা পাহৈদি 'বীতরাগ' (অপাম্বা থাদোকপা) নি হায়বদি অপাম্বা কল্লকপদগী থাপ্পা লৈবনি। অহিংসা অমসুং অভয় (কিদবা), ত্যাগ অমসুং তপস্যা, অস্তেয় অমসুং অপরিগ্রহ, ব্রহ্মচার্য্য অমসুং সদাচারনা আত্মাবু লাকশিনবা ওম্মী (খুত্থুম চনবা ওম্মী)। মায়দবা কোকহন্দুনা মানহনবা

* ধর্ম খুদিংমক্কী শক্তম অনি লৈ—মপানগী ওইবা অমসুং মনুংগী ওইবা। মপানগী ওইবা ধর্মগী শক্তম্বু আচার কৌই, মনুংগী ওইবা শক্তম্বু বিচার কৌই। আচারনা কপোবনি, বিচারনা অকৃপ্পনি।

ওন্মী। ১০ম অহুদ। শান্তি ফংগনি অমসুং অৱান খুবম ফংগনি।

জৈন ধর্ম্মগী অথোইবা সিদ্ধান্ত-গ্রন্থশিংগী মমিংদি—তত্ত্বার্থ সূত্র কৌই। মসিদা ধর্ম্মগী মরু ওইবা শরুক ১০ (তরা) থোক্লা খায়দোক্নি। মখোয় অহুদ—

১। ক্ষমা—শাওদবা মীনা ওৎ-নৈবা খাংবা।

২। মার্দৱ:—পূক্নিং তপ্পা অমসুং লমচৎ শাজৎ ফজবা।

৩। আর্দৱ:—শেংবা ৱাখল খনবা, খল্লিবহু ডাংবা, ডাংলিবহু তৌবা।

৪। শৌচ:—মীহৌবা, অপাম্বা, নুংশিবা থমদবা, পূক্নিং হকচাং শেংনা লৈবা।

৫। সত্য:—অওইবা ৱা ডাংবা, য়াইফনবা ৱা খনবা খরদা ডাংবা।

৬। সংয়ম:—পূক্নিং, ৱাডাং অমসুং হকচাংবু খুহুম চনবা।

৭। তপ:—ফত্তবা লমচৎ শাজৎ চত্তনবা তপস্যা তৌবা (লাই-নিংবা)।

৮। ত্যাগ:—পাত্র মতিক চাবা খঙবা, কিদবা, চিঙ্গাক অমসুং হিদাক পীবা।

৯। অকিংচনতা:—মীগী পোৎ মিহৌদবা, অপরিগ্রহ ব্রত পালন তৌবা (ডাকপা)।

১০। ব্রহ্মচার্য্য:—অফবা গুণ চেন্নবা হোৎনবা, পূক্নিং অমসুং হকচাংবু শেংনা থম্বা। জৈন ধর্ম্ম অসি মপান্দা মপুং ফানা শন্দোকপা ওমদে, অহুম ওইনমক ভারতা জৈন ধর্ম্ম চৎপা মীশিং য়াম্না লৈরি।

# ময়ুরবাক্কি খুন্নাই।

অয়িব—মোইরাংথেম নরেন্দ্র

কাঙলুপ অসি তাইবঙ পানবদ লৈরিব মীসিংদগি লমচৎ-সাজত্ত তোপ তোপ্প মরোঙ খর লৈব জাত্তিনি। লমদম অসিগি মীসি মমং-ঙৈদদি কাঙলুপকি খেন্নবসি লৈরমদে। মনিঙ মখা তমন লৈজব পাম্ব জাত্তিনি। মতুমক্তন লয়বাক অসিদ কাঙলুপ মচা মচা কয়া মনিঙ তম্ম পানখি। লয়বাক অসিগি ফিভমন সা লান হৈ-শিংবত নত্তন জগোই ইসৈদস্মু হৈনব মীরোইনি। অদুগ লাঙলুপ অসি লৈফম খেঃ-বগি মতুংইম্ম লমচৎ-সাজত্ত অমদি লাইনিঙ লাইসোন্দ খর মথে খেন্নব লৈরবস্মু হওরকফম মসেন্নি হায়বগি কাঙলুপ তবেং লৈব অসিদি থাইনদগি লৈনরকই। মখোয়গি লাইনিঙস্মু জগোই ইসৈন লাইবু পেন্নব তৌবদি মান্নে। লয়বাক অসিগি মীসিংসি লওউ শিংউবন থবক্কি মকনি। থাঙ তান মরু রোইব মহৈনি। লাইরিক লাইস্মু ইটেম হৈতবদি নত্তে। নচা মুপা অহন খুদিংমক য়েয়বেল (পণ্ডিত), লোইসঙ কাগনি। মুক্না কাঙজৈ, মুক হুনব, নুঙ হুনবন মরু রোইব সডেগি। লয়বাক অসিগী মীদি চাক চারগ (চাকন) হিংব মীনি, জাত্তিনি। মপাগী কঙলুপ ইনব জাত্তিনি।

**চারও মৌরও**—লয়বাক অসিগি চারও মৌরও অসি কাঙলুপ অমস্মুঙ সন্নাই মান্নদব তোঙান তোঙানব ফুরুপ চাওব মৌরনৈ। পুত্তিন্নব মশেল চারও-মৌরওনদে। চারও মৌরওবদ ঈ হনগৎপ য়াদে। সাইরুক মসেল লওন-লৈনদে। মিংগৌ য়েৎনবস্মু লওনদে। লুখ্রা, মৌ, তুমল, মঘুম পানব য়াই। মৌ হায়বগি তোঙানব চৎনবী লৈ। হায়জপোৎ, বারোইপোৎ পুনৈ। লুহোংবন অরোইব থৌরমনি। লুহোংলব মুপীদি মুপা অহুগি সন্নাইদ, সাগৈদ তিনখি। হায়ন-সিঙন

লোইরব মুপীদ মুপা ময়ুম য়োং, লসিং, ফিনচিংব পীবগি চংনবী লৈ। মসিবু উয়োং খিনবসু হায়নৈ। উয়োং খিল্লে লসিং থাৱে, য়োং থাৱে হায়রবদি মুপী অহু সাগৈ অমগি মৌ বোইগ্রে হায়ন খঙনৈ। মী অমগি অমুক হায়র্জরব য়াদ্রে। লুহোংবদ পু অহুম, লমগি লাই, য়ুমগি লাই তাকন হয়কৎ-লৈকৎ তোন লুহোঙঙী। মীনাই মচা লও-নদে। মনে মতুং ইনবসি চৎনৈ। লয়বাক অসিগিদি পারী পুরী মুপাগি ইতিহাস লৈবগুম মমাগি পেল্লোল লৈ।

চাবোক-নাওসোঙ নাহুং-নারেং—মৌ অমনা কুম-থা সুরকলবদ মচে-মনেম বোইবীসিংন থা ৫/৭ সুরকপদগি লাইদ-তিনদ হয় লৈ কৎপী। থা ৯ সুবদ কোকথোক চামথোকপী, ওমু উসিন তোবী। অঙাঙ পোকপ মুমিত্ত মচে মনেমশিংন অমদি চাবোকপীন অঙাঙ মমা অহুগি চৎনবী মতুংইন্না মতেং পাংবী। মতোমত হুন্দোকপীদে। মুপা-মুপী পোকপগি মতুংইন্না সুসি ৬৫ নিদ ইপান থাই। মুমিৎ খুরুম্মী খোমইবীদ লৈজব ঙা-থুম ফোনচিংব কৎলী। থা ৬/৫ দ চবুম্মী।

সিব—অহানবদ লয়বাক অসি মী সিরগ পোংলোইবদ মৈ থাব, ঈসিংদ থাদব. লমহাংদ হুন্দোকপ অমশুং লয়পাক্ত ফুম্ব কাওলুপ মরি লৈরম্মী. ঈসিংদ থাদব অমশুং লমহাংদ হুন্দোকপ কাওলুপ অসিগি সিরগ তৌব মথৌগি মরম লৈব উদে। মৈ থাব অমদি লয়পাক্ত ফুম্ব কাওলুপকিদি সিরগ মথৌ লৈ। মৈ থাব কাওলুপ অসিন অঙাঙ চহী অনী মপুঙ ফাত্রিঙৈদ সিরবদি লয়পাক্ত ফুম্মী। অসিগিসু মথৌদি লৈ। মৈ থাব কাওবুন মী সিরমদাইদ য়ুমগি খা-নোংপোক থংবদ থাঙপোক হায়হুন অসিব অহুগিদমক সঙ মচা অম সাই। মসিগি যাত্রা (উহান্দি) কৌরুদ বোই। মী সিবদ য়োং-সেল য়য়, ঈশিং পুল খিল্লি। কাসা পাউতাকঈ। অসিব মসা অহু চৎনবী অমগি মখাদ পোংলোই। পোংলোইব লোইত্রিব ফাওব সিরিব মী অহুন লৈরম্ব মুম অহু মমাওথোঙ খিঙঙী, মনিঙ থোঙ হাংঙী। মৈ থাব লোয়রগ

মং অহু লেমজিনব তৌদন ওন্নোকলগ্নী। মতুং ৫/৬ হুরগ মৈন চাকপাম তুমদব সন্নাসিং অহু খোমজিল্লগ ঈসিংদ থাদে। মসিবু "লু" কোম হায়নৈ। তরানিদ য়ুমসেং না হাই। তরামাথোইনিদ মথৌ মঙম তৌনৈ। মথৌ য়াংগেনব কৌনৈ। সিরিব মী অহুন অঙাঙ মমুম পান্ত্রিব য়োই- রবদি ৭ কিদ মথৌ-মওম তৌনৈ। তরুকনিদ য়ুমসেং না-হাই।

অসিব মী অহুগি পোৎলোইবদগ্গি মথৌ মঙম লোইব ফাওবদি মতেঙ পাঙননব নকন নকনব মীন খুৎপু লেমহুন থম্মী। খুৎপু অহুবু "সিয়েংলুপ অমগ সিঙলুপ" হায়ন সিবগি অবা-অনাদ মতেঙ পাংনৈ। সিঙলুপসি মৈ থাব কাঙবুগিন অসিব অহুবু পোৎলোইনব শিঙ পু- থোক্কে। শিঙ পুথোক্লনবগিদমক সিঙলুপ হায়রিবনি হায়নসু হৌজিক্তদি হায়নরে। সিঙলুপন অসি-অনা থোকলিব ইমুংগি অবা-অনা পুম্নমক মথৌ লোইশিন্নব কাওব মৈরিং-মৈথা তৌহুন অবাব পুস্নিনে। সিঙ- লুপতি য়াওদব য়ুম-লান-কৈরোমন লৈশিন্নব মীসিং অহুবুন লম্বাই কৌবি। মথোয় অহুনসু পাঙগললগি মতেঙ পীনৈ।

য়ুম-কয়—য়ুমসা কয়সাদ হায়রবসু কাঙলুপ অসি লয়বাক অম য়োইবগি চৎনবী মতুংইনন সানৈ। লয়বাক অসিগি কাঙলুপ খুদিংমক য়ুম সাবদ য়ুমিং মঙালদি চঙনব অহুগ য়ুংসাদি য়ায় য়য়দনব মথায় মথা য়োইরপন থায়ুম লয়ন সাই। য়ুমগি কা মথি মঙান নম্ন লানৈ। য়ুম সাব খুদিংমক চৎনবী নিয়ম অমগি মথাদ সানৈ। য়ুম সায়ম দাইদ ইংখোল খুদিংমক কা মাপল থোকন পল্লিং থিংহুন য়ুমকম্নগি অক-কম্ব য়েংনৈ। য়াংলিব কাসিং অহুগি তোঙান তোঙানব মমিং লৈ। য়ুম খুদিংমক সংগাই অমসুং শঙ্গা-য়ুমকম লোকন সানৈ। কা খুদিংমক মমিং লৈ। লয়মরেল খুঙম লৈব কান কা অতোপগি থম্ব হেয় চাউদব থাদে। মনিঙ থংব কাগি সমথোকপ থাইলিঙবাগি খুঙম থম্মী। মনিং থোঙদি মনিং থংব কাগি অরাঙদ থম্মী। কা খুঙম উথোঙ, লোয় য়ুংকম, খা-থাংদ লৈরিব চাউথোকপগি মমিং থোঙান

ভানন লৈ। অস্থমন লয়বাক অসিগী ত্রোপ তোম যুমসারোল লৈ। যুমসারোল অসি যুমকম হেক থোনরদগি যুম সাব লোইব ফাওবা চৎনবীগি নিয়ম লৈ। অক কবগি মবোংমু লৈ। টৈ হৌকম, চাক থোংকম, পুখুম কা, নিঙোল কা, লপ্লেন কা অমুম্ব কা কা থাদ্দম সানৈ। যুম শাবদ সাগদৌরিব পুপা পুপী অতুগি চহি ফুংনৈ। চহি মতাং চাদন যুম সানদে। যুমসারোল লৈব লৈতব থংনৈ।

লাইনিঙ—কাঙলুপ অসি প্রকৃতিদু থাক্তে। মপা মপুবু লাই হোন লগনৈ। লযসেমলোল, লয়বাক লথারোল অমসুঙ পুরিমচিংব লাইনিঙ লৈবন অমত্ত রোইব তাইবঙ মপুন মসা মথনজন অনী থোকচুন বোইথিব শুরু লয়মবেল অনীবু নিঙব রোইন লৈ। পুপা পুপা অম পুপী অম রোইন নিঙব লাইনিঙনি। হায়রিব লাইনিঙ অসিদি লাই হাকুকগি হোজিক ফাওদমু লেঙদন লৈরি। লাইনিঙদ জগোই ইসৈন লাংবু পেন্নব তৌবন মরু রোইব থৌরমনি। লাই-নিঙগি সাক্কেম "মহাক খঙব, মহাক সেংব, হাওন চময়ুং চাব, নাম্ব ফজি সেংপ" অসিনি। লাইনিঙদ হুম হুম প্রোকপ থাকব কাঙলুপনি। মমিন লাইনিঙগ যুমফমনি।

বায়েনঃ—লয়বাক অসিগি মীসিংসি কাঙলুপ কাঙলুপ রোইন লয়বাকি মচী মচীদ মকম কয়াদ খুলদারম্মী। অসিগুম কাঙলুপ মচা মচাসিং অহু মতমগি মতুংইন্না অমগ অমগ পুন্সিন্থিদুন কাঙলুপ তরেত্ত রোইখি। কাঙলুপ খুদিংগি মকোক রোইব মী অমমম থমলগ বায়েন চৌরম্মী।

খরগোংবরব মতমদ, লয়বাক অসিদ মকোক রোইব (নিংথৌ) অমনুগি মথাদ লৈরব মতমগি মায়েল মবোংদি লায়বাক সিনব রায়েন মরু থোইব বায়েন পম্নাপনি। মতুদ্ু কাঙলুপকি রোইব চৎনবীদি প্রাদোক্কে। চৎনবীদ লয়বাক, নিংথৌন খুৎ থিংজিন্দে। মসিবু "লয়বাক নাম, নিংথৌন নাম" হায়। বায়েন্দ নিংথৌন মসিঙ চৌব মায়াদ অমসুঙ

চৎনবীগি বাংমদ লৈবসু য়াদে। 'নিংথৌন নোমদ বা অনী ঙাঙব য়াদে" হায়ব লয়বাক অসিগি বায়েন পাউতাক লৈ। নিংথৌন লয়-বাক্কি মকোক বোইরবসু লয়বাক্ বায়েন্দদি মনিঙ তৌদে। লয়বাক্কি অঙম্বগ বা তারে। নিংথৌ মতোমত বা লোইদে। লয়বাক অসিগি কমথৌ কমলুপ হাপ্পদ মপা মপু য়াম্ম য়েংনৈ। লয়কায়ন য়াব মীতন কনলুপত লৈনৈ। চহি ৬০ ন কম বোইবগি অহোব চহিনি।

লয়বাককি বায়েন-থৌদাদ খুদোং চাননব লয়বাক অসি সরুক কয়ামরুম থোক্ল খায়দোকঈ। লয়কায় মরি, পানা মরি, কৈরুপ মরি অমুমন মরি মরি থোকন খায়হুন বায়েন্দ খুদোং চাহল্লী। লয়কায় মরিন য়ুমফাল মমুংদ, কয়রুপন য়ুমফালগি বাংমদ লৈ। পানা অসিদি মকম খুদিংমক্ক লৈ। পানাগি মথৌ অসিদি লালগিদক্কনি। মুমিং নিকুনিগি মমুংদ পানা খুদিংন মুমিৎ তরানি তরানি লোয়সংদ লৈহুন নিংথৌগ কোম্মুংগ কোম্নন লয়বাক ঙাকঈ। লয়কাইন খুন্দুগি বাথোক লানথোকপি মরমদ বায়েন তৌরি। লয়কাইহুগি অফ-ফত্ত মথোয়ন য়েংসিল্লী। মথোয়গি মথৌসি য়াম্মী। লয়বাক্কি অফ ফত্তদসু মথোয়গি মথৌ য়াম্ম লৈ। কয়রূপ অসিদি লয়কাইগি মিংয়েং মখাদ লৈব সেম-গৎ সাগৎক্কি থবক তৌনবনি। কৈরোয় অসিগি থবক্কি মরু বোইন কৈ তাম্নবগিত বোইন লৈ। অকন অথৌ, পানা পামবোমনি। লয়-রুপন লম্বী-থোং সেম্ব, লওথোং তৌবে, লওনম্বাল সেম্বগি থবকনি।

মোংবাগি মমাং অমদি মতুং মতম খরদ লয়বাক অসি সরুক নিপাল থোকন খায়। (কোনথারোল, খুনথোঙ খায়ব, ক্রাথোং লম-লেল)। সরুক নিপাল অতুগি সরুক অমমমতু অমুক সরুক মরি মরি থোকন খায়রগ মী অনী অনীন বায়েন থৌদা তৌরি। নোংদাগি মতুং খর থেংথরব নিংথৌ থোঙতেকচাগি মতমদদি কমথৌ কমলুপ হুম্ফ মরি থম্বগি মরোঙ লৈরে।

**বায়েন লোয়শঙ**—লয়বাক বায়েন কোম্নবগিদমক য়ুম্ফালগিন

চয়রাপত ৱায়েল্লী। য়ুম্ফালদগি লাপন লৈবসিংগিন খুন খুনগি ফম-নাইবন ৱায়েল্লী। খুনগি ফমনাইবন য়েনর ৱায়েন্দ পোল্লব লৈরবদি চয়রাপ য়ৌনৈ। কবিগুম্বদ ৱাথোক অহুন লাইগি তিনগি অমদি লা-গৈগি ৱোয়রবদি (য়োয়রেল) পণ্ডিত লোয়সঙন ৱা য়েল্লী। নিংথৌ য়ৌব য়ৌদবগি মতাংদি ৱাথোক ৱাথোকন পুই।

ৱায়েল লোয়সঙগি মতাংদ অতোপ্প মৰোঙ অমন—লাইগি থৌরমগ মরী লৈনদব মীগি খংন চৈনবগি ৱায়েনদ নোংদা লাইরেল পাখংবগি মতমদ মুপাগি ৱায়েন লোয়সঙ মুপীগি ৱায়েন লোয়সঙ অনী লৈ। ৱায়েন সঙ অসিগি মকোক্তি মুপীগিন লয়মনি, ফমথৌন অচুম্বীনি। মুপাগিন নিংথৌনি ফমথৌন অচুম্বনি। অমুম্ন নোংদাগি মতমদগি মুপীগিন মুপী চয়রাপ, মুপাগিন মুপা চয়রাপ হায়ন লৈ। মুপী চয়-রাপত লাইসনান মকোকনি। মুপা চয়রাপতন নোংদা লাইরেল পা-খংবব মকোকনি।

ৱায়েন চয়রাক—লয়বাক অসিগি ৱায়েল চয়রাক্তি য়াম্ন সম্মী। লাই ৱায়েন্নী হায়রুন অরানব থবক অম হেক তৌবদ তৌরিব মী অমুম মান ফংগদব মরালগি চয়রাক অহু খঙডী। অহুন ৱায়েনসু লাইহল্লী। মী অমবু হাৎলবদি মাবুসু হাৎপ, মীগি মপোৎ হুরগ মথুৎ কপ, মীগি মুপী লাল্লুরগ মমিৎ কোৎপ হায়বসি মীপুম খুদিংন খঙনৈ। লাই ৱায়কনি, চয়রাকনি হায়ন লঔনৈ। ফুব, কম্ববন চয়রাককি মরুনি।

নিংথৌ য়াওন ৱায়েন তৌবসি অঙাঙ ৱোলহনব, ম্লোইদ থাব অমসুঙ কয়সুম সঙদ থম্বদনি। হাৎপ অসিসু মী মীগি মৰোঙ লৈ। নিংথৌ মচা হাৎপন ঙবোঙ খাওদ, নিংথৌ সেম্বন লফুত্ত থোইদ হাৎপনি।

মসিন—মী পুম্নমক মথৌ অমমম লৈ। অহুন মরম ৱোইহুন মসাগি মসিন্দগি নানথোকপ য়াদে। মুমনাক নম্রগ সম্লাই খুদিংমক্কি অকরুব মসিল লৈ। কনাগুম্বন য়ুম্নাকক্কি নম্রগ সম্লাইগি মসিন্দগি হেনন তৌব য়াদবদি নত্তে। মহুবু সিন্দাংব হায়ন খঙনৈ। অকরুব

সাইগৈগি সিনফম লৈবন কাওলুপকি মসক খওবদ লাইহল্লি। য়ুমনাক মসিল নম্রগ সল্লাই মসিল লৈতব য়ুমনাক সাগৈবু হনথব মিৎয়েংদ থমনৈ। মসিবু লয়বাকন খুৎনাইব সাগৈন খুৎনাইদব সাগৈদগি অফবনি হায়ন লওনৈ। খুৎনাইববু অৱাংব থাক্ত লৈহল্লী। লওমী-সিনমীবু অৱাংব থাক্ত থমনৈ। মীপুম খুদিংমক মথো লৈননব থৌসিল লৈ।

থৌসিল অসিগি মথাদ অতোপ্প থৌশিলগি ৱায়েন অমন - মচা মুপা অহল খুদিংমক য়োয়রেল লোয়সঙদ কাগনি। লাইনিং তিনগি থবক্ত চঙগনি। অতৈ মচা মুপান লালমী লোয়সঙদ কাগনি, নিংথৌ সেনব লোয়সঙদ চংগনি। পীবাদি সনা হকচাং থৌগল তৌব য়াদে। নিংথৌ লোয়মুংগি মতমদগিদি লাই সেল্লুংব ৱোইহন্দুন লাইপ্রা মহল্লী।

খোঙতেক-মিৎতাংগিসু পয়া-সঙ্গাই সুনব লোয়সঙ থগীবগি ৱাসু লৈ। লয়কাই সঙসারোইদ কাহল্লী। নিংথৌন লমদ খোঙ লেঙবদ লয়কায় সঙসারোইগি পয়া মখোয়গী লোয়সঙদগি তাল্লী। পয়া সঙ্গাইগি থবক পুম্নমক মখোয়গিনি।

হরাউ-কুম্মৈ—কাঙলুপ অসিগি হরাউ কুম্মৈদ মপুঙ ৱোইন লৈরিবসি কাঙজৈ, হিয়াং অমসুঙ লাই-হরাউবনি হায়রিব কুম্মৈগুিংসি, খর থেংথরব মতমদগিদি লাই হরাউবগি মঙ্গুং চল্লে। কুম্মৈসিং অসিগি তোঙান তোঙানব মতম লৈ। হিয়াং অসিন অঙনব মতমদদি খ্বাইদগি চান্নব কুম্মৈনি। লাই হরাউবদি লাইনিঙগ মরী লৈনব কুম্মৈনি। মখোয় অসিন হৌথিবসি :—

কাঙজৈ—মসি কাঙজৈরোলগি মা য়েংলবদি নিংথৌ কাংবগি মতমদগি হৌথি। কাঙজৈ হায়ব ৱাহর অসিমক কাংব হায়ব ৱাহর অসিদগিনি হায়ন কাঙজৈরোল পুয়ান হায়রি। মসাম অসিগি নিয়ম অসি মমাংঙৈগ হৌজিক খর থেন্নরে। মমাংঙৈদদি চিঙমা অমসুঙ চিঙনৈরোংন শানজনফম ৱোইরমী।

হিয়াঙ—মসি লুবাং নিংথৌ পুম্নলিবগি মতমদ হৌদোকখি।

খুইগি মমাংদগি লয়বাক অসিদ হিয়াঙগি কুম্মেসি লৈরে। হিয়াঙদ, ৬ি ভান্নবদ তোংব ইহান হানবসি লুবাং নিংথৌ পুনসিবগি মম্বাংগি পুংভাভোই ংকোইবনী হায়ন হিজন (হিজিং) হিরাউন হাম্বরি। পুতাং- ভোই পুংকোইবন হ তোংলিবসি মী রোইন তোংবদি নত্তে। হি- রুব ক্ত সঙভাই মকোক থম্বগি রাদনি। তান্নফমন লুবাং ঈ তুরেন্দনি।

ং হরাউব—লাই হরাউবসি লয়কাই লাই-হরাউব অমদি সাগৈ লাই-হাউব হায়ব মখল অনী লৈ। লাই হরাউব খুদিংমক নিংথৌ অমদি পণ্ডিত লোয়সঙ তাকনৈ। লোয়সঙন তিমচা লাইচা অফব রেংলগ লাইহৌ-লাইরোই মুমিৎ পীবি। লাই হরাউবসি লয়- বাকসিদ চংনরমলিব অসি ওসিদগি চহি লিশিং অনীগি মমাংদগিদি রোইরে।

ফিসেং—ফিসেৎসি মখল অনী লৈ। নিংথৌন ফম্বাল কাবদ সেৎপ ফিসেৎপু ফম্বাল ফিজেৎ হায়ন খঙনৈ। অদু নত্তব লয়বাক্কি ফিসেত্তি মুপাগিন মইমু-তোমসোন, নিঙথ্রি অমসুঙ খারোন ফুরিৎ' নমখাংনি। মুপীগিন খোইদোম, কানপ অমসুঙ ফিদোম্নি। কোক- খুম সারোম্ন মৌসিংগি ফিসেত্ত মপুঙনি।

---

# লাই হরাউবনা মৈতৈ জাতিবু মালেমদা মশক তাকপা

অইবা—নিংথৌখোম ইবোবা সিংহ 'সাহিত্য ভূষন" "সাহিত্যাচার্য্য" "সাহিত্য একাডেমী এবাড' বিনয়"

তাইবংগী কলা পূয়মকী মরিদা নৈনবা তান্নবদি অহানবদি মওং চপ চানা লেপ্পা ওমদনা জ্ঞান তাদবা মওংদা লৈরম্লিবনি। মমৈথংদা জ্ঞান তান্নকপনি। বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা লাকহল্লকপনি, ভাবকী

শক্লোন পুথোরকপনি। তশেংবদি কলা হায়বসিমক্তি ভাবতা য়ুম্ফম ওইরগা শেম্বা থম্মোইগী শৈদম খোল্লি ; কাইনথংদা লোজিক (নায়না) খুদুং ইগ্গরকপনি। থিওরী, নিয়ম, টেক্নিক, বিজ্ঞান হায়রিবা পুম্নমক অসি কোম্নগী রাকম্নি। অদুগা টেক্নিক হায়বসে চুম্নগী কলাগী পূন্সিবু মাংদনবা থম্বদা শিজিন্নবা নত্তনা থোইদোকতবনি, মতাং মতাংদা টে ক্নিক্তি হোংদোক হোংজিন তৌবা হায়বসে তঙাইফদে।

জগোই হায়বসি ললিত কলাগী মনুং চনবা কলানি। মৈতৈ জগোইগী আইডিয়া ফজে, ইরাং অমদি কামগী তথেং তথেংবা জগোই নত্তে। ঈংনা লেম্না অধ্যাত্মিক ওইবা, ভক্তি-প্রেমগী লু-ওবা জগোইনি : ঈশ্বরগী মমাং নত্তনা শাবা য়াহিক্তবনি। হায়রিবা মৈতৈ জগোই অসিদগী থোইদোকপা মগুণ অমনা সধারন মীওইবগী পুন্সিগা য়ান্না নকশিন্নে, জগোই অসিদা মীওইবনা পোক্লকপা ফি-রোল শাবা য়মকৈ শাবা অসিনচিংবগী মতৌ মওংবু খুথেক্কী লায়াং পি-পিদুনা তাকই ; লায়্না খঙহল্লি। মরম অসিদগী ভারতকী অরাং নোংপোক্কী কাচিন্দা লৈবা মৈতৈ জগোইনা অনৌবা তোপ তোপ্পা জগোইগী শক্লোন অমদি জগোইগী পুন্সি অমা ওইনা হিংলক্লি, হিংলি, হিংখিনি।

মৈতৈগী জগোই অসি পুন্সিগী অহেনবা শরুক নত্তে, চপ চানা থবাইগী শরুম ওইনা মীওইবগী পুন্সিগী শক্লোন খুদিংদা অর্থ থোকহনবা অদুগুম্বা কিভমদা লৈবনি। অমুক্তা খন্থরুবদা হায়জনিংবদি— মীওইবগী চাউথংলকপগী মায়কৈ খুদিংদা জগোইগী মতেং চঙদবা নত্তে হায়বসিনি। মসিনা হকচাংগী শাওং শাদা ফজ্জহল্লি : অদুগা লোয়ননা কল্পনাগী জগৎপুম্নু মকা লান্না পাকথোক চাওথোকহল্লি। বুদ্ধি লৌশিংগী চাং হেনগংহল্লি। হায়রবদা ফজবা হায়বহুবু থম্মোইনা লৌশিনবদা মতেং পাংই। ঐথোয়গী থম্মোইগী শক্তিবু ফোংদোকপনি। মৈতৈ জগোইনা শিক্ষিত অশিক্ষিত অনিমক্তা ভক্তিগী অঙ্গ খুদিংমক মিকপ থোকহল্লি। মরম অসিনা মনিপুরদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী লীলাদা

য়ুম্ফম ওইহ্নুনা শাবা জগোই রাস হায়বসিনা লৈত্রিঙৈদা মৈতৈগী অধ্যাত্মিক তত্ত্ব রা ঙাঙম্মী হায়বা তাকই। মতাং অসিদা উমং লাই হরাউবগী ভাব অমদি শকলোন অহু শমতক্না লৌখৎচগে :— উমং লাই হরাউবগী লাইবৌ জগোই অসি তাঙ্কক তরাহুমদোই থোক্না শাবনি মহুদি :— (১) চফু জগোই (২) লাইওক জগোই (৩) অশাংবী জগোই (৪) লাইচিং জগোই (৫) হকচাং শাবা জগোই (৬) য়ুমশা চংবা জগোই (৭) পামহাই জগোই (৮) পাতোন জগোই (৯) চোংখোঙ জগোই (১০) ফিবুন জগোই (১১) লৈ-তাই জগোই (১২) থংহাই জগোই (১৩) ফিরাল জগোই অসিনি।

লাই হরাউবগী লাইরোই মুমিত্তা ঔগ্রি শকই। মসিগী মরমদা শকাব্দ ৯৯৬ (১০৭৪ ইংদগী) শকাব্দ ১০৪৪ (১১২২ ইং) ফাওবা পাল্লগা মৈদিংঙু লোয়য়ম্বা ম্না হাক্তকী রাফম্মু চৈথারোল কুম্বাবগী লামাই ৫ দা অম্মুয়া ইরি :— "অহুগী মখৈ ঔগ্রি শকপা হোৌএ। মহাকথক্তা য়ুম্নাক পূন্নমক মশিল তৌহল্লমএ। লোয়য়ম্বা চহি ৪৮ পাল্লমএ।" রাফম অসিদি পাখংবগী তূথুপ্তা মাইবনা নিংখম্ শমজিন চিন্দুন ঔগ্রি চোংবগী রাফম্মি, মসিগী মমাংদগী হাম্মনা ঔগ্রি হঙ্গেল জগোইদি অহুম লৈরক্লবনি।

*হায়খ্রিবা উমং লাই হরাউবগী জগোই তাঙ্কক ১৩ (তরাহুমদোই)* অসি মালেম তাইবং পানবসি কয়ম্না শেম্লকপগে অমস্তুং মীওইবনা পোক্লগা করম্না হিংহ্নুনা পানবা হায়বহুগী মরমদা নিংথিনা থুখেক শা-থেক্কী মতেংনা তাক্লবা জগোইনি।

অম্মুম্না মৈতৈগী অঙনবা যুগতগী মৈতৈগী উমং লাই হরাউবদা শারিবা জগোই অসি শক্তম অমত্তদা অম্মুম লাকপদগী শকাব্দ ১৬৮৫ দগী শকাব্দ ১৭২০ (১৭৬৩-১৭৯৮) ফাওবা মনিপুরদা পানখিবা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা ইং কূমজা ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ একাদশীদা শ্রীশ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌরবদা মুমিং মণ্ডানি চুপনা জগোই রাস কৎখি। কৎখ্রিবা

জগোই রাস অদো মৈতৈগী উমংলাই হরাউবগী থিমদগী জগোইগী মওং অমদি চৈক্লিকগী শেমখিবনি।

মৈতৈগী উমংলাই হরাউবগী জগোইদগী করম্না শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী জগোই রাস শেমখিবনো হায়বগী মরমদা তেস্তক্না লৌখৎচগে, মৈতৈগী জগোইদি লাৎচব্রিবা ঈশ্বরগী মমাংদদা শাব জগোইনি হায়না মথক্তা পঙ্খ্রে। রাজর্ষি শ্রীভাগ্যচন্দ্রনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলবা অমদি শ্রীশ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌরবদা শ্রীশ্রীগোবিন্দ, উপাসক দেবতা ওইরে, অদুগা মৈতৈগী হান্নগী চৎনবী উপাসক দেবতাগী মমাংদা জগোই কৎনিংলবদা হান্নগী লাই হরাউবগী জগোই মওংদা, থিমদা কৎপদি চুন-চান্নদ্রবনা মাগী মন্ত্রী কাংবু মচিন তোংবশিংগা মুন্না তান্নখি, তান্নবা অদুদা য়াওখিবা মীশকশিংদি:— (১) সিদ্ধান্ত বাচস্পতি ভাস্কর শর্ম্মা (২) শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুর (৩) শ্রীস্বরূপানন্দ ঠাকুর (৪) শ্রীঅপানন্দ (৫) শ্রীরত্নাঙ্কুর গৌরশ্যাম শর্ম্মা (৬) খুম্বোং চন্দ্রমনি (৭) কবো খুম্বোংবা মখোয় অসিনি।

মখোয়না মথাঙ্গী অসুম্না লেপ্পখি:—

মৈতৈগী হায়গী লৈরম্বা লাইনিংগী ভাবসু নোংপোক নিংথৌ পাম্হোইবী অনিগী ভাবনি, হায়বদি পাম্হোইবী খ্যবা শোকচোংবগী মফমদা লুহোংহুনা খাবগী মতালোই ওইরবনি অদুবু নোংপোক নিংথৌগা মনুংদা অচেৎপা প্রেম লৈনৈ। প্রেম অদুগীদমক্তা পাম্হোইবীনা কি-খুবা, লোংখোনবা অসিনচিংবা চৎপা, নোংপোকসু তাংখুল শারুম পাখং শাহুনা লাকপা অসিনচিংবা তৌই। অদুগুমহুনা শ্রীমতি রাধাসু আয়ন্দা লুহোংহুনা থাজরবনি, অদুবু শ্রীকৃষ্ণগা মনুংদা অচেৎপা প্রেম থম্মখি, মদুগীদমক শ্রীমতিনা সুর্য্যপূজা, শঙ্গোম য়োনবা চৎপনচিংবা চৎলি। অসুম্না ভাব মান্নবা অসিদা মুক্ষম ওইহুনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী শান্নরিবা রাস লীলাবু নোংপোকা পাম্হোইবীগা শান্নখিবা লীলাদা মুক্ষম ওইহুনা মৈতৈগী উমংলোই হরাউবগী জগোইগী শৈশক শাথেক,

খোংলোন খুংলোন্দা শেয়গা শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণগী অগ্রদা রাস কংলসি হায়ন বারেপ লৌখি।

অসুম য়ম্নবা অসিদগী কৃষ্ণ অভিসার, নোংপোক নিংথৌনা তাংখুল শারম পাখং শাদুনা লাকপগা পাংথক্লি। শ্রীরাধাগী অভিসার পা-ম্মেইবীনা লোং খোনবা খোরকপগা অম্মানি। অসুম্মা মান্নবা মওংদগী লৌশিন্নকপা মৈতৈ উমং লাই হরাউবগী মওং মতৌ পুম্নমক জগোই রাসদা পুশিল্লি :— ভঙ্গী অচৌবা, বৃন্দাবন পরেং, খুরুম্বা পরেং, ওম্মা মৈতৈ উমং লাই হরাউবগী জগোই খুখেক কয়াদগী লৌখোকপনি। খুদম ওইনা পল্লবদা :—

(ক) মাইবীগী লাইচিং জগোই খুখেক ১১,

(খ) লাইবৌ জগোই হকচাং শাবা জগোই খুখেক ৬৪,

(গ) য়ুমশারোল জগোই খুখেক ১৯,

(ঘ) পামহাই জগোই খুখেক ৩৯,

মথক্কী উমং লাই হরাউবগী লৈজরম্বা ভাব টেক্লিক জগোই মশাদগী শেমখিবা জগোই রাস অসিগী ফিজেৎ চাকচাগী মাইকৈদসু অতু মণ্ডাই, রাসকী গোপ গোপীশিংগী মতৌদা শাবা জগোই ওইরবসি ছাড়ী শেত্নুনা শাগদবনি অতুবু মতুদি নত্তরে, মাইবীগী ফিজেৎ মওংদগী তশেংনা লৌরবনি, জগোইগী পোৎলোইদা য়েংশিনবদা উরিবা কুন্নিন, পুষ্পবান, খ্বাংলাক, মাইখুম, থবাকয়েৎ পুম্নমক মাইবীগী ফনেক, খ্বাংগী সুরোংফি, থবাকয়েৎ, মকোক খুন্নিবা পুম্নমক্কা করিন্নত্তা খেন্নদবনি। কৃষ্ণগীসু অতু-মণ্ডাই। মৈতৈগী শ্রীকৃষ্ণগী নটবরবেশকা, অসোমগী নটবরবেশকা মওং মতৌ শুকমান মান্নদে পুমতোপ তোপ্পী, তোপ তোপ্পা মৈতৈগী ওইবা আর্টকী টেকনিক্লি।

হৌজিক অমুক পুন্নপ পুম্না জগোই রাসকী শক্তম্ য়েংবদা উবদি :—

১। শৈহেক শৈদা মৈতৈগীনি।

২। পুখোক্লিবা ভাব মৈতৈদসু লৈরম্মী।

৩। শারিবা জগোই মওং লাই হরাউবসি ইহান হানবদা লাই য়াম্মা নোংপোকপু লাইগী নিংথৌ সোরারেন হাপ্পা মতমদা লাইয়াম্মা শাখিবা জগোইনি, মহুগী মতৌ তমহুনা মৈতৈ লৈবাক্তা খৃঃ মমাঙ শতাব্দী ৪ দগী লৈরক্লবনি।

৪। ফিজেৎ লৈতেং, মৈতৈগী মাইবীগী ফিজেৎ-লৈতেংদগী লৌহুনা শেমখিবনি—অহুনা পোৎলোদগী পোৎলোই হায়খ্রিবা হায়না থাজৈ।

মথক্তা অমুকন্থু পঞ্জপ্রে মহুদি টেক্নিক হায়বসে কল্লাগী পুন্সিবু মাংদনবা থম্নবদা শিজিন্নবনি হায়না, অহুনা মরম ওইরহুনা হান্নগী মৈতৈগী উমং লাই হরাউবগী টেক্নিক অহুবু অনৌবা টেক্নিক্তা পুথোক্তুনা রাস মণ্ডল শেমহুনা, ফিজেৎ চাকচা পুন্নমক অনৌবা মওং মতৌ ওই হন্দুনা "মৈতৈগী জগোই রাস" হায়বা ভারতকী অথন্নবা জগোইশিংগী মন্নুংদা ফিদা ফংলি ; মহুদি ইন্দিয়ান স্কুল ওফ ডান্সতা মরু ওইবা জগোই মওাথক লৈ :—

১। ভারতনাট্যম

২। কথাকলি

৩। মণিপুরী (মণিপুর)

৪। ওডিসি

৫। কথক

অহুবু অবাবদি হায়রিবা জগোইশিং অসিগী অফাওবা মীশক্কী মমিং পল্লকপদা, মৈতৈ জগোই (মণিপুরী) দা মৈতৈ মচাগী মমিং পন্দে, উদয় শঙ্কর, রিতা দেবী অসুম্না জেনরেল নোলেজ, করেন্ট এফিয়ারস, হুজ হুনচিংবদা ইরি। ফিভম অসিদা মৈতৈ মচানা শরুক য়াত্রিবগী মন্নমদা মিৎয়েং চঙবা দরকার লৈরিব্রা খন্দবা ওমদে।

ওসিগী মালেমদা মৈতৈ উমং লাই হরাউবদগী শেমখ্রিবা জগোই রাস অসি ভারতকী অফাওবা জগোইশিংগী মন্নুংদা চনবদা নত্তনা ওভর

সী য়োগ্রবনি। আমেরিকা, ইংলণ্ড, আফ্রিকা, রুশিয়া, জাপানচিংবা অচৌ অচৌবা লৈপাক্তা ওক্লা য়েংনগ্রবা অদুদি থাগৎনগ্রবনি। হায়-রিবা জগোই অসিমক্লা মৈতৈ জাতিবু মালেমদা মশক তাকগ্রবনি। হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা মৈতৈ জগোইনা মশক মচু থোক্লা কলাগী সংসার অসিদা মমাই পাক্লা মালেমগী মফম অমদগী অমদা চৎলি, অচৌবা সম্মান ফংলি।

মালেমদা চৎলুবশিংগী মমিং পনবা তারবদি—শ্রীথিয়াম তরুনকুমার, শ্রীরাজকুমার প্রিয়োগোপালসনা, প্রিন্সিপাল জেঃ এনঃ এমঃ ডিঃ এঃ, শ্রী রাজকুমার সিংহজিৎ ডাইরেক্টর ত্রিবেনী কলা সঙ্গম, মনিপুর জগোই মরুপকী মেম্বর ওইরিবী কুমারী সবিতা এন, মেহতা, ডান্স আর্টিস, স্কোল র ঝবেবী মচিন মনাওশিং, চারুমাথুর, ডান্স আর্টিস, ত্রিবেনী কলা সঙ্গম অসিনচিংবনি। হায়রিবা মৈতৈ জগোইবু তম্বীনবা মৈতৈ মচা কয়াবু ভারতকী মফম কয়াদা লুনা চান্না থম্লি। মখোয় অমুদিঃ— ১। রাজকুমার সিংহ চৎ সিংহ, ডাইরেক্টর ত্রিবেনী কলা সঙ্গম ২। শ্রীকে, অম্বী সিংহ, শান্তিনিকেতনগী জগোইগী গুরুনি ৩। শ্রীটি, নদিয়া সিংহ, রবিন্দ্র ভারতীগী জগোইগী গুরুনি।

মৈতৈ উমং লাই হরাউবদগী শেমখিবা জগোই রাসকী মশক-মতৌ চীংলেম্বা শাথেকপু উবদা ভাওগ্রবা, ভাওগ্রবী কয়ানা মশা মশাগী মরল মথুম মপুন্সি কখোক্তুনা মৈত্রবাক্কী ওঝা গুরুশিংগী মফমদা জগোই অসিবু তমগৎদবগী মখোয়গী কোন্নুংগুম্না পাল্লিবা বৈভব থা-দোক্তুনা লৈনগ্রবনি। মখোয়গী মমিং পনবদা মতিক চাইঃ— ১। নয়না ঝবেরী অমসুং মচিন মনাও ২। কুমারী সবিতা মেহতা ৩। আমেরিকাগী মেম মনিপুরদা থম্বাল হায়না খঙনখিবা, মহাকমক্তি মৈতৈগী ষ্টাইল অসি পামজমনগ্রহুনা থম্বাল মচুগী ফনেকময়েক নাইবা কাওবা শেত্তুনা মৈত্রবাক্তা লৈখিবীনি।

হায়রিবা উমং লাই হরাউবদগী পোকখিবা জগোই রাসকী

অঙিনয়বু লৈবাক লৈবাক্কী মীওইশিংনা থাগৎনরকখি। থাগৎ যাহৈশিংহুনা মখোয়গী থম্মোয়দা থোইদোক হেন্দোক্লা পেঙ্গবগী লুতোন শাৎপ্রবা মপাউ ঙাক্তনি। মখোয় ময়ামহুগী মরক্তগী অমা অনিদং লৌখৎপা তারবদা, বিশ্ব কবি রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরবু শিংথানবা য়াই।

সঙ্গীত শাস্ত্রদা মমিং চৎলবা বংলাগী খগেন্দ্রনাথ মিত্রনা মৈতৈগী সঙ্গীত কলাগী মগুণ অমদি তোপ তোপ্পা শৈহেক শৈদাবু উবদা অস্তুম্না মাগী কীর্ত্তন (লামায় ২৪) দা থাগৎলি :— "মৈতৈনা গৌড়ীয় ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌরবদা পুথোরকপা সঙ্কীর্ত্তনগী মওং মতৌ পুম্নমক অসি গৌ-ড়ীয় সম্প্রদায় অমদি অতৈ অতোপ্পা ভারতকী সম্প্রদায় অতৈদগী লৌবা অমত্তা য়াওদে, মুপ্পগী মৈতৈনা মগোশানা তৌরক্লবা ঙক্কনি।"

উমং লাই হরাউবদগী পোক্লকপা রাসলীলানা মালেমদা মৈতৈবু মশক তাকসিদগী ঐখোয়না পান্দম লাকপা য়াবা রাহৈ অমনা ওসিগী মালেম্না মৈতৈ জাতিবু উমংদা লৈবা (জঙ্গলী) হায়নিংলমগনি নিংঙি অহুবু উমং লাই হরাউবা অমদি মওোন্দগী পোকখিবা জগোই রাসনা মৈতৈসি উমংদগী লাইমক্লি হায়নফম থোক্লি।

অসিগুম্বা তাঙ্গা অসিদা রাকম অমত্তংদি পঙ্গনিংই. মহুদি ধরনি সংহিতাদগী লৌথোকপা রাকম :— "দূর্গা দেবীনা দ্বাপর যুগতা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নখিবা জগোই রাস উজনিংবদগী মহাদেবদা হায়জহুনা মহাদেবনা মনিপুরদা লাক্লগা চীংহুগুত্তা ত্রিশূলনা থিনগাইহুনা মনিপুর তম্পাক্তা তুংলম্বা ঈশিং চিংথরগা "লাইয়ামগা লোয়ননা জগোই রাস শান্নখি মহুবু উমং লাই হরাউবা কৌই।" হায়বা রাকম অসিনি। মহুগী নাতৈ চান্নবা শেমজিনবা ঈশৈ :— 'সিবু থোইনা হরাউবা লৈব্রা? লৈবনি ........ ....।" লৈরবদ করিনো? শ্রীরাধা কৃষ্ণগী জগোই রাসনি...... .......। রাস অহুদা আনন্তনা মণি পুরক্তুনা ইঙান ঙাননা থাউমৈগুম থানখি, মহুদগী মণিপুর কৌখিবনি.........।

অসিগুম্বা থক-থা ওন্নবা রান্নী শিংবুন অসি অরাবনি।

থাজবদা কোকচিকপা অন্ধবিশ্বাস ওইবা ৱাফমনি। অসিগুম্বা লাইরিক লাইশু অমদি ৱারী শিংবুনগী মচাক মখুমসিনা মৈতৈগী কাল্পনিক জগত অমদি কলাগী সংসারদা নোং মংহনবা নত্তনা কল্লিস্থ নত্তে। সাইন্টিফিক ওইদবা ৱাফম অসিদা মোনোপোলি লৌনিংঙকপা মীওই থল্লবা তানিং-তামাং ওন্নবা ৱাফমদা মৈতৈ জাতিগী কলা কৃষ্টিদা শুদং-য়েথংপিরক্লোই হায়নিংঙাই করি লৈবা।

মাগী মগী জাতিগী ওইবা সভ্যতা, কলা, কৃষ্টিবু অশেংবা শক্তম, অচুম্বা মতৌবু মহৈ মহৈ উংথোক্লরকপগী মতাংদা মৈতৈ জা-তিগীস্থ পুথোক্রুবদা মশক শেংনা পুথোক্লিংবদগী ঈথিন্দা মনিপুর ডান্স সেমিনার অমা ১৯৭১ ইংগী ওক্টবর তাং ২৪ দগী ৩০ ফাওবা জবা-হরলাল নেহরু ডান্স একাডেমীনা শিন্দুনা মুমিং ঙনি চুপ্পা পাঙ-থোকখি। ৱারেপ কয়ামুক তানখি মহুগী মন্নুংদা ৱাসলীলাগী মতাংদা য়ানখিবা ৱারেপতি মখাগী অসিনি:—ৱাসলীলাগী হৌরকপগী ৱাফমদা লাই হরাউবদগী চখরক্লিবা মশক অংসুং মথং মথং চখরক্লিবা বিকাশকী মশক থিঙিনবদা চিখহৌবা ওঝা গুরু কয়াবুস্থ পুথোকপা চুম্মী হান্ননা সভানা মত ফোঙদেকখি। মথোয়গী খুথেক শাথেকক্তা মান্নবা নক-শিন্নবা কন্না ডিমোস্ট্রেশন তৌবদা সভানা য়ানিংবা উংখি।

জগোইগা নকশিন্নবা মুদ্রা (ওঝাশিংগী ৱাহৈদা হস্তক) কী মতাংদা নৌংনৌনা নৈনখি। মৈতৈ জগোইদা মুদ্রাগী মাইকৈদগী পংথি খিজিনবা মীগী শাস্ত্রগা মান্নদ্রগা মান্ননবা হোৎনবগী মাইকৈদা পংচঙ চঙশিনবা চুমদ্রে হান্ননা মত ফোঙদোকপ্রবনি ....।

অসিগুম্বা তঙ্গা অসিদা ঐগী মত ওইনা হায়জনিংবা ৱাফমদি, অসিগুম্বা মৈতৈগী হান্নগী ঈপা ইপুদগী লাক্লিবা সঙ্গীত কলাগী য়ুম্ফম হায়বদি উমং লাই হরাউবদগী শেমখিবা জগোই রাস অমদি মসিদা শাক্লিবা ঈশৈগী শৈহেক শৈদাবু বিদেশী সঙ্গীত শাস্ত্রদগী লৌবনি হায়-নিংবদগী থোয়ক্তনা মৈতৈগী চৎনরক্লিবা শৈহেক শৈদাগা মরি কন্দা য়দা

লৈরিবগে হায়বছু য়েংনিংলকই।

থাইনগী ওঝাশিংনা তৌরম্মীবা বাংলা কীর্ত্তনদগী লৌথোকপা বাংলা লোনগী ঈশৈ ময়েকপু শকপা মতমদা বাংলা কীর্ত্তনগী শৈদাদা শরুমদে মছুদি মখাগীদা মিংয়েং তাবিয়ু ঃ—

চেক্লা পাইখরবনা পোম্বী হজিল্লকপদা
চেক্লাগী কায়দোংকম খঙদবনা পোম্বী কঙাগুনরেদো
ইন্দিবর ফুলজিনি কানুর কুসুমাবলী
শ্যাম নব জল ধর নটবর বেশ ॥
হোই ২ হাঃ ৩ হো হোই হাঃ ৩
হেরিলো হেরিলা ..... .......... ।
জয় জগদীশ হরে
আই জয় জগদীশ হরে............ ।

ঈশৈগী শৈহেক শৈদাদসু অছু মঙাই রাগ হৈবদগী (শৈহৈ ভংবা) মতাংদসু মৈতৈগী থিজিল্লগা চান্নবা য়েংহনিংঙি। সুর ছন্দগী মতাংদা মৈতৈগী—হেপ্লি পাবোৎ, শিকপলোন, লৈমরেল সুর, কালেন শৈঙ্গিং, পাম্মোইবী সুর, হেপলি থাংয়ৈ, জাৎ শৈশক মরি লৈনবা করিনো থিরগা হৌজিক লৈরিবা মীরৈবাকী ধ্যানসি, তুরী, মল্লারনচিংবা মমিংদগী হোংদোক্লনা শিজিন্নবা মতম চারে খল্লি।

মৈতৈগী উমং লাই হরাউবদগী লেথোকপা ভগোই রাসকী মোং-হাদবা, খেংজদবা মতৌ আইডিয়াবু অসুম্না চাংদম্নবসি য়েংবিয়ু পরুবরা হান্নবা ঃ—

নাসাগ্রস্তস্তর মবধুত বিচেরীতং
যুগমাত্রেক্ষিত গতিজ্ঞানমুদ্রাপ্রদর্শনম্ ॥
(ভক্তিরসামৃতসিন্ধু)

চিন্না ঈশৈ শকই, খোঙদা তাল থমগনি, নাতোন নাকটি ওইরপ উন্না খুত্তা মিং থমগনি। খুৎকা মিংকা থানদে, খুৎ হাংবা নেম্বা

মতুংইন্না মিংকা লোইননা ওক য়াওগনি । অস্থুন্না মৈতৈগী মীংগা নাতৈ চান্নবদি থিদনা মীরৈবাকী শাস্ত্রশিংগা নাতৈ চান-চানবা মরাম থিগত্তুনা মৈতৈগী উমং লাই হরাউবদগী পোকখিবা মৈতৈদগী টেক্নিক মৈতৈদগী আইডিয়া, মৈতৈদগী থিম্বু মশক মচু ওন্নবা লাক্লরিবসিগী তেকচাক লাক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে, অত্থুগা লোয়ননা মৈতৈ কলাগী জগত্তা মকু চঙলকনি খঞ্জে ।

অসিদসু নত্তনা জগোই রাস কৎপদা হেঞ্জিন্না, ইজ্জৎ তান্নরিব-বনিবু হায়গদ্রা তৌবা ওস্বা মতিক উৎনবনিবু হায়গদ্রা, চুম্নগী মৈতৈদা হান্নদগী চৎনরক্লবা ক্ষি-রোল থাবদগী হেন্দোক্তুনা নোট পরেং লেংহ্নুনা কৃষ্ণ শাবা, খোয়ানী শাবী, মকোকচিংবী, চামর হুখ্বীনাচিংবদা থাবগী মওং অসে ইফোং কোংনা কলাগী জগত্তা করপশন তৌরকপনি অমসুং পরমপরাগী চৎনবীদা শীংনবনি হায়না লৌজনিংই ।

অরোইবদা হায়জনিংবদি, অসিগুবা মৈতৈ জাতিগী সভ্যতা, সংস্কৃতি, সমাজগী মশক খুৎশা হৈবগী মশক তাক্লিবা উমং লাই হরাউবা হায়বসিবু মপুং মরৈ ফাবগী মথক্তা, ফাননবা ফজবগী মথক্তা ফজনবা হোৎনবা চুম্মী । হৌজিক্কী মতমদা মৈতৈ নিংথৌগী রাজ শক্তিবু লৌ-খোকপগা লোইননা মৈতৈগী কষ্টম অমদি ট্রেডিশনবু মাওদনবা, থম্নবা মায়কৈদা লৈবাকী ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা থবাই হকচাং য়াওনা হোৎনবিয়ু হায়বসিনি । খুরুমজরি

---

# থাওগী হৌরকফম অমসুং চাওখৎলকপা

অইবা :— শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ
"মাইচৌ" "গবেষনা-ভুষন" পণ্ডিত।
ফেলো (MSKA)

থাও হায়বসি ঐখোয়না নিংশিংবদা লাম্বা কংত্রবা আঃ মমাংঙৈদগী হৌনা শীজিন্নরক্লে। মসি ঐখোয়দা নত্তনা পৃথিবীদা লৈবা জাতি অরাম্বনমু শীজিন্নৈ। রামায়ন, মহাভারতকী মতমদসু থাও শীজিন্নবগী খা থেংনৈ।

থাওবু মৈতৈলোন অম্রিবদা কচেং, কজেং, ত.াবু তিমেন, চুঙবু মরোং কৌই। "মদাইরেম পোইরৈ অথৌ লিচা হেপ্পা পুন্নামাসুং লাইরেল মরোং চুঙকুখোন কচেং থাওয়ান খোনগীবু শেনবী মনোং মৈখু শোং-কিদনা লাংগোই শাথৌখোই, তিমেন নমহুন্ননা হুয়েল লাল শোক্লরে।"

(শমশোক ওম্বা)

হৌজিক ঐখোয়না লৈরিবা লম মনিপুর অসিদা লৈরম্বা অমসুং লৈরিবা মীশিং চাওরাক্লা কাঙলুপ ৭ থোক্লা খায়দোকপা য়'ই। কাঙলুপ অমমমবু য়েক নত্রগা শলাই হায়না খঙনৈ। মখোয় অহুদি :— (১) অঙোম (২) নিংথৌজা (৩) ঙানবা (৪) খুমন (৫) লুয়াং (৬) মোইরাং অমসুং (৭) শরাং লৈশাংথেম। হায়রিবা য়েক শলাইশিং অসিগী মখোয়গী তোপ তোপ্পা থাও লৈ। মহুদিঃ—

১। অঙোম শলাইগী থাও :— পুকক থাও।

২। নিংথৌজা শলাইগী থাও :— চকথাও।

৩। ঙানবা শলাইগী থাও :— লাইথাও চিনাইবা।

৪। খুমন শলাইগী থাও :— তোনককপা।

৫। লুয়াং শলাইগী থাও :— তোন্দুম্বা।

৬। মোইরাং শলাইগী থাঙ :— য়েনবা মকোক শাবা।
৭। শরাং লৈশাংথেমগী থাঙ :— খুম্হোং থাঙ।

(শলাই থৌনিরোল)

হায়রিবা শলাইশিংগী থাঙ অসিদা নত্তনা তোঙান তোঙানবা মওং মতৌ অমসুং মমিং মখল মখা কয়ামরুমগী থাঙ লম অসিদা শীজিন্নরম্বা অমসুং শীজিন্নবা থেংনৈ। মহুদি—কবাক থাঙ, থাঙ কাইরেম্বা (মওংদি কবাক থাঙ তেমশাবা), তরুং থাঙ মওং উপাংবা মনা মানবা) তোফাং থাঙ (মওং লৈখাম মান্না তোনকপা), শাইরেম থাঙ, (মওং পেঙবা মান্না তোন কোনবা), থাঙজো, চৈশু থাঙ, হৈজ্রাং, শংগাই, খুজিম্থাঙ, য়েম্থাঙ, তেন্দোং থাঙ (মখোক শাংবা মীগী মঙক ককপদা শীজিন্নরম্বা থাঙ মখল অমা) অসিনচিংবা।

মৈতৈগী লাশারক ঙরিবদা থেংনবা থরাঃ—

১। তিন শিদবা চাকশো মপীগুম্না মুমিং খুদিং শৌদুনা শেরকপা মহাক মথম্না ইনখায়রবগা পোকখিবা ময়ানা শীঙজঙ য়োং ওইখি। মমিংদি চাখাবা কৌয়ে। চাখাবনা অরোক অরাই পোকএ। অরোক অরাইনা ঙাইতো ঙম্বা পোকএ। ঙাইতো ঙম্বা লেংমন ময়াংদী সল্লারুদা চঙদুনা শিরে। মনাক অশাংবনা থাঙশাং কবাকথাঙ ওইখি। মমিংদি হায় কুপকেং ফিরোক থাঙ কৌএ। নাকমু মোইকাইতোম্না থাঙশাং ময়িবা ওইখি। মমিংদি মপা থাঙ কোংয়িপা কৌএ। তিন শিদবগী মমৈম তেম শাবনে, কবো লৈতেং মানবী মওংনে। পাম্বোম য়েংনা তরুং থাঙ ওইখি। চকোংনা থাঙচো ওইখি। শেংচোম্না থাঙ কোইরেমপা ওইখি। চাংচো খুৎকাং তোম্না শীংতুম শংকাই ওইখি। মুপুংনা থাঙসু তা ওইখি। তিন শিদগী মমুৎকম্না কেনতিন ওইখি। নয়ুংপংনা মাহুন ওইখি।

২। তিন শিদবা হারবা অসি কনানো হায়না এখোয়না লাইরিক লাইৎ অতৌবা নৈনবদা তিন শিদবা হারবসি শথকখুনি। "লাকংবা

নাওয়োম'' হায়বা লাইরিক অহুদা অসুম্না ইরি। মহুদি—পাখংবনা মুমিংকী মপুক মনুংদা হুনজিনখ্রে, সনা কাগোক মনুংদা তিন শিদবা লৈরে।

ফেস্তিনঃ—উশুবগী থুংলাই মখল অমনি। মসি হি শাবন-চিংবদা শিজিন্নে। "হিজন হিরাউ" দা অসুম্না ইরি :—কৌবা ঈরোক লাইচম লান, চীংশা নাপোম শমনা, মুংবান মমুননাক্তা রাইথুংলরবদা ইয়ু লুংবান হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা হাওপি ঙমগা চিংনা হাঙমৈ কানফক লো, ফেস্তিন নাকলৌ শিন, হিংঙোন নাকলৌ শিন, জমেন চিঙাই খোম "নাহুন—তোক মানবা উশুবগী থুংলাই জাং অমনি। পুং অচৌবনচিংবা শাবদা পুংমরু (পুংগী ফ্রেম) ওইগদৌরিবা উ অহু ময়াইদা মমুংইল্লা হুত্তোকপনচিংবদা শিজিন্নে।

পাখংবনা থাঙগী মপু ওইবগী রা ঐখোয়না লৈশেমলোন্দা নোংখোং কোয়বগী মতাংদা "পুদিন" কৌবা লাইরিক্তসু থেংনৈ। মহুদিঃ—নোংলাংলেন অখুবনা হায়এ। অতিয়া শিদবা-ও অশিবা-ও, কো-জিন তুখোকপা-ও নখোয় অহুম্না নোংথৌ মখোঙ কোয়না-ও। হান্না থুংলবনা লৈথাকী মপু ওইও হায়। অতিয়া শিদবনে, অসিবনে অনি-মদি নোংখৌ মখোঙ কোয়খিএ। কোজিন তিংথে কপদি লৈহোরে। গুরুনা অতোনবা নঙসু চৎও। অতোনবনা খুমএ। ঐদি গুরুগী ফানখোংহুম মকোয়গে, নোংথৌ মখোঙ লৈতে হায়হুনা গুরুগী ফান-খোংবু ৭ লক হুন্না কোয়হুনা গুরুবু খুরুমহুনা ফমলে। গুরুনা হায়। অতোনবা মংনা ঐগী ইতিক অচৌববু করম থংবনো, ইপা অরিবনে হায়হুনা পাখং য়োইরেনবা কৌএ। অসাইগী নোংথৌ মখোঙ কোই-খিবা অনিমক্তং থুংলরে। অতোনবদি থুংঙমবোই হায়। গুরুনা ননাওদি হান্না থুংঙমলে। লৈপাক মপুদি মানে হায়হুনা হান্নরে। অহুদগী লোয়রেন কৌএ। অহুদগী খিংক্রু চীংঙ্গা কারকলে। গুরুনা মকয় অমদা ফমলগদা হায়। অহনবা নঙদি ইপাগীদা ফমল-ও

হায়না অতিম্না সিদববু ফমহল্লে। য়ায়মবা নণ্ডদি লাইগী ফমদা ফমলা-ও হায়হুনা ফমহল্লে। অতোনবা নংদি নয়াম্বা অনিবু খুরুমও হায়হুনা খুরুমহল্লে। অপানবা নণ্ডদি থেংক্রু চীং মতোন্দা ফমও হায়হুনা ফম-হল্লে। গুরু শিদবনা হায় হে ভিক্তি নবীণ্ডানা ননাওবু খুরুমও হায়ববু অনিমক অনিরক হায়বদি য়াদে। অহুমলক হায়বদা খুরুমলে। অনিমক্কী মপুক্তদি অপাম্ববু থওইদে। গুরুনা খংলহুনা মবীণ্ডা কীনবা লৈপাকস্তু শূহল্লে। মমিং লৈরুলেন কৌএ। নোংথোস্থ স্থহল্লে মমিং নোংলুলেন কৌএ। মুমিৎস্তুং শুরে। মমিং মিয়ুংপাই কৌএ। খাস্তু শুরে মমিং খায়ুংপাই কৌএ। স্থক য়াইস্থং শুরে মমিং শুবা মরু কৌএ। থৌরি কোন-গোই শুরে কোন্দাইরেল কৌএ। থাণ্ডস্তং শুরে মমিং মিচুং মিরাকথাণ্ড কৌএ। কুফেৎ হায় ফিরাক থাণ্ড কৌএ। চিরংলেন কিংনাইবস্থং কৌএ।

অস্থম ত্তৌনা কোজিন তুথোকপা হায়বদি পাখংবনা থাণ্ড শি-জিন্নখিবগী রা পুন্দিদা ইরি।

"থেঙ্গৌ শ বদস্থ" থাণ্ড নণ্ডগী নমিংদি তুবী চিরোং হাঙ্গনাইবা থাণ্ড ককলেন য়াশাবা কৌএ" হায়না হায় অহুনা থাণ্ড অসিগী হৌরক-ফম অসি পাখংবগী খুৎলাইনি। কোজিন তুথোকপা, কোজিন তিং-থোকপা, পাখংবা, অপানবা।

নহান নোং হয়িঙৈদা কোরৌ নোংবু খোনবা চন্থ, মালেম লৈবু লুম্বা চন্থনা কোরৌ মুমিৎমদা মপারী ৫ শাৎলে। মপারী হান্না শাৎপা অমদি থাণ্ডইকুম চিৎশাৎনা লোইমোমকুম পোমকংনরবদি মালেম লৈদা কুমনা লৈশৌ থেমিণ্ডপু ওইনা শাইওনখিয়ে। থাণ্ডই অহোণ্ডবী লোই-মোম অচৌবীগী হৈনা মতুংইন্না লোইমোম মোরসি মণ্ডতংবীবু ওইনা শালওনখিএ। কোন্না শাৎপা অমদি য়েরুমগুম পোংকংনৈয়ে। কোরৌ নোংদা কানা রাংবল মুমিৎতাংবু ওইনা শালওনখিএ। মপারী কোন্না শাৎপা অমদি হুপমল হামনবনা থৌমল কামনবগী থোংনাং সোরালুদা চংনা নোংমল্লে। মাগী য়াবেল খোংজিতোননা লিকোন শায়া মানববু

ওইনা শালওনখিএ। থিকলেন মথান্থংনা মোইবুং ভানোই মানববু ওইনা শালওনখিএ। নাকলু মোইকাইতোননা থাওশাং মমি মাইবা ওইনা শালওনখিএ। তাংজা মাইকাইতোননা লকু খানবা 'পুকমলৈ য়োইবু থাকটিং লৈমা মোংশা ভম্বী মচু নিংথৌ অঙৌবা লাংগোই নাকথং তাইথোংলৈ অঙৌবা চকপী লাস্পম তোলোই লৈবু ওইবা লৈবু শাল-ওনখিএ। (হুমিৎ কাম্মা)।

মৈতৈগী লাইশিংনা শিজিন্নরম্বা মাগী মাগী থাও তোপ তোপ্পা লৈরমই। মাহুদি থাংজিংগী থাওদি তেম শাবনি। অপানবগী থাওদি পুককপনে। শুরুগী থাওদি তরুং থাওগা, ময়িবকা, কবাকথাও তেমশাবগা অহুমনে। লৈমরেন শিদবীগী থাওদি হৈজ্রাংগা, মুংশাম্বগা, নাওকন থাওগা, য়েনথাওগা থাও ৪ অসিনি। থবারেনগী থাওদি থাওজেনি। মার্জিংগী থাওদি চৈও থাওনি। কৌব্রুগী থাওদি কোইরেম্বনি। অশি-বগী থাওদি কায়রেম্বগা, লুকপ থাওগা অনিনি। অতিয়াগী থাওদি চপথাওনি। (থাওলোন থাওচৎ পুয়া)।

খমলাংবা "খুনশুমলোন" দা 'খমলাংবনা থাও শাব', য়োং মুবগী মরমদা ইরি। —মথৌগী মরম অমদি য়েঙানা 'চেংলৈ পানহুনা (১) কুরুম্বনে (২) থিবায়োই থৌদ্বীনে (৩) য়ুচেং লৈমনে মচা অহুম পোকই। কুরুম্বনা ফাতিবী পান্নহুনা তেকতেক থাওশাবা কচেং য়োং শুংবা পোকই। মানা ইখাইদগী নিংথমমা থোংনাং থুনখিবা পোইরৈ খুনতারৈ হায়বগী খমলাংবা হায়না কৌখি।

মুংশম্বাঃ—য়োইমোংবা তাওথিংমাং মচিন মনাও অনিনা ককয়েল মিওম্বা নামু পোংচেনবা ফানবা তাইবং পানবা মপুগা লৈমরেলগা অনিদা খুরুমজবদা লৈমরেলনা মচিন মনাও অনিদা থাও মুংশম্বা পীবিখি।

'মমাংঙৈদা লম অসিদা পান্নম্বা নিংথৌশিংনা মশা মশানা 'শি-জিন্নবা' মশক মমিং নাইবা থাও শানরমই। কনা কনাগুম্বা নিংথৌনা

ফম্বাল থাওদা শারম্বস্থ য়াওই। মৈতৈ নিংথৌশিংনা শিজিন্নরম্বা থাও খরগী মিং:—

মৈদিংঙু নাওফংবগী (খৃষ্ট ৫১৮—৫৬৮) থাওগী মমিং কপস্রুলেং কৌই।

মৈদিংঙু শমৈলাংগী (খৃ: ৫১৮—৫৬৮) থাওদি অনিনি:— (১) থোমলেন তোংবা (২) মিতেংতুপ কৌই।

নিংথৌ ইরেংবগী—(খৃ: ৯৮৪-১০৭৪) থাওদি ১০নি। (১) মুংমা ত্রেংবা (২) খুমবোম্পা (৩) চিন্নাইবা (৪) কনলেন থাও অসিন-চিংবনি।

মৈদিংঙু চর.ইরোংবগী থাওদি ৭নি। মমিংদি:—(১) খুম্বোম্বা (২) পুকনবা ( মওংদি চেক্লাওবীগী মওং মানবনি ) অসিনচিংবনি। (নিংথৌরোলগী থাও)।

থাও হায়বসি অয়াম্বা মতমদা থোইদোক্লা শা-লালদা শিজিন্নদবা য়াদবা খুৎলাইনি। মসি লান্দা থোংমী অমম্বং শগোল তোংবা লাম্বীনম্বু শিজিন্নৈ। শগোল তোংলগা থাও হাইনবা অসি য়াম্না চৎনরমই। খুদমদি—খৃ: ১৫৩৬ খৃ: ১৬১৪ ল্যাইনিংথৌ খাগেম্বনা, খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২ ক্যাং লৈবাক্তগী শগোল অঙৌবা তোংহুনা শমপোক থাও য়েনরকএ। লান য়াম্না ফায়। (চৈথারোল কুম্বাবা)।

মৈতৈনা য়াম্না কুইনা মনিং মখা তম্বা জাতি অমা ওইনা লৈরক-পসি থাও অমম্বং তা শিজিন্নবা হৈবগী মপাম্ননি। মনিপুরদা থাও তম্বীবা ওজা কয়া লৈরমই। অহুগা লৈনরি। ওজাশিং অসিগী থাওফম অসি মান্নবা মান্নদবা য়াওই। মহারাজ স্যার চন্দ্রকীর্তিগী সনা হাক্তক্তা মনিপুরদগী থাও তম্নুনবা মনিপুরগী বাংমদা থাহনা মশক নাইবা মী খরা তমহনলুবগী বারী ঐথোম্ননা তাবা ফংই। হৌজিক থাও তম্বদা ওবা খরনা থাওগী থাওয়ান্নচিংবগী মিং হায়বদা মৈতৈরোল নত্তবা বাহৈ শিজিন্নবা য়াওই।

থাও অসি চাওরাক্লা অনি থোক্লা খাইদোকপা য়াই মচুদি লৈতেং থাও অমসুং য়াম্নবা। মী ময়াম্না য়েংবদা ফজনবা মশা য়োমনা ফর্জনা ফিবম তানা থোংফম চত্তুনা থাও অনি পাইতুনা নত্রগা থাও চুঙ্গোই পায়তুনা হাইবা অতুবু লৈতেং থাও হায়না খঙনৈ। থাও হাইবদা খুজেং নৌদবা য়াদে। অতুনা খুজেং নৌনবা খুজেং লৈবী, মৈবুল হাইবা অহুম অসিগী মমুংদা অমদি নিংথিনা শাম্নদবা য়াদে। লৈতেং থাও হাইবদা হাইরিবা থাও অনি অতু থেঙনতুনা কেক লাওবা মখোল থোক্লবদি মতু থাওহাই শোয়রবনি হায়না লৌনৈ। লৈতেং থ ঙদি শিজিন্নবা থাওফম থরদি থোংফম চত্তুনা থাও অনি পায়তুনা য়েংথাও ওইথাও হাইবা, খুজেং লৈতুনা খোংফম অহুম ফুঙ্গা মুংতুম শাবদা নত্রগা থা মচেৎ শাবদা মশা য়োমনা হাইবা থাও খাওন থাও অনি নাকন য়েপ্তুনা লৈপাক্তা লৈমাইদা থরো থরো ওনবা থাও অনি মত্রগা থাও চুঙ্গোই পায়রগা মাংলোমদা ওনবা, লৈবা চোংবা শগোল খোংচত্তা চোংবা। কোইনা লৈনা লৈনা চত্তুনা হাইবা অসিনচিংবা শিঙিনৈ।

থাও চুঙ্গোই শিজিন্নবদা য়েং থংবা খুৎনা থাও, ওই থংবা খুৎনা চুঙ্গোই পায়। অয়াম্বা মতমদা চুঙ্গোইদি থম্মোই মপাদা থমই। অতুগুদি ওইরগা চুঙ্গোই অতু মতম পুম্নমক্তা থবাক মপাদদা থমগদবা নত্তে। চুঙ্গোই অমদি চুঙহায়বদি য়েক্লবনা য়ানলকপা, থিল্লকপা, ফুরকপদা হকচাং শোক্তনবা ইশা ঙাকথোকপদা শিঙিনৈ।

থাও য়াম্নবা হায়বসি অমগা অমগা লম্বা পানবদা অমনা অমবু ঙম্নবা লম্বা পারিবা মীতুগী মশাদা শোকহননবা ঐগী ইশাদনা শুকশোক শোকহন্দনবা হোৎনগদবনি। অতুনা মীনা য়াল্লকপদা য়ালক য়ালকইবা থাওয়ান লাম্বা পারিবা মীতুনা চৎলিবা খোংথাং, খোংফম, ফিরেপ অতু মুন্না য়েংলগা ঙাক্লবা হকচাং শেম্নবা হোৎনগদবনি। মফম মতম, তাঙ্গা তাঙ্গাগী মতুংইন্না চংশিনবা, হন্দোকপা, চোংশিনবা, চোংথোকপা তৌগনি।

ফিবম ফিরেপঃ—মতম পূন্নমক্তা ফিবম চেংনা লৈননবা হোং-নগদবনি। মীভোন্দা য়ানবা, ফ্রুবা মতমদস্থ, কনবা ভাকপদস্থ মাগী মাগী ফিবম অমস্থং ফিরেপ তানবা হোংনগদবনি। ফিবম ফিরেপ চানা য়াল্লবদি শোইদনা পানগনি। ভাকপদস্থ ফিরেপ চানা ভাক্লবদি য়াল্লকইবা থাঙ অছু ভাকপদা নত্তনা য়াল্লকইবা মী অছু শোকহনবস্থ য়াই। অছুনা থাঙকম শুক্লিংমকী থাঙয়ান লৈগদবা লেপকদবা ফিরেপ মিছুনা মুন্না তমগদবনি। ফিবম নিংথিনা হাকা তমরবদি ময়োল কনা হৈছনস্থ য়েক্নবগা থেংনরকপা মাইয়োক্লবা মতমদা মানা নিংবা মতুংইন্না মনারবস্থ শোকহনবা, মীগী থাঙ কাবা ভাকপনজিংবা তমলোই অছুনা অক্লানবদা ফিবম চেংনবা হায়া তমগদবনি।

ফিরেপঃ—খুকউ থেকচিন্দুনা মাং থংবা খোঙ কোল্লপ তৌরগা তুং থংবা খোঙ কেলৈননা তিংমা তুংদা ভাকলো ওইনা লৈহন্দুনা লেপকনি। মাং থংবা খোঙ কোল্লপ লৈবা হায়বসি খুকউগা খোঙগী খুদোলদা চপতিংনা লিতিং অমত্তদা লৈহনগদবনি। মাং থংবা খোঙগা তুং থংবা খোঙগা খুছপ অমা লাপহনগনি। মাং থংলিবা খোঙগী খুনিংগা তুং থংবা খোঙগী খুমিংকা লিতিং অমত্তদা তাহনগনি। খোঙ-বীদি লৈপাক্লা নমথরপ তৌগনি। মাং থ.রিবা খোঙ অছুদা হক-চাংগী অরুবা পীগনি।

---

# অরিবা খুৎহৈ, চে-চাং লিদুনা থম্মগী পাম্বৈ

অইবা :—এল, অশোক কুমার সিংহ
আর্কাইভিষ্ট (MSKA)

পৃথিবী অসিদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা মীওই কাংলুপশিংনা চাওখৎ লমজেল নোংম নোংমগী অরেপ্পা লৈতনা তাম্মরি। মীওইবা জাতিনা থাদা কাওবা চত্তুনা রিসর্চ কয়ামকম তৌহুনা অনৌ-অনৌবা মখলগী চাংযেং কয়ামকম পুথোক্তুনা থাগী লৈমায়দা করি করি লৈবগে হায়বা ফাওবা খঙবা ঙমলে। অসি য়ৌনা চাওখৎলবা ঙসিগী মীওইবনা চহি চা কয়াগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক বাথোক, চৎনপথাপ শিজিন্নরগা খুৎশু-খুৎলাই, শেৎলম চারম্বা ফি-রোল, শিজিন্নরম্বা লৈতেং কয়া অহু তোকথোক্তুনা অঙনবা অহোংবা কয়ামরুমনা লমজিং ওইহুনা মহৌশাগী লৈরম্বা চৎনরম্বা, শিজিন্নরম্বা কয়া অহু লোইনা তোক্লখ্রে। মতমগী মতুংইন্না অঙনবা অহোংবা কয়ামরুম লাকপা হায়বাসিদি কনানসু থিংবা ঙমদে—ঙমকমসু থোক্তে।

মীওইবগী বাখল লৌশিংনা নোংম নোংমগী হেন্না হেন্না অবাংবা বাখল থনবা হেৎলকপগা লোয়ননা অনৌ অনৌবা মখলগী অঙনবা অহোংবা কয়ামকমসু নোংম নোংমগী অরেপ্পা লৈতনা থনবা হেনঙৎলকই, হেনগৎফমসু থোকই। চহি চা কয়াগী মমাংদা লৈরম্বা মুমলৈকৈরৈ, নাৎ অমসুং থোকখিবা থৌদোক বাথোক কয়াবু মীওইবগী বাখলনা মতম পুন্নমক্তা অসুম নিংশিংহুনা লৈবা থক ঙমদে। অহুগা মীওইবদি মতম খরা লৈরম্মগা শিখি। মাংলমচত্তা ঐথোপ্পগী ইপা ইপুশিংনা করি করি তৌরম্বা অমসুং করি চৎনরমগে হায়বসি থিরকপা মতমদা শিজিন্নরম্বা খুৎশু-খুৎলাই, থাঙ-তা, লিরবা খুৎইগী লাইরিকশিং অমসুং লিরবা পুয়াশিং, য়োত্তা হরুম্বা অমসুং ইরম্বশিং তোঙান

তোঙানবা নিংথৌশিংগী হাকুক্তা চৎনরম্বা শেল ময়েকশিং, মুংদা হরুম্বা অমসুং ইরম্‌শিং, অনম্বা ফোটো অমসুং য়েক্লম্বা লাইশিং, ম্রোক নত্রগা শিলশিং লোয়শঙশিংদা শিজিন্নরম্বা রেকোর্ডশিং, ফাইলশিং অমসুং ডোকুমেন্টশিং অসিগী মতেং য়াম্না চংই।

মহারানী নত্রগা মহারাজশিং অমসুং অঙম অথৌশিংনা শেৎলম্বা ফিরোলশিং, শিজিন্নরম্বা লৈতেংশিং অসিনচিংবা কয়া অসিগী মতেং নত্তনদি অতৈ অতোপ্পা উপায় অমনা মাঙলমচৎকী থোদোক কাথোক কয়াবু ময়েক শেংনা থঙবা হায়বসি ওইথোক্কে। অসিগুম্বা জাতিগী তুংগী লল ওইহৌগদৌরিবা মমল য়াম্লবা লিববা পোৎশিং অসিবু মাংহন্দনা থম্বা হায়বসি তুংদা লাকদৌরিবা অমসুং লৈহৌগদৌরিবা মীরোলশিং-গীদমক্তা য়াম্না মরুওইবা তঙাই ফদনা তোদবা য়াত্রবা থবক অমনি। পৃথিবী অসিগী জাতি খুদিংমক্তা অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা ললশিং অসিবু মতম কুইনা মাংহন্দনা থম্লবা পাম্বে কয়ামরুম শিজিন্নতুনা তোঙান তোঙানবা লোয়শঙশিং মরুওইবা আর্কাইভস, আরকিয়োলোজি অমসুং ম্যুজিয়ম হায়না মমং থোন্দুনা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা হিরমশিং অসিদা থবক পায়খত্তুনা লিরবা পোৎশিংবু মাংহন্দনা থিজিন্দুনা থম্লরি।

ইউরোপ, আমেরিকা, রুশিয়া, চাইনা, জাপান, ইংলেণ্ড, জর্মন, ফ্রান্সনচিংবা চাওখৎলবা লৈবাক অসিদা চহি লিশিং অনিগী মমাংদা শীজিন্নরম্বা লিরবা পোৎ-চৈ কয়া খোমজিন্দুনা থম্মী। মতৌ অমুম্না মনিপুরদসু হায়বিবা লোয়শঙশিং অসি মতম খরগী মমাংদা হাঙদোক্লুনা অরিবা পোৎশিং অসি থিজিন্নবগী থবক কয়া পায়খৎপা হৌরে। মনিপুরদা ললাই ম্যুজিয়ম কয়া লিংখত্তুনা লিরবা পোৎ-চৈশিংবু থিজিন্দুনা থম্নবসু য়াওরে। মরুওইনা মনিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মদা মখল মখলগী অরিবা পোৎ-চৈ কয়ামরুম খোমজিন্দুনা তুং কোয়না মাংহন্দনা থম্নবা থবক কয়া পায়খৎলি। ললাই ম্যুজিয়মদা, কৈশামপাত্তা লৈরা মুতুবা ম্যুজিয়ম অমসুং ককচিংদা লৈরিবা পিপল ম্যুজিয়মসু

লিয়বা কলচরগী মরি লৈনবা পোৎ-চৈ করা খোমজিন্দুনা থম্বা হৌরে। মোইরাংদা লৈরিবা আই, এন, এ, ম্যুজিয়মদস্থু লেকেংগু [illegible] [illegible] ব্রিটিশ অমস্থং জাপানগা লোয়নথিবা লালগী ফোটো করা নোংমৈ; খুৎগু-খুৎলাই কয়ামরুম মাংহম-তাহন্দনা থিজিন্দুনা নিংথিনা থম্নি। মনিপা তুংগী মীরোলদা অস্থুরী মতিক কাম্বা পীবা ওমগনি।

শোক ১৯৭৮দা লিংখৎথিবা মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী আর্কাইভস অসিনা মনিপুরগী লিয়বা কলচর, সাহিত্য, ললিত কলা, জগোই ঈশৈ, লীলামচিংবা কয়াবু থিগৎপগী থবক্তা অচৌবা থৌদাং য়াহ্না থবক করা পায়খৎলি। মাংজমচক্তা ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা চংনরবা লাইরিক লাইগু করা খোমজিন্দুনা প্রিজার্ভ তৌহ্না থম্নি। মনিপুর ষ্টেট আর্কাইভস অসি শোক ১৯৮১ ইংদা লিংখৎথি, আর্কাইভস অসিদা মরুওইনা মনিপুর সরকারগী লোয়শঙশিংদা শিজিন্নরিবা নন কয়েন্ট ওইরবা ফাইলশিং ডোকুমেন্টশিংবু মাংহন-তাহনবা থোকহন্দনা মতম কুইনা লৈহৌনবগীদমক প্রিজার্ভ তৌহ্না থম্বগী থবক কয়ামরুম পায়খৎলি। আর্কাইভস আরকিয়োলোজি, লাইব্রেরী, ম্যুজিয়ম হায়রিবা সংস্থানশিং অসি লিয়বা পোৎ-চৈ, লাইরিক লাইগু, খুৎগু খুৎলাই থম্নবা মরম তাক্তনি। অদুবু মাগী মাগী মথৌদি অমমম ওইনা তোঙানদি। লিয়বা পোৎ-চৈ, লাইরিক লাইগু অমস্থং রেকোর্ডশিংবু ফুং কোইনা মাংহন্দনা তোঙান তোঙানবা উপায় কয়ামকম শিজিন্নহ্না থম্বা য়াই।

রিপ্রোগ্রাফিগী মতেংনা লিয়বা চে চাং কয়াবু মাংহন্দনা থম্বদা কায়বাক—রিপ্রোগ্রাফি হায়বা য়াহৈ অসিগী মথৌ অসি কলি মলৌং য়াম্না, হায়রগী মপাগী মওং [illegible] কায়হন্দনা মমথোকপগী [illegible] ওইবা পাথেং অমনি। [illegible] অসি পাযথোকপদা [illegible] অমস্থং মাইক্রোফিল্ম কৌবা মেচিন অনি [illegible] মখেলা পায়থোকলি। মাইক্রোফিল্ম [illegible] ডোপ [illegible] [illegible] [illegible] ফোটোগ্রাফিনি।

মসি মস্তানগী মতেংনা পৌরিবা ফোটোগ্রাফ মখল অসিগা মায়ে। অদুমদি ওইরগা মাইক্রোফিল্মনা পৌরিবা ফোটোশিং অসি চুম্নগী মীওইবগী মিৎনা উবদ যানা থোকই। মাইক্রোফিল্ম রিদব মেচিনগী মতেংনা অনম্বশিং অদু পাবা ঙম্মী। মাইক্রোফিল্ম অসিবু মাইক্রো ফোটোগ্রাফি হায়-বগ সু থংনৈ। অথাবা অচৌবা লাইব্রিকশিং য়ায়া চাওবা রেকোর্ড-শিংগী অচৌ অচৌবা ভোলুম অমুক হন্না থুংনা ইবদা নত্রগা টাইপ তৌবদা মতম য়াম্না চংগদবদগী মাইক্রোফিল্মগী মতেংনা ১৬ মিলিমিটর অমসুং ৩৫ মিলিমিটরগী ফিল্ম হাপ্পিল্লগা য়াম্না থুনা ফিল্মগী মতোগুম রেকোর্ডশিং অমসুং লাইব্রিকশিং অদুবু নমথোকপা য়াই। মসিনা রেকোর্ডশিং অদুবু থম্বদা মতম কুইনা অমাং-অতা থোকপদগী ঙাক-থোকপদা নংনা থমকমগী মাইবৈদসু অমুকী মতিক য়াম্না ইকোনোমি ওইহল্লি। অদুতসু নওনা অথু-অকাইসু নংহল্লি। মাইক্রোফিল্মনা কদায় ফাওবা কায়বগে হায়ববদা স্কায় ইঞ্চ লিশিং কয়া শাংবা কপি কয়াবু স্কায় ইঞ্চ অমদা মশাগী হান্নগী মওং অদু শুংকায় কায়হন্দনা নম-থোকপা ঙম্মী। মাইক্রোফিল্ম মেচিন অসি মমলদি য়াম্মী য়ামত্রবদা লুপা লাক অমা লিশিং য়াংখৈদগী ভাদনা পী। হায়রিবা মেচিন অসি ভারতবর্ষগী রেকোর্ড অফিস, নেশনেল আর্কাইভস, নিউ দিল্লিদা লৈ। মাইক্রোফিল্মগী কান্নবা অসি High speed work, Space sa-ving; Easy handling; Pasecmile copies; Permenent saving in weight; File interquality, acceptance as legal evidence নচিংব মায়কৈ কযাসিদা কান্নবা ঙমইহল্লি। মাই-ক্রোফিল্মগী মতেংনা ফোটো পৌরগা থবগী কান্নবা অসি ইহান হানবা ওইনা শোক ১৮৫৩ দা John Benj min Dance কৌবা ইংলিসমেন অমনা পুথোকখি। অদুগা মথংদা অমুক Robert Gold Shimial না খৃ: ১৮৭৭-১৯৩৫ দা তশেং তশেংনা মরুওইবা মমল য়াম্নবা রেকোর্ডশিংবু মাইক্রোফিল্ম লৌবগা প্রিজার্ভ তৌরগা থম্বদা কায়ে হায়বসি পুথোকখি।

জেরোক্স মেচিন হায়বা অসিস্থ রেকোর্ডশিং ডোকুমেন্টশিং হায়গী লৈরম্লিবা মওং কায়দনা নমথোকপা য়াবা মেচিন অমনি। মরু ওইনা জেরোক্স কপি অসি জেরোক্স পেপরদা নম্মী। এম্বরেগী মতোওম্মা নেগেটিভ হায়বা জেরোক্স মেচিনগীস্থ লৈ। মতুগী মনুংদা চার্জর হায়-হ্নবা সেলেনিয়ম কৌবা হঙ্গাম মরুওম্মা কৃপ্পা কয়ামরুম হাপ্পি। জেরোক্স মেচিন অসিস্থ ফোটোওম্মা লেন্স পাল্লি। অথাবা য়াম্না য়াম্বা রেকোর্ডশিং নম্বগীদমক্তি জেরোক্স অসি কান্নবা থাংলি।

**অতোপ্পা মাংহন-তাহনবা থোকহনবা কয়াদগী রেকোর্ডশিংবু ঙাকথোক্নবা পাম্বৈঃ**— ভিল-কাও, মুংশিং মুংশা কয়া অসি নত্তবা অতোপ্পা প্রকৃতিগী মাইকেরোমদগী অমাও অতাদগী রেকোর্ডশিংবু অমাও অতা কন্নামরম থোকলি। খুদম ওইনা মুহারাবা, ঈশিং ঈচাও, মৈ চাকপা অসিনচিংবা কয়া অসিদগী ঙাকথোক্নবগীদমক ঐখোয়না রেকোর্ড থমম অসি নিংথিনা ঙাক শেনবা তাই। রেকোর্ড থম্মম কাদা মৈথু, চুরুপ, বেড়ীনচিংবা থকপা থিংগদবনি। মৈ হৌবা য়াবা পোৎ অমত্তা রেকোর্ড থম্লিবা কদা থম্লোইদবনি, পুশিনবস্থ থিংগদবনি। রেকোর্ডশিংবু মতম কুইনা থম্বদা শিজিন্নবা শম্ফিচে অথাবনা শাবা কারটুন বোক্স কৌবা উপু শাহ্না মতুগী মনুংদা রেকোর্ডশিং অমসুং লাইব্রিকশিংবু হাপ্লগা থম্বস্থ য়াম্না কাম্নে।

লিরবা খুংইগী লাইব্রিকশিংগীদমক্তি শুম চারোইদবা উপাক্লা নিংথিনা শেম্লগা থম্বস্থ কাম্নে। সেলুলোজ এসিটেড কোইল, এসিটোল, টিস্থ পেপর, হেণ্ডমেড পেপরনচিংবা কয়া শিজিন্নহ্নবা রেকোর্ডশিংবু নিংথিনা নপশিল্লবা মতুংদা শেমজিন শাজিন্দুনা কোংচিনগনি। অফবা মেইদাগী গম শেম্লগা রেকোর্ডশিং হপশিনগনি। মু শিজিন্নবা য়াই অস্তুবু মতম শাংনা থম্দা কান্নবদি ওইদে। মৈ চাকপদগী কন্নবগী ফায়ার এক্সটিং গুইসর হায়বদি মৈ চাক্লগা মুংথংনবা থুংলাই মরাং কায়না কাশিংদা থমগনি। নেপথলিন কৌবা কপূরগী মখল অসিস্থ

রেকোর্ড থম্লিবা উপুশিং অহুগী মমুংদা হাপ্লসু কাম্লে। মসিনা ভিল কাণ্ডশিংনা উপু মমুংদা চণ্ডবদগী ঙাকথোকপা ঙম্মী। রেকোর্ডশিং অমসুং লিরবা লাইব্রিকশিং অসিবু মাংহন-তাহনবদগী কন্নবগীদমক থোইদোক্না হিরম অসিদা খংহৈরবা মীওইশিংনা থবকশিং পায়থপা তাই। রেকোর্ডশিংবু থম্বা মতমদা য়াম্না চঙংননা থক থমজিল্লে'ই-দবনি। মরক থন্না খন্না হাংনা লৈহনগদবনি। মসিনা মুংশিং মুংশা মতিক চানা ফংহল্লি। অহুগা বোককাই কাশিনবা অমদি থামতেক-পনচিংবদগী ঙাকথোকপা ঙম্মী। রেকোর্ডশিং অমদি লাইব্রিকশিং বাইণ্ডিং তৌবা মতমদা• বেকোর্ডশিংগী মশা শোকচিনবগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মওংগী বাইণ্ডিং তৌগনি। রেকোর্ডশিংবু বাইণ্ডিং তৌশিনবগী থবক অসি লিরবা লাইব্রিকশিং অমসুং রেকোর্ডশিংগীদমক য়াম্না মরু-ওইবা মচাক অমনি।

**রেকোর্ড সার্ভিসিং :**—লিরবা রেকোর্ডশিং অমসুং লাইব্রিক-শিং অসি রিসার্চ স্কোলরশিং অমদি কনাগুম্বা মীওইনা করিগুম্বা হিরম অমদা কৃপ্না থিজিনবা পামজবশিংদা কাম্নবা ফংহল্লি। মরম অসিনা রেকোর্ডশিং অমদি লাইব্রিকশিং অসি রিসার্চ স্কোলারশিংনা পানবগী-পাকম কা রিসার্চ রুম থমগদবনি। রেকোর্ডশিং অমসুং লাইব্রিকশিং অসি লনাই মীওই অমসুং সরকারগী এজেন্টশিংনা শিজিন্নবা য়াই। রেকোর্ডশিংবু লোথোকপা অমসুং থম্বগী থবক অসি আর্কিভিষ্টনা তৌ গনি। রেকোর্ডশিং লোথোক্লগা পীবা মতমদা রিকুইজিসন স্লিপ অমা শিজিন্নগনি। মসিনা রেকোর্ডশিংবু সেরিয়েল কায়দনা থম্বদা ভেংবাংই। রেকোর্ডশিংবু সেরিয়েল কায়দনা থম্বনা মাংখিবা তাখিবা অমদি থক্ষম খংদবনচিংবা থোকপদগী কনবা ঙম্মী। মরম অসিনা রেকোর্ডশিং অমসুং লিরবা লাইব্রিকশিংবু লৌরিবা মীশিং অহুগীসু রেকোর্ডশিং অহুবু তুং কোয়না লৈহনবদা অচোবা থোদাং লৈ। রেকোর্ডশিংগী ফাইল লিষ্ট, ট্রান্সফর লিষ্ট চেকলিষ্ট, রেকোর্ড গাইডনচিংবা থমহনা

রেকোর্ডশিং অসুবু মাংথিবা তারবসু থিবা য়াদনবা নিংথিনা শেমছুনা থম্মগনি। রেকোর্ড সার্ভিসতা খ্বাইদগী মরুওইবা মচাক অমদি ইণ্ডেক্স লিষ্ট ঔসিনি। মরম অসিনা ইণ্ডেক্স লিষ্ট অসি নিংথিনা শেম্বা চংই। মতৌ অসুম তৌছুনা রেকোর্ডশিং মাংহন্দনা থম্বা সরকারনা পায়-খৎপা পায়খত্তবা থিদনা লনাই ওইনা রেকোর্ডশিংবু থম্বদা অকায়বা করিসু লৈতে। তোঙান তোঙানবা অচৌবা কারবার তৌবা কাং-বুশিংদি মশাগী রেকোর্ডশিং ফজনা মাংহন তাকহন্দনবা থবক পায়-খৎলি অমসুং থম্মী। মসিবু বিজিনেস আর্কাইভস হায়নসু খঙৈ।

ইতিহাসকী মরুওইবা মচাক কয়া য়াওবা খুৎইগী লাইব্রিকশিং নত্রগা সাহিত্যগী মচাক কয় য়াওবা খুৎইগী লাইব্রেরিশিংবু মাংহন্দনা থম্বা খোরাং কয়ামরুম পায়খৎপা মতমদা মৈ, ঈশিং, মঙাল য়াওনা শাবগী চাং, চোৎপগী চাং, মুংশিঙা য়াওবা শেংদবা মুংশিং, কোকফাই, প্রকৃতিগী খুৎশেম অমসুং মীওইবগী খুৎশেম কয়া অসিনা শঙ্কৌবা যেক্কবা অমা ওইহল্লি। হায়রিবশিং অসিনা রেকোর্ডশিং মাংহনবদা অচৌবা খোদাং লৌই। মরম অসিনা কনাগুম্বা লনাই মীওইশিংনা রেকোর্ডশিং অসি থমগে হায়রবদি য়াম্না চোকশিনবা উপুশিং চল্লগা কেমিকেলশিং, নেপথেলিন, সিলিকাজেন থায়মোল্লচিংবা হাপ্পুনা থমগনি অমসুং উপু মসুং অমু মরক মরক্তা ডিঃ ডিঃ টিঃ নিংথিনা কপথোকপসু কায়রে। মনিপুরদা লনাই মীওইশিংগী য়ুমদা মমল য়াম্নবা সাহিত্যগী অমসুং ইতিহাসকী ওইবা খুৎইগী লাইব্রিক কয়ামরুম লৈনরি। হায়রিবা লাই-ব্রিকশিং অসি নিংথিনা য়াম্না চোকশিনদি থম্মৈ অমুবু মখোয়না তিল কাঙ অমদি চুশিনবদগী ঙাকথোক্কবা পাম্বৈদি অমত্তা শিজিন্নদবনা অসি শুম্নবা মমল য়াম্নবা খুৎইগী লাইব্রিকশিং অসি মাংথিবসু কোঙাই য়াওই। চহি চা কয়াগী মমাংদগী লৈরক্লবা খুৎইগী লাইব্রিকশিং অসিবু মখোয়না কান্নকম থংদনা মাংহনথিবা ঙসিমক লৈবাক অসিগী অশেংবা মশাক থিরকপদা য়াম্না অৱাবা খুদোংথিবা কয়া হাকথোকনরি। লাইব্রিকশিং

অসি অহানবদদি মসিগী মকণ্ডইবা অসি থংনরুমত্রবস্থ ওসিদি অমুকী মতিক মরু ওইরক্লি। লমদম অসদা মশাগী লোন্দা এম, এ, কাওবা তমত্থনা অরাংবা থাক্তা মইগ তপ। যাবগী পুলোংচাবা কয়া লৈরে অমুবু তমগদৌরিবা মচাকশিং অতুদি অসিগুম্নবা পুংইগী লাইরিকশিং অসিগী মথা য়াম্না পোল্লি। লৈবাক অমগী, সাহিত্যা, লোল অমস্তুং কলচরবু চাওখৎহনবদা খুংইগী লাইরিকশিং অসিগী থৌদাং চাওনা লৈ। মরম অসিনা মাংখিবা কয়ানা মাংখ্রবস্থ হৌজিক হৌজিক্কী লৈরিবা মমল য়াম্লব। খুংইগী লাইরিক কয়া অসিবু চোকশিল থৌয়াং কয়া শিজিন্নহনা থম্বগী মতম ওইরে।

---

# মনিপুরী সমাজদা ধর্ম্মগী য়াওল
## (বৈষ্ণব ধর্ম্মনা চঙলক্লিবৈ)

অইবা:—ডাক্টর এম, কীর্ত্তি সিংহ, PH. D., D. LITT

[ শ্রীডাক্টর মোইরাংথেম কীর্ত্তি সিংহ হৌজিক ডিঃ এমঃ কলেজ আর্টস এণ্ড কমর্স তা ফিলোসোফি ডিপার্টমেণ্টগী হেড অমস্তুং ষেনিয়র লেকচরর ওইরি। মহাক গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী এম. এ, এল, বি, পি এইচ ডি, ওইখি। রাঞ্চি ইউনিভরসিটিনা মাগী থেসিস "ডি রিলিজন এণ্ড কলচর ওফ মনিপুর ইন ডি টুয়েল্ভী সেনচুরি"গী হায়রবদা ডাক্টর ওফ লিটরেচর পীখি (মেমো নং এক্স/১৩৭১১-১৯/ তাং ৩১, ওক্টোবর ১৯৮০)। ডিগ্রী অসি ফংবা মহাক্কা মৈতৈ মচাগী মনুংদা অহানবনি। ] —সম্পাদক

নৈনরিবা হিরমসিদা য়াওল হায়বসিগী বাহন্দোক অসি ইংরেজীদা

মুভমেণ্ট হায়বসিনি। সমাজগী বিজ্ঞানশিংদা খণ্ডবা য়াত্রবা ভাবনি ইংরাজী বাহৈ অসি ফ্রেন্স ভাব´ মোভিয়োর লেংবা অমসুং ময়াই ওইবা যুগকী মোভিমেণ্টম— মাইওন হায়রবদগী থোকখি। অথঙ-অহৈ কয়ানা বাহৈসিগী মচাক নৈনরম্বদগী ঐখোয়না খণ্ডবদা মসি ক্ষজনা শেম-শারবা সমাজগী খবক নত্রগা মীওই খরনা খণ্ডলবসু খণ্ডত্রবসু কয়া হোৎনজুনা অনৌবা সমাজগী পম্বুং অমা পুরক্লবা হোৎনবনি। কনাগুম্বগী অকোয়বদা লৈরিবচু ফোংদোকপদা থিংবা নত্রগা হেন্না ক্ষগৎহনবদসু পম্বুং ওইবা য়াই।

য়াওল অসি বিপ্লবকী মওং নত্রগা তপ্না সংস্কার তৌবা মওং ওইবা য়াই। বিনকিলন্না মখল তরা পীবগী মসুংদা ধর্ম´গী য়াওলশিংনা (মিল্লেনারিজম এণ্ড সেক্ট লিশিং লিশিং ওইবা থাজবা অমসুং ধর্মগী কাণ্ডবু) খ্বাইগী মথক্তা থমই। বাহৈ অসি করম তৌনা শিজিন্নরকপা হায়বচু খণ্ডজিল্লুবদা নাউরিয়া যুলোনা কাছাড়গী ঝাবিরবন্দা অপোকপা লাইনিঙ হৌদোকপা, মনিপুরগী মফম কয়াদা মাগী মতুংইন্নবশিংনা মীতৈ মরুপ শেমগৎলকপা মতমদা তোয়না লাউনরকপা থেংনৈ। -হিন্দু লাই-নিঙগী শাফু য়োরক্তিংউদা লৈরম্বা লনগে কয়াচু নোনা থিজিনববু য়াওলনি হায়না লৌনৈ। য়াওন কৌবা চেফোঙ থোকহনবা অমসুং মফম কয়াদা লাউহুনা চংলগা শন্দোকপা উখি।

নাকল অমরোমদা কাঙলুপ খরনা।য়াওলসি হান্নগী চংনরোল অমসুং অথিংবা কয়াবু নমে ও মমাংঙৈগীচু হঙ্গিনবগী মহুত্তা থুগাই-হুনা অহোংবা পুরকপদা লৌই। ঐখোয়গী লমদম অসি ভারতকী মফম অতৈগা নত্রগা অনৌবা যুগকী মালেমসিগা হন্দোক্লবা য়াদ্রে। লাইনিঙ লম্বী, থুম্নাই অমসুং বিজ্ঞানগী থবক্তা মফম অতৈগীগা মনি-পুরগা চানহনবচু য়াওল অমনি হায়না লৌনরক্লে। হিরমসি নৈনবদা ঐখোয়না হান্নদগী চংনরকপা হায়বা পন্দবা য়াদে। মৈতৈ সভ্যতাদা য়ান্না থুনা হোঙদোকপা হায়বসি থক পায়দে। অনৌবা লাকপা কয়া

চুপশিনবদা য়াম্না শাথিবা মওংদা হান্নগীগা য়ানদবা থেংনদে। হান্নগী চৎনরকপা অদু কায়হন্দবা অমসুং মমাংঙৈগী ওইরম্বা কয়াবু খোঙ্গুল লীবা য়াহনবা হায়বসি ঐখোয়গী তোপ তোপ্পা মওংনি। য়াওল কয়া লৈখ্রে তৌইগুম্বসুং হান্নগী লাইনিং লাইশোল চৎপা মীবু ইকায়-খুম্নবদি হৌজিকসু ফংলি। অনৌবা চৈদোক্লপসি চিংননা য়েংনৈ। মীতৈগী তোপ-তোপ্পা মওং অমা অনৌবা লাকপসি মমিং অনৌবা খোঙ্জিল্লগা ঐখোয়গীদা হান্নবা লৈরম্লে হায়বা উৎপা ঙম্বসিনি। অসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী লনগৈ অসি অসুপকী মতিক মরাং কায়রম্লিবনি।

মনিপুরী সমাজ মশক লেপ্পসি খুঃ মমাংগী ওইনা পুথৎপা ঙম্মগ্রি। নূঙগী যুগতা মী লৈরম্বা অমসুং ঐখোয়না থেংনরিবা থুৎশু—থুৎলাই অপুম্বসি নোংপোক এসিয়াগী সভ্যতাগা মরী লৈনবা উৎনরক্লি। তৌইগুম্বসুং নূঙগী যুগতগী খুঃ চহিচা অহানবা ফাওবদা শমজিন্নরকপা অসি ঐখোয়গী অচৌবা থৌদাং ওইরি। অইবা লাইরিক লাইশু কয়ানা মালেম শেম্বা অমসুং মীনা খুন্দাবা মতমদগী হৌজিক ফাওবদা হোংলক্লিবা পল্লি মরী লৈনবা একাউন্ট অমা মপুং ফাগ্রবসু শেম্নবা হোৎনরম্মী। মখোয়দু নৈনরগা মনিপুরী সমাজদা লাইনিং লম্বীদা হোংলকপা কয়ামরুম থেংনরি। হিন্দু বৈষ্ণব লাইনিংনা মনিপুর মপুং মরৈ ফাবসি খুঃ চহিচা ১৮ শুবা মতমদনি হায়বা ইতিহাস পণ্ডিতশিংনা য়ানরি। মসিগী মমাংদসু লংফৈ চৎপা, ললোনবা অমসুং হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকপা কাণবু কয়ানা লমদম অসিদা প্রভাব তাহন্দবা নত্তে। লমদম অসিগী লংশুং কয়া কিশি কিশিন্দুনা তোপ তোপ্পা অমা ওইহল্লম্মী। মাইবা অমসুং মাইবীশিংনা চিন্দা পুনরকপা লাই-নিঙ লাইশোলগী অথুপ্পা মীতৈ য়ুমখোং খুদিংদা তৌদবা য়াদবনা চৎ-লক্লিবা লোনচৎ য়েংলুবদা শিদবা মপুগী য়াথংনা লৈশেম্বা, সনামহী অমসুং পাখংবগী বারী, লৈমরেল অমসুং লাইরেম্বী কল্লাগী বারী, উমংলাই কয়া হরাউবগী নিয়ম, কৎনরিবা পোৎচং নৈনবদা ধর্ম্মগী

য়াওল মশীং নাইদনা থোকখ্রে হায়নিংই।

সনামহীগী লাইনিঙ-লাইশোন অমসুং ঈশ্বাৎপদা শিরব মতমগী অহিংবা পোং কৎনাবিঙেগী মতমগী থৌদোক থিন্দুনা তাকই। পাখংবগী লাইনিঙ অসি লৈবাক ঙাকপদা মরা চেৎলক্রবা অমসুং শান্তি থম্নবা শ্রিঙম উংলি। লাইসিদা হিন্দু লাইনিঙগী তৌনবী তোংদবনা মমাংঙেদগী লৈরক্রবা অমসুং থুমহৎখিদনবা শক্তম মিংশিংহল্লি। ফৌওইবীগী লাইনিঙ মনিপুর তম্পাক্তা ফৌ অমসুং মহৈ মরোং চিঙাক ফজনা কৎনরবা মতমগীনি। পাম য়ানবা, লশিংদগী ফি শাবা অমসুং য়ুম শারকপা নোংথোক নিংথৌ পাম্হোইবীগী অচৌব লীলাগী মতমদনি। উমং লাইশিংগী মতিক মগুণ নৈনবদা শা তাল্লিঙে লবুক্তা লে খোয়রিঙে, পান অমসুং ফৌ থারিঙেগী প্রভাব উংলি। কোরি, য়োং অমসুং থাতু কয়া শিজিন্নরকপসু মখোয়গী বারীদগী ফংগনি। লাইদা মিংথৌ হায়না কৌরিবসি লৈবাকী মপু নিংথৌ অহুগী ভাব লৈনরক্রবদা মাইবা অমসুং অহৈবশিংনা মতিক ময়াই শোনবনি।

লাইশিংদা কৎলিবা পোৎলমশিং—ঙাবুৎ (মী বলি) কারৎ (শা হাত্তুনা কৎপা) অমসুং মারৎ (উচেক অমসুং ঙানচিংবা কৎপা) মথল মালেমগী মকম অতেদা চৎনরম্বগা মাম্নৈ। তন্ত্র অমসুং শক্তি সাধনাগী মওংশিং লাইরেম্বী লাংপা ঙাই য়ুপা অমসুং মুপী পুম্না লাৎমিন্নবা অমসুং পূজাগী মতেংনা তৌঙমদবা থবক কয়া পাংথোকই হায়না কল্লা থাজমরম্বী। মতিক ময়াই নৈরম্বা উমং লাই, নিংথৌ লাই অমসুং য়ুমলাইশিং অসিনা নিংথৌ, কোনুং, প্রজাগী মকম অমসুং লোই-লমশিংগী খুল্লাকয়াদা য়াওল অমমম থোকনখিবদা অচৌ থৌদাং লোইখি হায়নিংই। মৈতৈ ইনাৎ শেন্নবা মইচৌ, মইবা, মাইবী অমসুং শংলাকপশিংনা অচৌবা য়াওল অমা পীহুনা লক্লি।

অরিবা মতমদা ধর্ম্মগী ইতিহাস নৈনরম্বা মাম্নং চৎপা লাইরিক্তি শকোক লমলেন অহানবা, কংলা হৌবা, পোইরৈতোন খুন্থোকপা,

উমংদাই খুন্দাবমচিংবা পনবা য়াই। লাইনিংঙগী মমমদা য়াম্না মরিক চুম্না নৈনরিম্ম শগোক লমলেম কৌবা লাইরিকশিং মৈতৈ পণ্ডিত-শিংনা পুথোক্লুনা নৈনখ্রে। লাইরিকসিদা হিন্দু ধর্ম্মগী নকশিন্নবা গীতাগী কেটেগোরী মখল, কাণ্ডলুপ। দা মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা ঐখোয়গী লাইনিঙ পানশিংনা ইবনি হায়নিংই। মপানগী ঈশ্বরাং পূজাদদা মতমা হকচাং মনুং লানশিনবা শানগী নিয়ম অমসুং অহিংসাগী মরম উৎলি। হিন্দু যুগশু চক তায়তুনা ওইবম্বা লাইমিঙ মথং মথং চাঙ-থৎলকপা গী। চিন্না ডাংবা অমসুং পুৎনা তৌবা অমি চুংশিন্নবা চৌডিকী পক্লিগা অমসুং তুগীগা অনিমক মতিক চানা ফিভমদা মচাক উৎলি। ঐগী মন্না খাগেম্পা হাক্তক্কা কনক থেঙ্গ্রা মাইচৌনা ইথোক্লম্ম্রা খল্লি। লাঙ্গোন লুখোই পণ্ডিতনা লৌবেম্বা খোংনাংথাবা পণ্ডিতকা তান্নবগা ইবনিম্মু হায়নৈ। নাওখিংখোংগী মতমদা ইবা চকপারোনগী শয়রে। লাইবিক অসি মশাং গুরুনা হায়রগা নাউখিংখোংনা তাবা বান্নী শান্নবগী মওংনি। মীগী মশাদা য় উবা শাগী মচৎ অচু কোক-থোকখিবনা অবান খুভম ফংনবা লশী উৎপা লাইরিক্লি হান্ননা খন্নৈ।

গীতাগী লাংওনগা চান্নবা মওংদা মৈতৈ গুরু লাইবনা বিপ্লব খোকহন্নম্বা নোংচুপলোমগী পাঙন গুরু অমবু মাইথিবা পীখি। নিংথৌ নাওফংবগী হাক্তক্কা পাঙনসিনা নামুংবা চাকচা চাহনবা অমসুং অশিবা হকচাং ফুমহনখিবন্থু মহৈ মালহনখিদে। ল.ইবিক অসিদা মৈতৈদি খনয়াই লৈমা লাৎপা, শিরগা মৈ থারম্বা অমসুং শিবগী হৌনরোল চপ চানা তৌরম্রে হায়বা উংলি। মথন্না নিংথৌ ইরেংবগী মতমদা পাঙন গুরু অমনা মুংনবা শা চবা, সাংফুম ফুম্বা অমুক হৌদে.ক্তুনা যাওল পুরক্কই। মান্না নিংথেমগী কম্বাচ.দা কমজুবদগী লাইরেন তাউ-রোইনাইবা শাউহনা চীদোম্না থিলহৎপাদগী ঈ ওত্তুবা শিখি। বাখল বাংহৌদগী মহ.. চহি ওরেংৎ পানবা ওমদে। মতম অসিদা লৈপাক ঙাকপা লাইনা খৌজানবিবদগী লাইকংহনা রোখোন অবতার তৌহনা

অনৌবা লাইরিক-লাইশু থিহুনা শেমগৎথি। খুরাই লৈকাইদগী থোক্ল কপা হুনি নারোং কৌবা ফওবা লাই অনিনা লৈবাক মাঙহনগে তৌবদা গুরুনা মহৈ য়ালহনখিদে। মখোয়না হায়জবা মতুংইন্না অপাম্বা মফমদা থম্মীখি। শিঙ্গিগৈদা মখোয়না নিংথৌদা লৈপাক্কী কায়গদবা থৌওং কয়া পাংথোক্লবা হায়রম্মী। কুম খুদিংগী পাথংবা ফম্বাল তোংবা খংনিং সিকোনবা, হৈক্রু হিদোংবা উমংলাই মাপল হুয়াউবা পাথংবা লাইনিঙ চাউখৎহনবা, কুম শুরকপদা হৈপোক্লা হৈজিং খায়াই পুহুনা হৈরুক চল্লগা তাউজিং হৈ চায়বা অসিনচিংবসি পল্লম্মী। নিংথৌ পাল্লিগৈদা অমতা কায়দনা পাংথোক্লরম্মী।

মথংদা থাংেম্বা হাক্কুক্তা নিংথৌনা গুরু অঙমগা ও ময়রগা হান্নগী চৎলহন্থু খয়া শেমদোক শেমজিন তেখি। অনৌবা পুয়া কয়া ইখি। নিংথৌবু লাইনিংথৌ হায়বা, হিয়াং, শগোল কাংজৈ চাওখৎহনবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা ফজনা ঈরাৎপা অসিমচিংবা কয়া তোহনখি। বৌদ্ধ অমস্নুং তত্বগী ঈহৌ লৈবাকসিগী অইবা লাইরিক-লাইশু নৈ-নবদা অমস্নুং থাজরম্বগী মতুংইন্না বৌদ্ধ ধর্ম্ম লমসিগী অচৌবা লাইনিঙ থক ওইরক্কে হায়বসিনি। খৃঃ মমাং চহি ৯০০ গী মতমদা কপিলবস্তুগী শাক্য নিংথৌমচাশিংনা মনিপুর ফাওহুনা অরা লৈবাক জয় তৌখিবা, বৌদ্ধ ধর্ম্মনা মপান ফগংলকপা মতমদা লমদমসি ফাওহুনা নোংপোক এশিয়াগী লম অয়াম্বা য়ৌখিবা মমিং চৎলবা ইতিহাস পণ্ডিতশিংনা মত ফোঙদোক্কে। বৌদ্ধ লম্বোইবশিংনা য়াওল পুরক্লবা নিংথৌ তৌরেন খাম্বী মতমদা হোংনবদা প্রজাশিংনা য়াখিদে হায়না পন্নে। নিংথৌ অসি খৃঃ মমাং ৩০০ দা মনিপুরদা পানখিবা ওইনা খাল্লো সিংহনা পল্লি। খাব শলাইদা পানখিবা ইহান হানবা নিংথৌ (পাথংবগী মতম) ওইনা পণ্ডিত মুতুম ঝুলোনগী বিজয় পঞ্চালী (লামাই ২৮) দা উংলি। ডাক্টর ভাগ্যগী অনৌবা রিসার্চতা মহাকপু কুপত্রেংগী মচাশিংনি হায়না পুথোকই। পল্লিবা রাফম অসি চেৎহন্নব অতৈ হৌরমশিং

—থাইনগী অতেক অকায় লেমহৌবা অমসুং আর্কিওলোজী (ইতিহাস চৌফ্রিভেগী পোৎলমশিং নৈনবা) গী হিরম থিজিনবা লোইহ্রি। খৃঃ মমাং খরা ওইরম্না পোং নিংথৌ (১) তৌথাংখু (২) তৌহাংখু অমসুং (৩) তৌহাংপেনা ইরাবতী তুরেল মতুংদগী লাক্লুনা মনিপুর তম্পাক্তা পাল্লবা বিজয় পঞ্চালীদা প্রধান তৌই। মনিপুরগা শান-শিংগা মরী নক্করম্বা বৌদ্ধ ধর্ম চৎপা মীওই কয়া মৈতৈদা তিনশিন-খিবা, মন্ত্র যন্ত্রদা হুঁ হায়বা শব্দ চংশিনবা, বৌদ্ধ জাতিগী মওংদা ফিজেত্তো মমি তাবা, বৌদ্ধ প্রভাব তাদে হায়বা সাহেবশিং টি, সি, হোদসন অমসুং সি, জি, লাইলগী মত অসি চুমথোকপা চুমই।

বৌদ্ধগী ঈথক ঈপোম অসি অরিবা মতমদা মনিপুরদা হুমজিল্ল-কপনি। পাখংবনা পাল্লবা মতুং নিংথৌরোল কয়ামুক্তা পুশনবা য়াই। চৈথারোল কুম্বাবা অমসুং মৈতৈ মরেক্তা ইরম্বা লাইরিক কয়ামুক্তা শমপৎনা লোইথোকপা, চাহি খরা নিংথৌ পাল্লমদবা অমসুং অবা লাল লাকখিবা তোয়না থেংনৈ। নিংথৌ অমনা চহি ১০- গী মথক্তা পানবা উৎলি। মসিগী মথক্তা উরাকে ম্বৌবগী মতুংদা চহি ৫ নিংথৌ পান্দে। নাউথিংখোংগী মতমদা শামলুংদা মনিপুর ফাওহনা চৎখিবা অমসুং নোংপোক হংখোন্দা চহি ১০ লৈরম্না পল্লি। মথংদা নিংথৌ ওই-হৌবা খোংতেকচাগী মতমদা লৈবাক আস টাইশিংনা খুত্থুম চনখিবা ওইনা পাল্লি। মপান কমগী ইতিহাসতা লানচৌওশিংনা লান লাক্লুনা চহি ১১ মনিপুরদা পানখিবা অমসুং টাইগী নিংথৌ কোলো কেং (৭৪৮—৭৭৮) মৈতৈ নিংথৌনা লোইপোৎ কাবা অমসুং খৃঃ ৭৮৫ দা দা মৈতৈ পুং অমসুং জগোইগী অফাওবা ওঝা কাওবু অমা থাখি হায়বসি অহোমগী লৈবাক পাকথোকহনবদা মতম চংনা রিসার্চ তৌ-রম্লবা এম, আর, নাথ অমসুং ডাঃ পদ্মেশ্বর গোগোইনচিংবনা পল্লি। থাইনগী চীং লম্বীদা হাইজিল্লক্লুনা মুনামগা নিংথৌ কোলো কেংনা মনিপুর লৌশিনবা অমসুং চীং লম্বী শেরম্বা অসি লৈবাকসিগী লাইরিক

নোং লাউবা অমসুং লাই অপোইবা লাংপগী মওং অসি তন্ত্রগী প্রভাব ভাক্তনি। লম অসি আসামগী কামাখ্যা লাইশঙ্গা পংথাপ থাদ্রে। বাংলাদেশকী শ্রীহট্ট হায়বসিদক য়েলহৌগৈদগী মৈতৈ লৈবাক্তা তংন-থান-ত্রবা মকমনি। বৌদ্ধগী তন্ত্র দ ইংক্ত শ্রীহট্টপু মডাগুবা তন্ত্রগী বাকম ওইনা ইরম্মী। মেঘালয়, মনিপুর, নাগালেণ্ড, মিজোরামনচিংবগী উন-কমনি, হায়রি।

তন্ত্রগী প্রভাবনা কয়া চংলবা মতমদা লমদম অসিবু খোযদৌগা প্রমান তৌনরে। খোয়দৌবু মনিপুরগা প্রমান চাম্নহনবা লাইরিক কয়া ইথোক্লরে। মনিপুরগী কোম্বুং কংলোবু মনিপুরগী খোয়দৌনি হায়বসি তশুনা নিংশিংনায়। কংলা লাইকম কয়ানা তিল্লবা লমদমসিগী ঈরাং খৌনিগী মরু ওইবা মফমনি। পণ্ডিত শবগী মত্তা লৈবাক অসিদা খোকথিবা গুরুগী ভাব, লৈশেমলোনগী বা সনাতনী অমসুং পাথংবগী কানখোং য়াবী, মিহুয়োল অমসুং ময়েকী হৌরকফমদা তান্ত্রিক প্রভাব ভাক্তনি হায়। শিদবা, শিব মাইবা গুরু অহুম (মণাং, লুরাং খুমন)' লোইশঙদা গুরু খনবা, ওঝাগী খোজাল ফংবা মাইবা, পাণ্ডিত কয়াগী ওইখোক্তবা কয়া শংশংনা উরি। গুরু খনবদা হকচাংগী মগুংগী শিংলি চক্র, কায়াংশিংদা, লৈবা লাই মমিং খণ্ডবদি লাইনিংগা মরী লৈনবা খবক তৌনদে। লরাইদা হ, র, স গী মকম থম্নিবসি তন্ত্রগী মতিক খোগংপনি। অঙ্গ, পাফল অমসুং পঞ্চান্দবী থুংয়েক তন্ত্রগী খুদম্নি হায়-দবা ভয়োই। মমৈদা যোগিনী নোংথাং লৈমা খুরুম্বা, মালেম লৈমবু ঈরাংপা কয়া চংনরক্রে।

করম্বা মতমদগী তন্ত্রগী য়াওল তাখিবনো হায়বদা তোঞানবা মত কয়া লৈরবস্‌ খৃঃ চহিচা ৭"৮ শুবদা ভারতকী ওইনা তন্ত্রশাস্ত্রগী থমথোকনা চাওখংপা মতমদা লমদমসিদসু চেনশিনখিবনি। খোংতেকচাগী মতমদা শিব-দুর্গা অমসুং হিন্দুগী প্রভাব তারম্বা ভরিউ, মুমজাউ সিংহনা ফয়েং-দগী কুকপা'কোয়ী'কোম্পাক্লা উংলি। মসিগী মমাংদা খুখোয় তোম্পোয়া

(১৫৪ - খৃঃ ২) খুংলোঙবী লাইরেম্বী দুর্গা লাংলম্বা মৈতৈ পুরাশিংদা প্রমান তৌরি। উম্ত্রগী য়াওল অসি অন্নম চাওখৎলক্তুনা পুন্সিগী শরুক কয়দা মমি তাহনখি। ববুই কৈওইবগী য়ারী, কবুই শলাং মাইবগী মহৈ, থোংলেনগী তৌবা ঙম্বা, চেংজেন নাম্রল পাঞ্জলগী, মাইচৌ গুরশিংগী লাংওন কয়া লাইনিঙসিগী অয়োৌবী ওইনা চৎনরকপনি। তম্ত্রগী কাংলোন অসি শেরায়বা মওংদা লমজিংবদগী লৈবাক অসি মপাল্লোমদা লাই থিবদা হেঞ্জিনখিহ্না ইশাদা নৈনবা অমস্তুং আম্বা থিজিনপদা অকায়বা থোকহনখি। খুদম ওইনা পল্লবদা নাউথিংখোং নিংথৌদা নিংথৌ শেনবা পুকখলবনা ইনশিনবদগী হিদাক শেয়বা মপামদা ৫ ৭পী গর্ভদা মচা লৈরবী, মুপী অমবু তেম্না কাপ্তুনা হাৎখি। মোল্ল মুভাসিগী ফিরাক থায়হনা শিলয়োম মুংদগী অঙাং নাবা লৌথোক্লগা নুংপাক পক্তা নাবা কৌবা নাপীগা তক্তুনা হিদাক শেয়গা মিংলুদ হাপখি। হিদাকসিগী মপান্না মুংথিলদা থবাম্নিচাক উবা, মালেম লৈয়োম্নংদা, লাইজ ইয়োম্নংদা লৈবা পোং উবা অমস্তুং মালেমগী নিংথৌ লাক্ক মরিফুবু মানা খুতুম চনগনি খল্লুবনি। পাপকী থবক তৌরুবদগী মালেম লৈমনা ঘনগী মশক লৌহনা কপ্লহনা মনাইনা তম্বদগী নাওথিংখোংনা কোম্নুং থাদোক্লগা কৌক্র মখোংদা মঙাং লাইনিংশিংদগী থৌদোক পুম্বা খঙবা ঙমখি।

বঙ্গদেশতা তন্ত্রগী প্রভাবনা থুমহৎলবদা আদৈতনা গঙ্গা মপান্দা লাউবদগী চৈতন্যদেব পোক্তুনা ভক্তি প্রেমগী ঈথক কাহনখি হায়নরি। নিংথৌ পামহৈবনা ধর্ম্ম অসিগী য়াওল পুরক্লিজৈঙ্গা লৈবাকসিদা লৈরম্বা লাইনিঙ, লাইশোল পুম্বা তন্ত্রগী মওং ঙাক্লি হায়নৈ। ঈরাৎপা অমস্তুং লাইবা শোল্লগা পুন্সি মুংশাংগান, শিরবস্থ হিংগৎলকনি অমস্তুং তৌঙমদবা থবক কয়া পাংথোকনি অসিনি। নিংথৌ পামহৈবনা মৈদা থাদোকখিবা পুরান কয়া লাইবা অমস্তুং পোংশেম লোনগী ঙাক্লি হায়নবস্থ য়াউরি। থরমথৈ চুম্নবস্থ তম্রবু শেরায়না হায়জিন্দুনা প্রজাদা খঞ্জলম্বা য়াবস্থ

লৈরি। ভক্তি মার্গ অমস্তুং অথোংপা অমেংদা মৈতৈনা খোং থাং জিনবসি বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মপুং মথৈ কায়রক্লবা মওঙ্মদনি।

মনিপুরদা ফংলিবা লাইনিঙ লাইশোল অসি থোকখিবা য়াওল কয়াসিগী ফল অমু মকেং ভাহৌবনি। মথল মথেল কয়া লৈ লেং-বগুম লেংলুনা মাইবা, মাইবী, লৈপাকী অথং অহৈ কয়ানা হন্না হন্না শেমগা চহি কুমজা কয়াগী মতুংদা ঐখোয়গী তোপ তোপ্পা থুনায় পীখিবনি। ধর্ম্মগী য়াওল কয়া থোক্লবসু লৈবাক শেম্বীবা মপু অতিয়া গুরু, মালেম ইমা লৈমরেল, পাখংবা, সনামহী অমস্তুং উমংলাই কয়াগী খুত্তম মুক্লি। লাইনিঙ কয়াগী ধর্ম্ম শন্দোকপা মীওই কয়াদা মৈতৈগী লুম্লেল হাংদোক্না থমখি। বৌদ্ধ, তন্ত্র, কিরাত মোঙ্গোলিয়ান অমস্তুং মীওই কয়ামরুমগী মচাক অমু নিংখিনা তিম্নরম্ না ফংলি। মৈতৈ লাই-নিঙ অসি মশাগী ওইনা শেমদোক্লবা অতোপ্পা ধর্ম্মগী কাংলুপ অমত্তনা পুনশিনবা য়াদ্রবা মশক্লি।

জাতি অমা ওইবগী মতৌ অসি ইহুনা থনপা লাইরিকশিংনা উৎলি। মমাংঙৈদা লাইনিঙনা খ্বাইদগী মকোক থোংলবসু ইরয়িবা কয়াদা জাতিগী পুক্লিংদা পানবা কয়া মমি তাই। খুৎই অমু লৈবাক-সিদগী লৌবনি। ফোঙদোক বাহৈ কয়ামরুমগী মতেংনা অখণ্ড অহৈ কয়ানা খ্বাই পুম্বা থঙনবা হোৎনরম্মী। অয়িবা বাহৈদা শিজিন্নরম্বা বাহৈ বাতা মকম চানা শিজিন্নবা ঐখোয়না গুবমথে হোৎনগনি। মৈতৈ পুয়াগী বাহৈ শরেংশিং অমস্তুং মাইচৌ পণ্ডিত কয়াগী হায়রম্বশিং অমু ঐখোয়গী চিনুকানা থীহুনা ব্যাখ্যাগা কোয়না ঙংথোকপদা ঐখোয়গী লেমজনিঙাইগী খুদমনি। অয়িবা মতমদা থোকখিবা য়াওলশিং কুপখনা নৈনবা হৌজিক কয়া পায়রক্লি।

থোইবুরবা।



## অইবগী কোঙলবা লাইরিকশিং ঃ—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | ফিদম শৈরেং | মমল | লুপা | ৫'০০ |
| ২। | লোয়য়ন্বা শিনয়েন | ,, | ,, | ৫'০০ |
| ৩। | মনিপুরী কলাকার ১বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৪। | মনিপুরী কালকার ২বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৫। | মনিপুরী কালকার ৩বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৬। | শল্লাইবশিংগী পুন্সি বারী ৪বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৭। | ,, ,, ৫বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৮। | অরোঙনন্দকুমার লাইবু নিঙবা | ,, | ,, | ১০.০০ |
| ৯। | লাই হরাউবা লাইশোল | ,, | ,, | ৭'০০ |
| ১০। | ঈরাং লাইশোল ২বা | ,, | ,, | ৭'০০ |
| ১১। | ফিদম বারেং ২বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ১২। | উমংলাই খুন্দা ভোল্যুম ১-২৩-২৪ | ,, | ,, | ৪'০০ |

### থুনা ফোঙলগদবশিং

১৩। জ্যোতিষ প্রদীপ
১৪। পুন্সি লমজিং লাইরিক
১৫। একাঙ্কী সাহিত্য
১৬। মোইরাং কংলৈরোল লম্বুবা
১৭। ধর্মগী মচি
১৮। লুংলোন থ'ম
১৯। মৈতৈ পাওরো
২০। শকোক লমলেন
২১। মৈহৌরোন শকোক

### লাইরিক কংফম :—

১। অইবগী য়ুম. নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈকাই
২। মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাওনা বাজার, ইম্ফাল
৩। কে. রাই, বুক এজেন্সী, পাওনা বাজার, ,,
৪। ও, কে, ষ্টোর, পাওনা বাজার, ,,

